# হনুবীদি হিংহৌয়

ইবোপিসক নোংথোম্ব



**Hanubeedi Hinghouri**
(A collection of short stories in Manipuri Language)
By : **Ibopishak Nongthomba**;
Kabowakching (1998)






অহান্‌ব ফোঙ্‌ব : মে, ১৯৯৮
অফোঙ্‌ব : বাইরতস্‌ ক্লব্‌ মণিপুর,
নম্বোল্‌গীদমক্‌ পাক্‌পী পব্লিকেসন্‌,
নম্বোল্‌ন ফোঙ্‌ব
ফংফম : অইব
মখুম্‌ : বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম্‌
নম্ফম্‌ : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক,
ইম্ফাল।
মমল : লুপা ৪০/-

অইবগী ফোঙ্‌ব্রব :

১। চিন্নখিদ্রব নুংসি নাচোম্‌
(১৯৭৯)
২। কাঞ্চিগী রাস্‌মণ্ডল্‌ উবদ
(১৯৯৪) সৈরেং

থৱায় পান্‌বসিংগী য়াইফনব খল্লিব
মখোয়দুগী মফম্‌দ

# বাহৈ খরদং

পুন্সিগী অঙনব অয়ুক্তগী লাইরিক্ ইনিংবগী বাখল্ লৈরক্‌ই। অদুবু থমোইনুংগী বা ওইন লৈরক্‌খি। সাত্র ওইরিঙেদগী হৌন পারুব, তারুব সৈরেং কয়া, বারেং কয়াগী মতৌ তম্‌দুন ইগে খন্‌খি। ঙম্‌খিদে। মসি হৌফম্ সাংফম্‌গী, লৈফম্‌গী মখা পোন্দবসু নত্তে। অদুবু পুক্লিং ইহুল্ অম লাক্‌প মতম্‌দ খোৎচিল্‌হৌব হায়বসিম ঐগী হৈনবীনি। মদুমক্ল লাইরিক্ মচা অনিখক্ ফোঙ্‌খিবদ মতেং য়াম্না ওইখি। লাইরিক ফোঙ্‌খ্রে হায়নিংঙুবগী বা নচদে। কুইরবদগী করিগুম্ব খর খোৎচিল্‌হৌবগী হৈনবী লৈরক্‌ই হায়জবনি।

মণিপুরী সাহিত্যদ অইব অইবী কয়ান বারী মচাগী কলা অসিদ খুৎ থাদুন মায় পাক্লরি। ময়াম্ অসিগী মমাঙ্‌দ পাঙ্‌দ্রব ঐন বারী মচাগী লাইরিক্ অম পুথোক্‌প হায়বসি য়াম্ন কি। বারীমচা মাক্লোইদ্র হায়দুন। অদুবু পুথোক্তবদি য়াদ্রে। রাইতরস্ ক্লব্ মণিপুর, নম্বোল্‌ন তক্‌সিল্লক্লি-পুথোক্লব। অদুগ পারুব, তারুব কয়াদগী বারীমচা হায়বসি অসুম্ন তৌবোইরেদি মখঙ্‌ব, খুৎ থারুবদি পঙ্‌লাই লাইদব ওইন থোক্‌ই ঐঙোন্দ। অনক্‌প, অকোয়বদ থোক্‌প থৌদোক্ বাথোক্, ঐন উরু খঙ্‌ঙুব মীগ পুক্লিং ইহুল্‌নচিংবন ঐগী বারীমচাগী প্লোত্ সাগৎচৈ। বারী লীব, বা ঙাংনবদ সরুক্ কয়া য়াগন্দব ঐন লীরিব বারীসিং অসি মপুং ফারে হায়ন লৌজদে। পারুবদ অবাৎপ অম ইরৈ লৈবগুম্ তৌব— সেম্‌দোক্‌নিংব, হাপ্‌চিন্নিংব কয়া য়াওরি। ঙম্‌খিদ্রে। পুথোক্‌পন হান্‌খ্রে। গারী থৌব হৈরক্‌পদ খোংবান্দ তাদৌরে খঙ্‌ন খঙ্‌ন থৌধবগুম্ন থোক্‌খ্রে। পাবিরিবসিংন বারীমচা মান্‌ব খরদং য়াওরে খন্‌বিরবদি মদুন হোৎনজমন্ মহৈ য়াম্লে খঙ্গনি।

বারীমচা খরদি চহী কুন্‌গী মমাংদ ইজখিবনি। মতম্ অদুদ মওং ইতা তাদন সাংন সাংন ইরম্বদু তেন্‌সিন্‌ব মওংদ অমুক্ ইথোক্‌চৈ। তেন্‌সিল্লগ মওং তাবে হায়বদি নত্তে। অহান্‌ব খুৎ থাখিবদু ফজদ্রবসু, ফাগ্রব ইসৈ হন্ন হন্ন ঙংবগুম্, কাউব ইঙম্ ঙম্‌দদুন অদুগ অইব বারী য়াম্ন লৈতবগ (য়াং-লেন্ সরু নত্তন) অসুম্ হাপ্‌চিন্‌জরবনি। "অসি তুরেল্ তোরবান্দগী" হায়ব বারী অসিমদি সাহিত্য থৌগল্ মরুপ্, নম্বোল্‌গী "থৌগল্" চেফোঙ্‌দ হাপ্‌খ্রবনি। অমুক্ হন্ন পুথোক্‌প য়াবিবগীমদক্ থৌগল্ মরুপ্প থাগৎচরি।

লাইরিক্ অসি অসুক্ থুন পুথোক্লবগী অপাম্ব লৈজখিদে। পুথোক্লম্‌দবসু য়াই। অদুবু রাইতরস্ ক্লব্ মণিপুর, নম্বোল্‌গী ফাউন্দর মেম্বর অম ওইবন অমদি ক্লব্ অসিন সেম্বুং পীবিবদগী পুথোক্তব য়াদদুন পুথোক্‌চবনি। লাইরিক্ অসিবু ক্লব্‌কী তরুক্‌সুব ওইন পুথোক্লব তাক্‌পিখিব অমসুং পাউতাক্লচিংব পীবিখিবসিংগী মনুংদ, ডাঃ খাঙেম্বম্ সামুঙৌ, ধজমনি খোইনাইজম্, চীং-সুব সামু, খাইদেম্ তোম্ব অমসুং খোইস্নাম্ রনবীরনচিংব মিং পঞ্জনিংই। মখোয়গী লমন্ তোল্লবনি। কাউজদ্রিব অমন, লাইরিক্ অসিগী মখুম্ য়েক্‌পিরিব বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম্ন মসাগী অচিন্‌ব কয়াবু কাউথোক্‌পিদুন, হায়জরুবদ হরাও হরাও য়াবিরক্‌পগীদমক্ থাগৎপ ফোংদোক্‌চরি। অদুগ ঐগী লোয়নবী পাক্‌পীন ঐঙোন্দ ব্বারী মচাক্ পীখিব অমদি লাইরিক্সি পুথোক্লব হোৎনবদ লৌখিব থৌদাংগীদমক্ অপেন্‌ব ফোংদোক্‌লি। অরোইব ওইন, **লময়ানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং পম্পাক্, ইম্ফালগী মপু অমদি অতৈ ইচিল্ ইনাওসিংন থবায় য়াওন হোৎনবিদগী লাইরিক্ অসি অথুব মতম্‌দ পুথোক্‌প ঙম্বনি। মসিগীদমক্ প্রেস্ অসিগী ইচিল্ ইনাওশিংবু ঙম্‌খৈ লৈতন থাগৎপ ফোংদোক্‌চরি।

তাং ২০/৫/৯৮ **অইব**

*কবোৱাক্‌চিং*

# ক্লবকী ৱারোল্

সাহিত্যগী মচাক, কয়া খোমজিনবা, পুথোকপা, মীয়ামদা লাপ্তোকচবা হায়বসি ৰাইতর্স ক্লব মনিপুর, নম্বোলগী মরুওইবা পান্দমনি। পান্দমসিগী মখাদা নিংহনবা লৈতনা হোৎনজরি। লমদমসিগী চীংয়া-তময়া, কাচিন কোয়াশিং কোয়বি। থিরি। ফংলকপা মচাক-মথুম কয়া মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি। ফজে, মতিক চায়, মীয়ামশ্না শিংথানবীরনি খন্না পুথোকচবা নচদে, হৈত হৈত ক্লবগী ইচম চম্বা খুদোলনি। অসুম্না লেপতনা চৎথরকপা চহী অহুম মপুঙ ফাদ্রিবা লূপ অসিনা লাইরিক মরি (শৈরেং -২, ৱারী মচা-১ আলোচানা -১) পুথোকচখ্রে। চৎলিবা চহীসিদা অনৌবা খুদোল তরুক হাপচিন্নবগী পান্দমসু থমজরি। শ্রীইবোপিশক নোংথোম্বাগী **হনুবীদি হিংহৌরি** কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিকসিনা ক্লবকী ৬শুবা (চহীসিগী ২শুবা) মশীংনি। শকমান্নদবা মীওইবা মবক্তা চানিংবা ইনজাং খন্নবগুম, কনানা সহরগী অরং অবাক্তা মীৎ থক্লি। কনানা খুংগংগী অচীকপদা ঙাওরি। অনিমক তোববান ৱাংম-ৱাংমদা মশাগী মতিক্-মগুন শন্দোকনরি। শ্রীইবোপীশক, অকোনবগীসিদা খুৎমাবা অইবনি।

মীয়ামশ্না আই পি এস নোংথোম্বা হায়না খঙনবা অইবসি বিষ্ণুপুর সি আই কলেজগী selection grade তা মণিপুরী তম্বীরি। ওজাসিনা সাহিত্যদা খোঙদাবকপদি কুইরে। *চিন্নখিদ্রবা নুংশি নাচোম* (১৯৭৯), *কণ্ঠিগী ৱাঙমন্দল উবদা* (১৯৯৪), শকমান্নদবা লৈচল অনি খুদোল তম্বীখ্রবা তংদা ৰাইতর্স ক্লবনা পুথোকচবিবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিনা অইবগী অহুমসুবা খুদোলনি।

সাহিত্যবু নুংশিবীবা খ্বাই পুন্নমক্কী মফমদা রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলনা লাপ্তোকচরি।

নম্বোল, ১৯৯৮

**ডাঃ শামুঙৌ**
*জেনরেল সেক্রেতরী*
ৰাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল।

## য়াওরিবসিং

# মরুন য়ুব

ঙাসিংন ইসিং ইমৌখৎলক্পদ লৌরক্ত চেন্দুন সান্নব অদু উবদ মনিহল্ কয়াম্ হরাওই! মাগী থমোইতন খঙ্ই। ঙাসিং অদু য়োল্লগ সেন্ফম্ অমদি ফংলগনি হায়দুন থরায় য়াওন সেন্নরি। মনিহল্ নোম্ব কল্লি। মাঙোন্দ অতন্ব হাযবদু মচেৎ অমত্ত পক্তে। অয়ুক্ অঙন্বদ সম্বি কোক্থোং কোক্থোং পুরগ লবুক্ত হেক্ত চৎলি। সম্বি অদু ঙা য়োক্প পুখ্রি অদুদ হৈথৈ। ঙাসিংন সম্বি অদু নিন্দুন চাবগী কোঙ্গোল্ কারক্প অদু ঙাইহাক্ য়েংলম্লগ হরাও মোমোন্ মিনোক্ক লোয়নন থাঙ্গোল্ পায়দুন সজিক্ ফাল্লগ অমুক্ থাদৈ। গ্রাস্কাপ্শিং অদু ফন চাওব য়াওরে। কিলো মরি মঙা তাগদব য়াওরে। ঙাসিং অদুন সজিক্ অদু পুল্লপ্ পুল্লপ্ লাক্ লাক্তুনা চাবদু হরাওন য়েংদুন মতম্ লেপ্লি মনিহল্। অদুবু তুংদ করি থোক্লক্কদগে হায়বদি তুংগী ব্না খঙ্ব মাদন খঙ্লম্গনি।

মনিহল্ মসা মউ ফব নুপানি। য়ুম্ পান্ব য়ারব পাখঙ্নি। লাইরিক্ লাইসু য়াম্ন তম্হৌদে। ইব পাবদি ঙম্ই। মেত্রিক্ থারম্দাইদ য়াম্ন কন্ন নাবদগী পরিখা থাব ঙম্খিদ্রে। ফিভম্ ফত্তব ইমুংদ পোক্প ওইবগ অহল্ লমন্দ য়াম্ন ব্নারগদর

হায়ন খন্দুন লাইরিক্ তম্ব তোক্খিবনি। হৌজিক্ মতম্দ লাইরিক্ হৈব কয়াসু থবক্ ফংদদুন লৈনরি। লাইরিক্ তম্বদ সেল্, মতম্ চংগদব ময়াম্ অদুগী মহুত্ত থবক্ত মায় ওন্‌সিন্‌গে হায়ন খন্দুন তোক্খিবনি। মহাক্ মরম্ মোক্‌ই। লৈকায়ন মচা মসু রারক্‌পদ "মনিহম্গী মতৌ তম্জৌ" হায়নরিবনি। অমরোম্দ, ইমুং মনুংগী ফিভম্ খর ফগৎপ ঙম্ব য়েংগে হায়ব রাখন্ন মাঙ্ওইনদুন মনিহল্‌ন থবক্ত মায ওন্‌সিন্‌খিবনি।

গ্রাস্কাপ্‌সিং অদুন নাপি চখোম্-চখোম্ সায়রগ মমিৎন য়েংবগুম্ য়েংদুন, মসাইশিং অদুন ইসিংদ হাই হাইদুন করিমত লেঙ্দন তাউদুন লৈরিবসিং অদু অমমম্ত ওইন মনিহল্‌ন য়েংলি।

"মকোক্ত দাক্ লৈব অসিমদি কিলো মঙাদগী তারম্নবোই। অসিগুম্ব কযা যান্ন য়াওবম্গদগে খঙ্দেদ। পিক্রবদ কিলো অনিদগী তাদ্রব। অদুদি— পুন্ন ঙা লিসিং তরা থাধখিব অদুন লিসিং অমখক্তং লৈবম্নব। অচৌ মচা চাংচত্ত ঙা অমদ লুপা নিফু য়াংখৈদং সিৎপদ পুন্ন নিফুয়াংখৈদি ফংব যারে। অতৈ কমনকাপ্ লৌরক্তগী অসিন কুপ্মুক্তং ফংলবসু ফন্দি য়াম্লেসে।"

অসুম্না পুখ্রি মপান্ অদুদ ফম্দুন পোখারিঙৈদ ইসিং চেল্লিব ইথোংদ কমন্‌কাপ্ন কাখৎপগী ফ্রৎ ফ্রৎ লাওব মখোল্ কা তারক্‌পদি হরাওবগী ঙম্খৈ লৈতে মনিহল্। ইসিংদ ওন্ব ঙা, ইথোংদ চেন্‌খৎপ ঙাগী মখোল্ তাবদ কনাগুম্বদি হেঞ্জিন্ন হায়জিল্লি, — য়ান্ন চাওরম্ননি। অদুবু মনিহল্‌দি তোয়ন থেংনববনিন খঙ্ঙে। খুবাক্মুক্ পাক্‌প কমন্‌কাপ্ অমন ইথোংদ চেন্‌খৎপ মখোল্ তাবদ কনাগুম্বন হায়,

— ঙাসি কিলো মরি-মঙাদি তারম্ননি।

— লুম্নবদ কিলো অম, অম মখায় মঙাই।

মনিহল্‌ন হায়। হেঞ্জিন্ন খক্ হায়দে।

অওইবমক্ মনিহল্‌গী ঙাসিং অসি য়েংবদ ফন্ন নুংঙাইরে।

কুম্সি চহী অসিদদি নাতে চাখিদ্রে। ওল্লক্‌পদদি চৈরাওবদ সোয়দন রোন্‌গে। অসুম্না খন্দুন য়ান্ন কন্ন ঙাসিং অদুবু থাক্‌প হোৎনরিবনি। নিঙোল্ চাক্‌কৌবদ ফারম্ব য়াবনি। অদুবু মনিহল্‌ন খন্‌খিঃ চাক্‌কৌববুদি চৈরাওবন হেন্ন ঙা য়োন্‌ব নুঙাইগনি। মরম্দি চৈরাওবদি য়ুম্থোং খুদিংনি; চাক্‌কৌবদি নিঙোল্ লৈতবসু য়াওনরি।

ঙাসিংনে চাওখৎলক্লিব অদুক্কী মতিক্ মনিহল্ নুংসা থীবসু হেন্গৎলক্ই। নোংম মপান মাঙোন্দ হায়খি,

– নঙ্গী থৌরাং অসিদি মীন মিহৌনব থৌরাংনিকো, ফৌ সঙ্বাই অমদি মিহৌনদে। ঙা তুঙ্গোল্ অমদি মিহৌনবনি। মদু মায় পাক্ল চথগে হাযরবদি যেক্লব থম্লোইদবনি।

মপান য়েক্লব থমোইদবনি হাযখিব বাহে অদুন চিংনব অম পোক্হল্লে মনিহ্লন্দ। হান্নদি মচাক্ খব থাক্লগ পংথম্ থম্লম্ই। অদুবু মান পংখন্ খল্লবনা। থৌদোক্ অমখক্তি মাগী থৌবাং অসিন মায পাক্লকপগ লোযনন হন্ন হন্ন নিংসিংদব ঙমদ্রে।

নোংম মনিহল্ মাগী ঙযোক্ পুখ্রি অদু ইসিং সিন্দোক্কে খন্দুন অহিং তুম্দবমখে চাংদগী ইসিং থারুই। অতৈ কনাসু ইসিং লৌব লাক্খিদে। নোং-ঙানবদকাদি ফন্ন যান্ন চেল্লেক্রম্লনি খন্দুন নোংযাই মতুং অদুবাইদ হল্লক্লগ তুম্নবগীদমক্ ফমুংদ চঙ্লম্ই। অদুবু তুম্নিংব পোক্ত্রে। তুমনিংদ্রব অদুদ বাখল্ মথং মথং খল্লক্ই,

– "কুম্সিদি লৌ হেক্ লোক্পগ মনিং থংব খব তোংব লম্ মখৈ ঙস্তা খোইদোক্কে। খামেন্ অসিন্ব থাগে। ঙা য়োম্বগ লোযনন অদুম যোম্ব যাগনি ।"

তুম্থখ্রে।

অওইবমক্ মনিহল্ অসি তাঙ্গা মেঙ্গা খঙ্ব লৌমী নহা অম হাযবদু ওইবে। নহা ওইন তমজনিংঙাইগী মসক ওইবে। তৌথোবক্পদ মিৎ চুব হাযবদু হেক্ থোক্ই। মান খামেন্ অসিন্ব থানব চুবি ফৈদোম্কা হাইগৎপদি মসা ওম্ভোক্লা নান্খ্রে। থৌরিসু তিংদে। অদুবু যেংবদ থৌবী তিংলগ হাইগৎপদগী হেন্ন চুন্ন উই। চুম্দ্রিং চুম্ই। চুবিদ লৈতুম অম ফাওব তাহন্দে। সৃৎ নাল্লি। থারুব পোৎ পুন্নমক্ হৌনিংগদব মাল্লি। থারুব মনা মসীং অদুন নিংথিন হৌদ্রব ফাওবদ ফজন হোৎনবেদ হাযনিংব থবক্ খুৎসুনি। মী অতৈন পাম্বীদ লাযনা তিন্না চঙ্দনবনি হাযদুন হিদাক্ কাপ্নৈ। মনিহল্দি, পাম্বী মসা ফনবনি। মপাল্ কেন্দনবনি। মহৈ চুম্নবনি হাযদুন মখল্ মখল্গী হিদাক্ কাপ্লি। অদুন মান পুথোক্প পোৎ অসি মীন তান্নৈ। লৌফম্ (থাফম্) তান্ন লাক্কুন লৌনবৈ। সুনিংব মীন সুদোরক্পদি তাক্নিংঙাই লৈতে হাযবদুনি। পোইন্নু লৌ য়ৈব মতম্দদি লৈকায়ন তান্নব মীসক্লি। ঐগী মীগী নাইদে। লাইরেম্ব কৌবন মখোন্ হৌরিব। অতোপ্পগীদ লৌয়ৈব য়াওরবসু

লাইরেম্ব কৌব মখোল্ তাবদ মনিহল্ ওইরিনি হেক্ত মহায়নৈ।

থেঙ্নন তুম্খি হায়দুঙাই যাহৌদি অতৈগী মাঙ্ থাদুন্ হৌগৎলি মনিহল্। তুম্ব যাদে। ঙরাংগী থবক্তু কম্দৌরম্গদগে খন্বদ প্রব্রপ্ চৎনিংই। চৎন চৎন চেন্নিংই। চেন্ন চেন্ন পাইনিংই। ইসিং লাক্লম্রোইদ্র খন্বদ তপ্থব য়াদে। লৌফম্ য়ৌরে। অরাপ্প নত্তে। পোক্ত মখোঙ্ অহুম্ মরিগী লম্দনি। য়ৌবগ চপ্ লেপ্তুন লৈরে। মান থারম্ব ইসিংন লায়বগী লৌফম্দ ৰাৰা, লাওন চংলিব অদু য়েংদুন লৈরে। সাওগন্দব মনিহল্ মৈ হৌন সাওরে। মিন্থল্ হৌরক্লে। তাঞ্জা অদুদ লাইবদু বিরি অম চিংলদুন কাখৎলক্ই। মহাক্সি মহৌসাদগী মখুৎ মসা খর সাংগন্ব মীসক্নি। মীন হোৎনরগ ইৰা ৰাদন খর নপ্সিন্ব হৈনজখ্রব ফত্তন লুব মীসক্লি। লায়ব উবদ মনিহল্ন,

– তা লায়বা ইসিংসিবু তাদনবা?

– অহিং খোংহাম্ব থোরক্পদ কন্ন লাক্অম্ই। তান্ চাবে হায়দুন থাজিল্লম্বনি।

– তান চাব ফোলা চায়। খুত্তা চাব খুপাক্ চায হাযবদু তানিকো তাদ। মী উসিত্তব তৌনগুম্সি।

– করিনো ইবো নঙ্ন হায়বিদুবো? লৌখোংসিবু নঙ্গীরো ইসিং অসিবু নম্বর থাববো?

মনিহল্ ইংব তপ্প মনিহল্ ওইখিদ্রে। অমুক্তঙাংদব ৰা ঙাঙ্লক্লে।

– ঐগী লৌখোং নত্রসু। নম্বর থাদব ইসিং অসিবু চীংদগী নপান থাকব্রো?

– ইবো খোন্দু হাইগৎলেদ।

– হাইগৎলে তাদ কৈদৌগে হাযগে?

– তৌনুদ নঙ্ন হোৎনরিবদো অবেম্ব তাদুন তোক্কনিদ।

মীওইবসি সারম্চৎন হেক্ হেক্ খুদুম্ চন্সিল্লক্ই। ঙাক্থোক্প ঙম্হৌদ্রবদি সা ওইখিব খঙ্হৌদে। মীন ওনব সাদি মখোঙ্ মবি পান্ব সাদগী তম্থিব হেল্লি।

* * *

মনিহল্ন খ্বাইদগী থবক্ চিন্ব মতম্সি ফৌন মুন্ব হৌরক্প অদুৰাইদনি। মতম্ অসিদ ফৌ চরোংন মসা লুম্থরক্লুন লৌরিদ হাইথরক্প অদু পৌ নম্থোক্ই। ইথোং ফাৎপগী কংব হৌরক্পদ লৌরক্তগী ঙাসিং অদু লোয়ন কোম্দ চেম্বহৌনব

হোৎনৈ। করিগুম্বদ ইসিং কংবন হান্‌খিদুন লৌবক্ত ঙান চোংদুন লৈব মখোল্ তাববদি বারতিন্ পায়দুন ফৌ পাম্বী মরক্ত য়াম্ন চেক্‌সিন্ন হাইদোক্ হাইদোক্তুন চঙ্ই। অদুগ ঙাদু ফারগ কোম্‌দ থাদৈ। অদুগ মুগা ঙা, চরিখান, মৈঙাংবীনচিংব ঙাখাসিং অদুন হেন্তাক্ সুনবনি হায়দুন মাঙ্‌দনব য়াম্ন চেকসিন্ন হোৎনৈ। অসিগুম্ব কুপ্‌নোম্ কয়া অসিন ঙাইহাক্ত পোখাব সংদে। চাক্ ইসিং চাব কাউব হায়বদু য়ৌন থবক্ চিম্নি। করিগুম্ব নুমিত্তি মচন্ নুপীন থেংঙে হায়দুন চাক্ পুরক্লব মতম্‌দ চাক্ চদ্রি হায়ন নিংসিংলক্ই। ঙাগী মযাই অঙকপনি।

মতম্‌গী খোঙচৎ কনান থিংঙুনি। ঙসি হয়েং হাংচিৎ মথং মথং চৎখিদুন সজিবু থা নক্‌সিন্নক্ই। মকুমমথ সুববী কোম্বিবৈ, খোঙ্গম্মৈম্রে, লৈবিনচিংব লৈরাংসি তাইবংপান্ ফাওবক্রে। মতম্‌গী লৈবাংসিং অসি উবদ মনিহল্‌গী পুক্লিং মকা লাম্মক্ই। ঙা ফানব কনা কনা হাযসিগে। যোম্ব খোৎপ মী খবদি চংগনি। স্বাইদদি ঙাসিং অসি লোযন যোন্‌ব ঙম্‌মোই। অসুম্ন খনব হৌরক্ই। হোতেন্দ, লম্বীদ মকুপ্ মপাংসিং থেংনবদ ঙা ফাগনি হাযন সন্দোক্‌পিনব অদুগ চান্নব মীওইশিংদন মাগী মতেং পাংবিনব হাযব হৌরক্ই। মনিহল্ লৈকাযন নুংশিব মীনি মবুক্ মপাউ ফৈ। অরান্‌ব তৌদে। মী হায়বসিদি হিংমিন্নগদবনি। অরৈ লৈত পাং-নগদবনি খঞ্জব মীওইনি। ঐঙোন্দসু লান্ন তৌবিনু মীঙোন্দসু কায়জবোই খন্ব মীসক্লি। মান মাগী মতেং পাংনব হাযব্ব মী পুন্নমক্ হরাওন য়াবিবক্ই। হাংচিত্তি চৈবাওব নুমিৎনি হাযব নুমিৎ অদুদগী হৌন মনিহল্ থবক্ য়াম্ন চিন্‌ব হৌরক্ই। ঙা ফানব, য়োম্নব, ইসিং সিন্দোক্ সিঞ্জিল তৌনব লোযন সীন্দোক্রে। মাগীদি মী যাম্‌জদবন থবক্ মযাম্‌দু লৈকাযগী মীদ লোইন তাবক্ই। অসুম্ন মনিহল্ ঙা ফাগৎনব সেম্ সাব লোইরে।

নুমিৎ চীংয়া পক্‌খরে। সজিবুগী অতিয়াদ পারব নোংদুমসিংন কাপ্লোন্দগী লৌথোরক্‌প লসিংগুম্ তুম্বক্ তুম্বক্ পাইরি। অঙৌব নোংদুম্‌সিং অদুদ তারম্‌দাই নুমিৎকী মসেক্ল য়ৈরি। মদুদগী থক্তোরক্‌প মঙান্ন মালেম্‌দ লৈরিব পোৎ পুন্নমক্ পুক্লিং হুন ফজন লৈতেংলি। মতম্ অসিদ মনিহল্ ঙা মচাক্ থারি। উরুব খুদিং ফজরে। পুক্লিংসু নুংঙাইরে। ঙাসিং অদু য়েংন য়েংন অসুম্ন খল্লক্ই,

– " নখোয় হয়েংদগী কায়নব তারেদো। অসুক কুইবসি নখোয়গীদমক্ হোৎনক্রে। ঐগী ইতেং নখোয়ন অমুক পাংঙো।"

মযাম্ অদুবু উবদ নুংসিব পোক্লক্ই। তোয়ন লোয়নরক্‌পন কিব লৈত্রব ঙাসিং অদুন করিসু নাচুংব লৈতন মনিহল্‌গী মনাক্ত নাপী চারি। ঙাকোম্ অদুদ

খ্বাইদগী চাওবনি খঞ্জব মকোক্ত দাক্ লৈব গ্রাস্কাপ্ অদুন অকিব লৈতন নাপী চারিব অদু উবদ হায়রক্ই,

– হে চাওবং। চখোকউনে। মী লাক্অদি নকোক্ অচৌবদুদ কোক সুথ্রদি ...।

নাপী অম থংলগ থাই। অদুগ মোমোন্ নোক্চৈ।

কোরৌহন্বন সমদোন্ অয়াংব তোংদুন ফাওগৎলক্রমাগ্লে নোংপোক্ থংব মায়ৌগদা ঙাংঙ্গ্রানব মসেক্ল লৈতেংলক্রে। যুম্লক্ত লোইব য়েন্বান কেক্রে-কে হায়ন খোংলক্লে। বারক্ত য়ারেক্প উচেক্সিংন মান মান হৈব খোঞ্জেন্দ নুংসিন খোংব হৌরক্ই। য়াহৌ ঙম্ব কনাগী সহুম্দ তাউব মাসু খোংলক্ই। অদুবু কাক্কী খোঞ্জেন্দি তাদরে। কদাইদ লৈখ্রে নোঙাগ্লে তাক্রম্ব কাক্! সজিবু হৌরক্পদ বাসা ফৈরাদ তোংদুন কু-উক্ কু-উক্ খোঞ্জেন্ন নোংদোন্ লাইজ নিরম্ব নোংগৌবী কৌবী চেক্লা কদাইদ চংখ্রব! অঙকপনি মতম্ নঙ্গী মতম্! অঙক্প অহোংব কয়া পুদুন লাক্ই। অদুগ চংখি। অমুক্ হেন্ন ঙক্প অম পুদুন লাক্ই। নঙন ঙম্দব, নঙন খঙদ উদব করি লৈরিবিগে। নঙন অসুম্ চংখিবগ লোইন্নন ঙসিদি মনিহল্গী মঙলাল্ মঙফাওনরগনি।

নোংঙাগ্লে। মহৌসা কৌবী ইমাগী তম্পাক্ত মীপুম্ খুদিংমক, থবায পান্ব খুদিংমক্ মাগী মাগী চঙ্গদব লান্গীদমক্ সেম্ সাব হৌরক্ই। কনান লৈতবগী, কনান অরৈবদু ঙাক্ সেন্বগী, কনান হরাও তয়াম্ন, কনান অবা কোক্থোন্নন। হরাও লাল্জং লান্মী মরক্তা মনিহল্সু অমনি। মায়থোং মকা লাম্ই। মতম্ কুইন হোৎনজরক্পগী মহৈ ফংলনি খন্দুন মাগী থবক্কীদমক্ ঙাকোম্ তম্ন লাক্লে।

মীওইব লন্গী মমি উরবদি থৌনা লৈরক্ই। বাখল্ চাওথোরক্ই। খল্লুব খুদিং তৌরুব খুদিং ঙম্গদবগুম্ খল্লক্ই। মনিহল্ চংন-চংন বাখল্ কয়া মথং মথং মসেন্ মরাং লাক্ই। অমুক্সু হেক্ চংখি। লুপা চবুল্ অমগী মপু হাযবদু সোযদন ওইরগনি। অরৈব মীদ য়াম্দ্রবসু মাগুম্ব অমদদি য়াম্লব সেন্ফম্নি খল্লি। মসিদগী মতম্ কুইন খল্লক্লব মীঙোন্দদি হায়দোক্তব, ইঞ্জিন্ পান্ব গারী মচা অমতংদি সোয়দন লৈগে নিংই। মসিনি মাগী মপুং ওইব বাখল্। অসিগুম্ব নুংঙাইরব বাখল্ কয়াগ লোয়নন লাক্পন লৌফম্ য়ৌব খঙহৌদে। লৌবুক্কী চঙফম্ হেক্ য়ৌবদ পোৎসক্ অমখক্ তারম্ই। মনিহল্ স্বাই লাওই। চিংনরপ্ তৌই। তফিং তফিং চঙলক্ই কোম্ মপাল্ য়ৌরে। আঃ ওষ্ঠোক্পনিদ' ঙা ময়াম্ অদু মবুক্ কংখক্তুন ইসিং মসক্ উদবমখৈ পুখ্রি থুংন তাউদুন লৈরম্লে।

মনিহল্ চপ্ লেপ্তুন লৈরে। ●

# নোংজাবীগী মচু

নুমিৎন চীংয়া খেঙ্লোং লাংব মতম্নি। নোংজাবীগী মসেক্ মঙান্দ উরুব খুদিংমক্ ইফদ ফৈজে। ফজদব অমত উদে। মতম্ অসিদ মোধু সাইকল্ তোংদুন লাকই নাইতোম্নরব খোইরাবগুম্। পুখ্রি অচৌব অমগী মপা য়ৌবদ খাম্ই। খোঙ্ নাম্মন সৌদুন লেপ্ই। অদুগ ইসিং সোক্লিবী লৈসাবীসিং অদুদ মুন্ন য়েংদুন লৈ। অদুগ হায়রকই,

– লৈসাবীসা ব্রা অমত হায়গেব।

– করি ওইরবনো?

অমন খুম্লক্ই।

– নখোয়গী নরক্ত নুংসি কৌব য়াওব্রা?

পাউখুম্ পীরক্তে। মখোয় মসেল্ ওন্সিন্নদুন পঙ্নোক্ত নোক্ই। লৈরাং কয়া থেংনরক্লুব খ্বাজেংবগুম্ মোধুন হায়রক্ই, করিমত কোইদন,

– অওইনি য়াওরিব্রা হায়য়ো।

ময়াম্‌দু হান্নগুম নোক্কুন লৈ।

মোধুদ তাক্লক্‌পদদি নুংসি হায়বদু মসক্‌ মতৌ য়াম্ন ফজে। মরল্‌ মথুম্‌ য়াম্ন লৈ তাক্লক্‌ই। য়েংনিংমন্দুন মমান্নব হৌদন কোয়রক্‌পনি। মসক্‌ ফজে হায়বদুদ ময়াম্‌ অদুদগী খর হেন্ন ফজবী অমদ ওন্‌সিন্দুন অমুক্‌ হায়রক্‌ই,

– নঙ্‌লা নুংসি হায়বদো?

খুম্মক্তে। লৈসাবীসিংদু ঝান্ধ ঝান্ধ নোক্‌ই। মোধু ইকাইব ফাওরক্‌ই। অদুবু লৈসাবীন ঙম্ব য়াব সরীদি নত্তে। ময়াম্‌ অদুন ইসিং সোক্‌প লোইরক্‌প তঞ্জাদুদ অমুক্‌সু হায়রক্‌ই,

– করিনো নহোয়বো! হংবসু অমত্ত খুম্‌দে। (ঙাইহাক্‌ তুমিন্ন লৈবগ) অদুদি অতৈ লোয়ন চৎখ্রো। নুংসি কৌব অদুদং লৈহৌখো।

ময়ামদু নোক্‌ নোক্কুন মথং মথং চৎনখ্রে। খ্বাইদুগী লুচিংবী থীঝু থীবী অম লৈহৌবে। লৈখোক্‌ চেৎপী লৈরাংনি।

– নঙ্‌লা নুংসি হায়বদো?

মোধুন তন্দে মান্দে হংই।

– মান্নি করি তাক্‌পিগদব?

মোধুন খঙ্‌হৌদন হায়দোরক্‌ই,

– ইস! নোংজাবীগী মচুঝিদবু! ●

# অথেনপোং

ওজা মনি হন্দক্ অসি ৱাখল্ নুংঙাইতন উই। ইতৈম সখিতোম্বীন মাগী মায়য়োক্ত থবক্ তৌখিব অসি মহাক্ য়াম্ন পেন্‌খিদে। করম্ব লাইন ইন্‌সিল্লক্তুন অদুক্ নুংসি চান্নন লৈরম্ব ইমুং অসিদ সিঙ্‌চেপ্ থাজিল্লম্বনো খঙ্‌ব ঙম্‌দে। তসেংবদি চহী মতাং মুন্ন খল্লুদবদগী থোক্‌খিবনি। মসি মখোয়দি করিমত খল্‌হৌদে।

সখিতোম্বী অসি ওজা মনিন চহী থেঙ্‌ন লুহোংদুন লৌবনি। স্কুল্‌গী ওজা মচা অম ওইজবনি ওজা মনি। পোত্থা পোত্থান বি, এ, লোইসিন্‌খরে। মতম্ অদুদ সখিসু বি, এ, নত্রবদি য়ুম্ পাল্লোই হায়দুন য়াক্তুন লৈরক্‌খিবনি। লাইবক্ত তম্লম্ব মুৎপ য়াদে হায়বদুনি। সরী অনি অসি অমত ওইন পুল্লরে। য়াম্ন চান্নন লৈমিন্নে। নুপী কোয়রক্তব ওজান ইতৈমবু য়াম্ন লুন তৌই। মাগ লোয়নব মীসিংদ ইতৈমগী লম্‌চৎ ফজব, মোং-হাদবগী মরম্দ ৱারী তোয়ন সায়। সনা সাবিবগী ৱা ফাওব লোত্তে। ওজা মনিন ইতৈমবু কয়াম্ লুন তৌবগে হায়ববু— ৱানি খন্দুন ঈসিং সোক্‌প য়াওই। চেং লোইগদৌরে তাবদ মিল্ তক্‌উনবা সেম্ সাই। অসুক্কী মতিক্ লুন চান্ন তৌই।

মপুরোইবগী মতৌ অসিদ ইতৈম সখি কয়াদ হরাওজরিব!

নোংম ওজাদ করিগুম্ব অম হংগে চৎলুই ঐ। ওজাদু মাঙ্গোল্ ৱাই সিৎলম্ই। মদু উবদ ঐন,

– করিনো ওজা, অঙাংকা অমত লৈত্রবরা?

– ৱাই চাইমন্দুন বিভুলা চুরে। কদাই কদাইদ চৎখ্রবনো খঙ্দরে। ইকাইরপ্ তৌন ওজান হায়রক্পনি।

মতম্ অদুদ ইতৈমদু মনিংলোম্দগী প্রব্রপ্ চঙ্লক্ই। মহাক্ লাক্প উবদ ওজাদু ঐঙোন্লোম্দ হাইফেৎ য়েংলক্ই।

– সে সে, ঐদি নখোয় কনাসু লৈতমাল্লে হায়দন ..। ৱাই চাইমন্বসিদ।

– কৈদৌই হায়গে, নুপা সিল্ নুপী সিল্ খায়রুদুন। নাল্লগ লোইরে। ওজাগী ইকাইরপ্ তৌব মতৌদুদ ঐন পাংসিল্লুবনি।

ঐন খন্খি– নুপা থৌদাং নুপী থৌদাং হায়ব অমদি লৈ। ওজাসি মদু খরদি হেঞ্জিল্লব নুপানি। অদুবু লৈকায়গী মৌসিংনদি যাম্ন য়াই। যাম্ন সোন্নে, "হয়েংমুক্কী মপোক্তদি তা-মনিগী নুপী ওইজগে। তা-মনিগী সেবা ফংজগে।"

ওজা মনি নুপীন য়াখ্রব নুপানি। মসিগী মরম্সি মান ইতৈমবু য়াম্ন লুন তৌবসিন ওইরম্ব য়াই। কবিগুম্ব মান য়ানিংদবমক্ লৈরবসু ইতৈমনবু তক্করবদি হেক্তেখি।

কুম্ অমগী য়াওসঙ্ ময়ানি। মতম্ অদুদ খুন্গী নুপা খরন লুচিংদুন হোল্লি তম্ই। গোবিন্দগী মাগুপ্ত সক্উদৌবিনি হায়। হোল্লি তম্ব অদুদ লৈকায় লৈকায়গী মচীন্ তোংবী মৌনহা খরসু য়াওই। মখোয়দি ইমুংগী থবক চিন্বন মরম ওইদুন য়ুম্গী থবক্ লোইসিল্লগ হোল্লি তম্ব চৎলি। নুংদাং ওইরবসু তম্ব য়াওই। মতম্গী য়াওল্ হায়বদুনি।

অসুম্ন মপোক্ঙেগী ইসৈ য়াওব ফংলক্ত্রব মী কয়া গোবিন্দগী মমাংদ ইসৈ সক্প ফংজরে। হরাওনরে মপান্ থোক্পা ফংজরম্দব নুপী কয়াসু। মমৈদদি হোল্লি পালা য়াওদুন গোবিন্দগী থৌগল্ ফংলুবগী মহৈন মরুপ্ অম হৌরে। অদুবু হোল্লি মরুপ্ কৌরে। মরুপ্ অসিগী পান্দম্দি বৃন্দাবন চৎপনি। অদুন বৃন্দাবন্ মরুপ্ অমুক্ থোক্লে। মমৈদ মমিং অসি অসুম্ য়েৎনরক্পদগী লম্কোই মরুপ্ ওম্লোক্লে।

নোংম লৈকায়গী মৌ অমন লম্‌কোয়বগী ৱারী অসি সখিতোম্বীদ হৌদোক্লরে। ইতৈমদু অহান্‌বদদি নুপীন লম্‌কোয়ব পাম্‌দে। নুপীন মপান্ থোক্‌প ইমুং ইসৌ লাংগল্লি করি করিনো য়াম্ন হায়রম্‌ই। তোয়ন থেম্বদগী মমৈদদি চৎনিং-লক্‌খি। অদুন মথংগী চহিদদি মহাকসু য়াওরুগে হায়দুন মপুরোইবদ তক্লব হৌরকই। ওজা মনি মান কয়া পাম্‌দব ৱাফম্‌দু হৌদোরক্‌প অদুদ হায়রক্‌ই,

– লম্ কোয়রুবদি য়াই। পুন্সিগী মথেল্ অমনি। অদুবু হৌজিক্ হৌজিক্ ধর্ম্মগী মুল্লব অম লৈরক্লব মতম্‌সিদ হোল্লি হোল্লা হায়দুন তৌনরিবসিদি ঐদি পাম্‌দে। হায়রগ ফজদবগী ৱানি, ইরাংনিনে তৌনরিবসে।

– মীন তারগ নুংঙাইরোইদ। ঐবু চৎকন্নু হায়বিরগ লোইরে। থায়নদগী লাইফম্ চৎপ হায়দুন চৎনরক্‌ইঝিদি।

– ইরাংনি হায়বগী মরম্ হায়য়ুরা? ইতৈম চাওবী, অৱাং লোম্‌গী ইবেম্‌হল, মমাংলোম্‌গী জামিনিখোয় য়াওদ্রাও মখোয়গী মরুপ্‌তো? মখোয়বু করম্ব জাৎনো? মখোয়ন তৌরিবদুবু চুম্বরো?

লম্‌কোয়ৱা হৌদোকরক্‌প ঙাইদুন লৈরম্বগুম্ মথং মথং হায়রক্‌ই, ইসিং হান্‌বী বোন্দগী ইসিং কাপ্‌থোরক্‌পগুম্।

– যাওই কৈদৌরগে মখোযদুবো?

সখিতোম্বীন হায়রক্‌ই; করি তৌব য়াওরবনো খন্দুন।

– য়েংউ, মখোয়দো ময়ুম্ ময়ুম্‌গী দেব কর্ম্ম তৌব মতম্‌দদি মীতৈগী লাইনিং লাইসোল্ সক্‌সোল্লি। বৈষ্ণৱকী চৎনবীদ অমত তৌনদে। মখোয় মসান হোল্লি য়াওরি, গোবিন্দগী মমাংদ সক্‌উরি। খল্লু ইরাং নংত্রো? সেক্যুলারিজম্ হায়বদুরা! মদুদি ঐ ভাব্ তাদ্রে। ইসাঝি কনানো হায়বদু খন্দন মীন চোংই হায়দুন হৌ হৌ চোংব অসিবুনি ঐন ইরাংনি হায়রিবসে।

– অদু ওইরগ হোল্লিকা অমত য়াওজরোই। লম্ কোয়ব ওইন য়াওরুগে। মীসু বিক্‌থম্ন চৎনরিঝিবু।

– লম্ কোয়বসুনি। কনাগুম্ব খরদি চহী হেক্ খুদিংগী চৎলিবনি। ললোম্বগুম্ন। নতৈ চাদব ৱারীকা তারুববদি ...। মদুম্ন তৌরুনি হায়বগী বাবুদি নত্তে।

মনিং মমাং থত্তুনা হায়রক্‌ই ওজা মনিন।

– অদুবু নুপী খরন লমচৎ কারন্ তৌরগ নুপী পুন্নমক্ চিংনবদি চুম্মোইদ। নহা ওইরিঙৈসিদ ময়াম্ মরক্ত অমুক্তং য়াওনিংবগী ৱানি।

– নহা ওইবদুদনে ঐন খল্লিবসু।

ফাগিগুম্ন হায়রক্ই।

অসুম্না মরক্ মরক্ত ওজাগ ইতৈমগ লম্ কোয়বগী ৱাসি হেক্ হেক্ হৌদোক্লুন্ ঙাংনৈ। ওজান খর মথৱায় নুংঙাইব মতম্দদি ইতৈমন কেথবগ নৌথবগ মহানি। মমৈদদি ওজা মনি লাংবন্গী উচিখোইন চেল্লক্প মি ওইখরে।

নুমিৎ কুন্নিমুক্কী খোঙ্চৎ চৎলুরগ হল্লক্ই সখিতোম্বী। মরি মঙানি সুরে। মসাদু ময়েং য়াম্ন তারে অনাবগুম্ন। ওজাগী য়াওন ফিরোল্, পোৎচৈ কয়া লৈরক্ই। অদুবু পোৎসিংদু উরগ থোইন হরাওবসু উদে। য়েংনিংদবসু তৌদে। ইতৈমগী মওং মতৌ, লম্চৎ সাজৎ কুপ্ন য়েংব হৌরক্ই। ইতৈমসু খঙ্ই, মপুরোইবদ মহৌসাগ মান্নদব ইহুল্ অম লোয়নরে হায়ব।

অসুম্না লৈরিঙৈগী মতম, অসিদ নোংম চাওবদু ফুৎ ফাওরক্ই। লম্কোয়ব হৈনরব মীনি চাওব। হন্দক্সু য়াওরুবনি। মহাক্সি ওজা মনিগী চম্জব মতৌ অদুদ য়াম্ন হঙ্গোইন চৎপ মীনি। লোন্দিন্নব নৎত্রগসু মথক্ থোংব অমগী থক্সি খাসি থম্জব মীনি। হন্দক্কী খোঙ্চৎ অদুগী অৱা নুংঙাইগী ৱাবী সানিংদুন কোয়থোরক্পনি। অদুবু চাওব লাক্প উখিবদগী ওজা মনিদু কদোম্দ থোক্খ্রবনো খঙ্হৌদ্রে। ওজা লৈরম্দব অদুদ তাচাওবদু কুইন ফম্নম্দ্রে। ইতৈমগ ঙাইহাক্ ৱারী সারম্লগ হন্খ্রে। খোই মহুম্দ চৈন থিল্লরে হায়বসি তাচাওবদি খঙ্জদে।

ঙাইহাক্ লৈরগ ওজা মনিদু কদোম্দগীনো খঙ্হৌদন চঙ্লক্ই। অদুগ হায়রকই,

– চাওব লাক্অম্মিবদু করিগীনো?

– চুম্ন কোয়থোরক্পনি হায়। মহোয় মপাগ উননিংই হায়রম্ই। ঐন লৈতমালে হায়বদগী কুইন লৈরম্দরে।

– ইরাক্সু লাক্তব মান করিগী উননিংইনো? লম্ কোয়রুবদ চান্নরক্প ওইরিনিনে।

– করিনো হায়বিরিবদুবো। চাওবদি মহোয় মপাবু য়াম্ন হঙ্গোইন তৌই।

আদি চৎপদসু ঐবু সেম্নবিবদ ....।

সেম্নদ্রি ....। ফৈনে।

মখা তারক্তে। মথমোইদ ওমদুন লৈরিবা মৈগী চীংদু পোকখায়গাদৌবগুম্ তোহু। তপ্ন ফাথরে, থাংসাবন ইক্রব অঙাংব য়োংপু লাইজনুংদ ইংথহন্নগুম্। খন্নকই "মাঙোন্দা লমহেন্ন লিচৎ অম য়াওরমইদন।" ওজা মনি মাঙৌন্দ ফাওরক্লিব চিংন মৈসা অসি করম্ন কোকদগে হায়বগী পোরম্ থিব হৌরকই। অসুম্ খন্নুবদগী পোমিৎ অম উরকুই মদু পাংথোক্লগে হায়ন লেপ্লে।

মপুরোইবন মহৌসাগ মান্নদব মওংদা লৈব অদু উবদ সখিতোম্বী হায়ভম্ খঙদন নুংঙাইতরে। করিনুংগী লমচৎপ য়াওরবনো খন্নকই।

– ঐ ইসাসি য়াম্ন চেকুসিন্ন চৎচবনি। ইমুং অসিগী মখাদ লৈজবীনি। মহোয় মপান য়াদব করি থবক ঐন তৌগ্রবগে? থোকখ্রব অদু হন্দোকউব য়াব নত্তে। করিনো ময়েক সেংন হেক্ত হায়বিয়ু। ঐবু মীরাইবিবগী বারা?

ইতৈম সখিন হায়রকহ।

মদু তাবদ ওজামানি করিমত্ত হায়দন থয়ায়নন লৈ। ইতৈমগী ফজবা মায়থোং চুঙফিরাল্ চাব সাবান্ অদু খোঙদগী তোন্ ফাওব মুন্না য়েংলকই। অদুগ কন্নক্পগুম্, সাওনিংবগুম্ খর কন্নপ্ হায়রকই,

– নঙগী নসাদুবু নিয়ম্ চুমলিঙ্গাও। য়া মখা পংতা তারকনু। ঐনে ...।

– ঐ য়াম্না হৈনদে। করিনোমা ইতৌ তৌই। ঐবু করি তৌ হায়রিবনো

– করি তৌব তৈদব নসান খঙদ্রাও।

সখিতোম্বী মখোয়দৌ প্রোক্ প্রোক্ চাকই। মপুরোইবন মচেক্ত য়েরিবদু করিনো সেংন খঙব ঙমদে। নাতোন্ নাকচি কাংলকই। পোৎচৈদ তাইনরকই। বা-রান ঙাংখিদরে। উচুংগুম্ন লৈরে। ঙাইহাক্ লৈরগ য়াম্ন তপ্ন হায়রকই,

– করিগী অদুক্ থাজবিদ্রিবনো? নুপীন মপান থোকপদ নুপান চিংনবগুম, নুপী ওইবীনসু নুপাবু চিংনরবদি করম্ন য়ুম্ পান্বা ঙমগনি।

ইতৈম সখিগী বাগী বাপা চাব চাদব থোইন খন্নুদে ওজাদু মাগী বাখল্ পরিংদ অদুম্ চৎলি। হায়রকই,

— ঐন হায়রিবসি নঙ্ য়াম্ন মুম্ন খল্লু। হায়ব য়ারে হায়দুন হায়রিবনি।

ইতৈমদু তুম্নিন্ লৈখি। ওজাগী বাদু করি হায়রিবনো খল্লক্ই। অসুম্ খল্লুবদ মসেন্ মরাং ভাব্ অম লাক্পগুম্ তৌই। মহাক্সু করিনো খল্লক্ই।

ওজা মনি মান য়াথখিব পোরম্গী মতুং ইম্ন থবক্ তৌরগে অদুদদ মসাদু নে-তারনি খল্লক্ই।

অফব নুমিৎ অম য়েংথোক্এ। লাইনিংথৌদ অথেন্পোৎ অমতং অথুম্ অহাওগ লোয়নন কৎননব লৈহক্লে। মান হাম্ন হায়ক্রবনি— "ইমুংগী লাইনিংথৌ অমুক্তং খুরুম্থোক্সি।"

নুমিদাংনি। অঙাংসিং শুম্ন তুম্নখরে। মতম্ অসিদ ওজামনিন ইতৈমবু কৌরদুন হায়রক্ই,

— হাই, লাইগী পোৎসিংদো পুথোরক্ও।

— মহোয় মপান খর পুথোক্পিরো। ঐ সোক্নিংদ্রে পোৎসিংদু।

য়াম্না তপ্ন ইতৈম সখিন হায়রক্ই।

মিকুপ্ অমগী মনুংদ ওজা মনি ইঙক্ ঙকপগুম্ ইকাইগুম্ বাখল্ ইপাক্ত তাওরক্ই। অদুগ খঙ্হৌদন হায়রক্ই,

— হা! করি হায়ব! সোক্নিংদ্রে হায়ব! ●

# নিসাবন্দ

অহ অহ অহ ........ ...।

সিথ সিথ লোক্ খুই চাওথোই। হিদাক্তু অমুক্ চিংই। অমুক্ হেক্ খুই। খাঙ্ব বারদুন্, –

– খুঘরেহে করিনো! থোরাইমচাগী লোক্সিদি।

– করিনো, খুন খুন অসুম্ পঙ্চিংদ চিংসিল্লি। য়াদ্রবদি খরসু মরেম্মিয়ু।

– য়াদদন তৌরিনিনে। নহাম্ন তোক্নিংঙবনিনে।

– রেদিওদ হায়বদু হেক্ মাল্লদন।

– মদু মহোয়ন ময়াম্দ ফত্তে খঙ্নব তৌরিবনি। ঐখোয়দি মহোয়ন রেদিওদ লাওদ্রিঙৈদগী হৈনগ্রবনিনে। থাদোক্প ঙমদ্রব।

– অদু হক্চাংদু নুংঙাইদ্রে হায়রবদি কোক্ তোক্থোক্বিরগ লোইরে। পুক্ থন্বসু নত্তব। করিবু কান্নবগে?

— কান্নব হায়ববু মৈখু থক্লিংবগী অপাম্ব কোক্হন্নিবসিনি।

— অপাম্ব কোক্লব অদুম্ থক্পীরো। হক্চাংগীক খন্বিরুনু।

চাওথোই মীযায় চল্লব মীওইনি। চহীগ হক্চাংগ য়েংনবদ হকচাংন খর লৈসিল্লে। দাক্তবন চুরুত্ হিদাক্ থক্প লেপ্পু হায়বক্রবনি। অদুবু হেন্ব ঙম্দে। হকচাং ঙল্লক্তব মতম্দ কবিনুংগী মৈখু হৈনক্বনো খল্লক্ই।

কুইরবগী বানি।

লৈত লায়ববন মরম্ ওইব্রদুন লৈকায়গী অহল্ খবগী মতুং ইন্দুন চুবাচান্দপুরদ থবক্ সুব চৎলি। থবক্ ঙাইহাক্ পোখাবদ অহল্সিংন চুরুত হিদাক্ থক্পদু অসুম্ তন্নুবদগী চুরুত্ বিরিগী মহাও খঙলক্খি। কংকরগী মশুন্ খঙলক্খি। কংকব থক্পদ সাফি যাওব য়াওদবগী খেন্নব মহাও খঙ্লক্খি। মৈখুদ লায়চুবক্খি। নোংমদ চুরুত্ হিদাক্ মসিঙ্ নাইদনা থক্ই। থক্ত্রবদি লৈব ঙম্দরে।

মতম্ কুইন লংফে সা ওইরুববসু হৌজিক্তি ময়ুম্দ লেঙ্দন লৈরে চাওথোইদু। হৈ-সিংন সেন্ তান্সিঙ্গদুন পুক্ ফাওবদি থঙ্গবে। মাগী নুপীনগ্ কুপ্চুবনে মীখা পোন্ন হিংব হায়বদুদি ওইদ্রে। অবা মচা লেম্ন মাঙ্দে। মরু কৈমদুন তৌক্ই হায়বদু তাগদৌবিববা! থবক্ সুভম্দ মথক্কী অহল্সিংন পুব ঙম্দব নত্রগ পুনিংদব পোংলুম্ কয়া অপঙ্ থৌনাগুম্ মান হেক্ পুই। অহল্ ওইবসিংদুন হায়, নক থুদেক্তুন থবক্ সুব হৌনদে। মতম্ অদুদ বা ওইন লৌরুদে। অসুন্ন বান থবক্ সুরগ চুরুত্ হিদাক্ অবা পোখাব। ঙাইহাক্ ফম্ব। অসুন্ন সুবক্পনি। পুন্সি লম্বী তংখায় চল্লক্পদ মঙাইরি। বারক্হৌদবগী লায়না অমদি লেপ্সিঙ্গবে- মৈখুগী লায়না। মসি নত্তন চাওথোইদ অতৈ লায়না লৈতে হায়ব য়াই। হৌজিক্ থবক্ কন্ন সুবসু ঙম্দ্রে। মরাইবক্ ফবদগী মচাসিংন মাগী মহৎ সিন্খবে।

অহ অহ অহ .......... .

অমুক্ চিংধ চিংধ খুই। পুক্নোপ্ পায়দুন চৈনা খাঙই। খর ফরক্পদ হিদাক্তু অমুক্ চিংই। অমুক্ সিধ সিধ খুই। চুম্ন ফম্ব ঙন্নক্তরে। মতম্ অদুদ মাধবী চঙলক্তুন মসাদ ঙাক্পগুম্ পায়বগুম তৌরগ,—

— সি তোক্অরনি। মৈখুন্দি তোক্পিরো হায়রগ য়াবিদে।

হিদাক্তু তাপ্ পায়রগ লৌথোক্ই।

**নিসারঙ্গ**




- সিববদি ফববনিনে। অবাব কোক্লব।
  লোক খুবি খুবি তৌদুন হায়রকই।
- সিগ্ধগ কনাগ লৈহৌনি হায়বগে?
- নুপাবু ঐদবো! অসুক যাম্ন লৈবিসিদি।
- তুমিন লৈয়ু। ফাগিকাদু তাজনিংদ্রে। খম্বন্‌বিবনু।
  কোযযেং যেংঙগ তপ্ন অমুক,
- অঙাংসিং তাদুন তোকঅবনি। ফাগিদো মী যেংঙো।
- খম্বনব নত্তে অওইবনিনে। সোবাৎ নুমিত্ত ও. খোংন কপ্‌-লাওখিব কযা ফিবোই যৌদব যাম্ন যাওনবে।
- মদু, নুপী খুদিংমব চপ মান্নববো?
- মান্নদ্রবসু। ঙমমোই। ঙম্‌মোই। লোযরে।
- তাজনিংদে ঐ অদুগুম্বদু। চীন-যা কেন্নব বানি। হকচাংদু সোক্‌চিন্নকপদুদ হাযজবনি। ঐগীবো ঐন হাযবিঝিবো?
- অদুনিনে। নঙগীদি লায হাযব। নসকসু রাত্তে।
- বিষ্ণু বিষ্ণু। কযাদ লাযন হাযবিনো? অওইমক্তৌন। রো নহা নৎত্রে। নকোক্তো মিংসেল খান্নগ অমুক্ত যেংঙো।
- লাযব নত্তেনে। কোক্ল কোক্‌ হকচাংন হকচাং। নুপী খবগী লোন্‌চত্তু অসেংব হাযবনে। মযায লৈকাযগী ভোম্বীদু নঙ উহৌব নৎত্রো। সোবাৎ নুমিত্ত কপ্লদ মযাম্‌ চঙ্‌দুন থেম্নখিবদো। মাবু চহী ওন্‌খিববো?
- মীন পান্নবসু ঐখোযদি পান্নোই। পুন্সিবু ফাগিবা?
- হোই হোই। ফাগি তোনিদ। থক্‌অবোই সুকথক্‌ থক্‌অবোই সত্য সত্যন সাখি। হেক্‌ থক্‌পদ চীন্‌ঝি পৎকে। মৈখুদু পুক্নুং হেক্‌ যৌবদ পুক্‌সি পৎসনু।
- পুক পৎপদো সিদোইনে। মহোয মপা। অওইবগী থক্‌পিবনুব। চুক্ত্‌ হিদাক থক্তৌ সকক্‌ চানিংব কবিনো হাযবিযু। নুমিৎ খুদিংগী রাত্তনব থম্‌জগে। নুপী ঐখোযদি নুপাগী মপান্ন চাওজবনি। নুপান থওইবিদ্রবদ কবম্না নুপীন অতোপ্পগী ইকাইখুন্নব ফংগদগে। অহাযব পুম্ব যাজগে হকচাংদ চানদব পোৎ অদুদদি তোক্‌পিবো।

চাওথোই তুমিন্ন লৈখি।

নম্বোল, কৈথেন্দনি। চাওথোই নোরেন্‌গ চা থক্‌ই। মতম্‌ কুইন উনদ্রিব মরুপ্‌নি। লৈত-লায়র থিবদগী চুরান্দপুরদ অদুম্‌ লৈখরে। হে লায়রব! কল্লিদ নঙ্গী পাঙ্গল্‌! অদুক্‌ নুংসি চান্নরম্ব অনি অসিবু নঙ্‌ন কয়াদ লায়ন লাপ্নহল্লব!

– কুইরে, অদোম্‌দ লাক্তব। লিন্‌সিফাঅইদ লৈব ইচেদো সোম্‌দ হোঙ্গৎ-লক্লে। ইচে লৈরিঙৈদদি তোয়ন লাক্‌অম্‌ই। অদুবু হৌজিক্তি, ফন কুইরে।

চাওথোইন হায়।

– হোয়নে। চহী মরি মঙামুক্‌ সুবম্মনি! সিবু সিদ্রবদি উনবিদো। ঐসু সোম্‌দ অমুক্‌ লাক্‌অসিরা খল্লবনি। অদুগী লাক্‌ইবনি।

– কবিনো তাংজভম লৈত্রবরা।

– লৈ! অদুবু আদ লৈবসি মওং যাম্ন চাদ্রে। খুন্তাক্‌ লান্‌সিব হায়বদু ওইরে। কাংলুপ্‌কী ইবাং অসি য়াম্ন কল্লক্‌লে। মীতৈসু অয়াম্ব চৎনখবে। বাজাব কাদু ইহং হাংঙে। মী লৈৎবগী অব্বাব হায়বদু হন্দক্‌ খঙ্‌ই।

– মীতৈসিংদসু অকায়ব তৌবরাও?

– তৌদে। অদুবু নাকন্‌ অনিগী ইরাংদুদ সোক্কনি কিদুন চৎনখিবনি। সিফাইসিং অসিসু নোংমৈ মখোল্‌ অমত তাব য়াদে। মখোযগী কেম্পতগী পংকাপ্ত কাপ্লক্‌ই। লাল্‌হৌবসিংদি মীবক্ত কয়া কুইন লৈকনি! অদুন সোক্‌পদি মীচম্‌দ মসোক্‌প।

চা থক্‌প লোইরদুন নোবেন্ন চুরুত্‌ লৌথোবক্‌ই। চাওথোইদ লাপ্লি। লৌই। চম্‌দে। চরুত্‌ হিদাক্‌ হেল্লক্‌প কুইরে। অদুবু চুরুত্‌কী মহাও কাওবদি নত্তে। মখা অমুক্‌ তারকই।

– দি, সি, ওফিস্‌ ময়াগী রিকি গাংতেখোয়দু থেংনদ্রবরা? মবক্‌ মরক্ত উনরম্‌ই ইম্ফালদ। থেংনখিদরে। কুইরে।

– চুরুত্‌ মপী সম্‌সাংবদুরা?

– মান্নি, মচীন্দ চুরুত্‌ অদুম্‌ নপ্পদো।

রিকি হায়বদো চুরুত্‌ য়াম্ন থক্‌প মীনি। চাওথোইন চুরাচান্দপুরদ লৈরিঙৈদ য়াম্ন লুন তিন্নখিব। সেন্‌ পায়ব রিকিগী মতুং ইন্‌বিদি চাওথোই চুরুত্‌ উপু মসিঙ্‌ নাইদন লোয়খি। অদুবু মতৌ তম্বদি ঙম্‌খিদে। নহা ওইরিঙৈগী বানি। রিকি নিংসিংভুবদ মখুত্ত

পাযবিব চুকত্তু থক্নিংবন খাঙভম খঙ্দে। নোবেন্দগী মৈখেত্তু লৌই। অদুগা অমুক্ হাযবকই,

– পার্কিং মযাদ লৈব মসা নোযব তাদদু লৈবিববা? মমিংদু কাউথোকখবে।

– কচু মুব সাজাওদুবা? ব্রাংখৈদগীদো?

– হোই, ব্রাংখৈদগীনি হাযমালে।

– উদ্রেবো' খব তোযন থেংনব মরুপ্ মপাংসিংদু ইউ উখিদ্রে। অতোপ্পদগী লাক্পনিন ইবাং অদুদ লোযন হন্নখ্রমাদ্রে।

- তাদদো লোযনব নুংঙাইবনিদ। লৈবিববা লৈত্রববা খঙ্দ্রে।

– নোংমতং কোযথোবকউনে।

– লাক্চববোই ঐ। মান্নে হাযদুন

– মীতৈদদি কবিসু তৌদেদ। অদুবু মকদি জাৎ বিজাৎ খাযদেকো।

মরুপ্ অদুন চুকত্ থপদু উবগ অসুম থকনিংঙক্। ঙসাইমখৈ যাববদি চম্মবোই খল্লম্বনি। চম্মে সিব সি চঙ্ঙ চঙ খন্দুন।

মহাও কবিসু কাউদ্রি। ইস খুৎচিং অদুদি' অদুগ লোযনন কংখুসু অদুন লোযনবকই।

* * *

লোন্ন খব ফোংন খব, চুকত থকএ চাওথোই অদু। তোপ তুন নাব নত্তবন অদুগ মতম চুপ্প লোক খুব নত্তবন মাধবীসু হাযবাক্প তৌদ্রে। অদুন হান্নগুম চপ চান চুকত হিদাক্ অমুক থক্এ। চুকত বেবি উপু উপু লৈদুন ফুবিৎ খাউদ হাপ্পে।

নোংম নুমিদাং অমনি। চাওথোই কবিনো অম কোযথি থিবি। অঙাংসিং তুম্নখবে। মাধবীদি ইমুংগী থবক ইন্খাং লোইসিল্লি। মপুবোইবন থিবিবদু খঙই। অদুবু ব্রাদি হাযকদে। মথৌদ লুপ্লি। চাওথোইন কা অমদগী অমদ হঙ্গৎ হন্দ চত্তুন কোযযেং যেংই। উপু মথকসিং হন্ন হন্ন যেংখ্রবদু অমুক্সু হন্ন যেংই। কাংথোননোঙা মসিঙ্ নাইদ্রে হুম্বিব। মাগীদ নত্তন মাধবীগী ফমুং ফাওব হঞ্জিল্ হঞ্জিল্ থিবি। পোওি ফংব লৈতবে।

মাধবীদু নুংঙাইত্রে। থব্রায অমগী অবাম্ খৌবাংব অদু যেংব ঙন্নত্তবে।

খঙ্দব সাবদুন,

– করিনো থিবিরিবদুবো?

– করিসু নত্তেদ।

– অদুগ ঙসাইদগী মারিব সেৎ ফাক্ইবদুদি?

থিব্বিদু অদুনিসু হায়দরে। য়েক্তুমসু নত্তব পোৎ অদু থিব য়াব থিবে। ফংদরে। মাধবীদ হংবসু তৌদে। লম্হেন্ব চীন্ অদুগী চক্রিদু অঙম্ব থৌনান ফাথদুন থম্মে। তুমিন্ন ফমুংদ চম্খরে।

ঙাইহাক্কী মনুংদ ইমুং অদু ইচিক্ চিক্লক্ই। মীপুম্, খুদিং সোর চনিং তানবক্ই। অদুবু চাওথোইদি মমিৎ অদু উইসিন্ব য়াদে। খল্লক্ই, কদাইদ থম্খ্রবনো। পোৎ লৈভম্দ হন্দোক্লম্নববা! খন্ফম্ খঙ্লক্তে। চুকত্লা বিবিবা মতেক্ অমতং ফংলবদি চীন্ অদু পেন্গনি খল্লক্ই। খাঙ্ফম্ খঙ্দবে। নাসোন্ পিক্ল হৌগৎলক্ই। উপু অদু অমুক্ হাংদোক্ই। তোর্চ লাইত্ কাপ্তুন য়েংই। লৈতে। কাচিন্ কোয়া, লৈবং মথক্ হন্ন হন্ন তোর্চলাইত্ কাপ্তুন য়েংঙে, চুকত্ নত্রগা বিবি মতেক্ অম ফাওব থেংনদরে।

চুকুত্ হিদাক্ থক্প মীন অমুক্তং হেন্গে খল্লক্পদ অমুক্তং ঙাওবদি সোযদবনি হাযবদু চাওথোইগী মতৌ অসি য়েংঙগ খঙ্ব ঙম্ই।

নোংঙাম্লে। চাওথোই ঙরাংগী ৱাখন্দুদ লুপ্তুন য়াহৌরক্ই।, মাধবীদ হংগে খল্লি। হংনিংদ হংনিংদ হংদব য়াদ্রে। ৱাদু য়াম্ন মসা তাসিন্ন হায়বক্ই,

– হাই, নহোয়বু ঙবাংগী পোত্তু কদাইদ থম্বগে। মদুদগী হেল্লবোই হায়দুন লৈরক্পনে। পুথোবক্ও।

– ঙবাং হংবদদি কবিসু থিদে হাযবদাই।

– মসা ৱাবক্প ঙম্দব জাৎসিদি সোক্নে সোক্সনু। সিগে সিসনু উপু মঙাদু লোয়ন থক্নে তৌবনি।

– থক্পিরো থক্পিরো। ঙরাং পুথোরক্নে তৌবনি। হেক্ নুংসিরক্তব। ঐগী চীন্ নত্তবনিন। .................. অদুবু সোক্অবদি ঐখোয়সু সোক্কনিদো। .......... য়াদ্রবদবু .............. ইরন্ন থক্প নত্তবনিন।

– ঙাইখোনে। ইরন্ নবন্গী ৱাবু নত্তেনে। ফাখ্রব ইসৈ নোংমতসু ঙংই হায়বদুনি। হান্নগী খুৎথক্তুদি নৎত্রেদন ঐঝু।

– সিবদি ঐখোয়নে ৱাহৌদৌরিব!

– চুরুত্ হিদাক্ হেক্ থক্অগ সিব য়াব নত্তে। সিববু তম্ব ঙম্বরা। মপুন্সি চুপ্প হিদাক্ত লায়চুরব মাম্ম পিসক্তু চহী মরিফু হেন্ন পুন্সিখি। সুক্থক্ থক্তব কয়াঝু পুন্সি তংখায় য়ৌদন মাঙ্খি। ঙসাই খবরদ য়াওবদো – থৌবান্দ বোম্ পোক্খায়বদ মী মঙা সিরে। তরুক্ সোক্এ। মহোয়দো অমুক্ হল্লক্অগ থক্অব য়াব নত্তে। মতম্ অসিগী হায়রবদি চানিংব চাহৌব, থক্লিংব থক্হৌব। হোরেন হয়েং খঙ্দ্রব পুন্সিগীদমক্ হেঞ্জিন্ন বারুবগী কান্নপোৎ নত্তে।

– অদুদি ভুংগী করিমত খন্দ্রবসু য়ারেনে। হায়বিরিদুনদি।

– নখোয় নিসা হৈত্রিবদো ফরবনি। হৈরবদি নঙ্সু তৌদৌরিনি। খাঙ্বদ বাত্তব জাৎনি। ইনে তোম্বীন হায়বম্বদো– চুরুত্ হিদাক্ হেন্গদৌ সরুক্ চাক্ চরা অনি অহুম্ হেঞ্জগে। নিসাগী ময়ায় অঙপনিনে।

চাওথোইন হায়রিব অদুদ অচুম্বসু য়াওরি। পুন্সিগী মমল্ য়াম্ন হম্বরে। নোংমত মী সিবগী রাফম য়াওদব খবরগী চেনা থিবদ ফংদরে। করিগুম্ব ফত্ত-নুংদ থোক্রবদি নিংঙম্হৌরোই খল্লক্ই মাধবীদু। ইমুংদ চঙ্খরে। ঙরাং লৌসিন্ব চেখাউদু পুথোরক্ই। মপুরোইবদ পী। থমোইদ য়াম্ন নিংঙম্দবগুম্ উই। হায়জবা য়াদ্রবদি উপাই লৈজদে হায়বগী মওংনি। রা খরদি ঙাংনিংবগুম্ তৌই।

– ঐগী ইতিক্ নৎচদে। অপাম্ব তৌবিয়ু। ঐখোয়গী খরদি খন্বিয়ু হায়জবগী বানি।

অসি হায়রগ ইমুংদ চঙ্খি।

চাওথোই মিকুপ্ খর তুমিন্ন লৈ। অদুগ উপুদগী চুরুত্ মচৈ অমা লৌথোক্ই। খুবীগ খুদোন্বীগন চপ্তুন চুরুত্তু লৈ লৈদুন মুন্ন য়েংই। মওল্ মওল্ খল্লি– মতৌ করম্ন মৈখু সিজিন্নব হৈনরক্খিব। অহল্ থবক্ সুমিন্নবসিংন হিদাক্ ঙাম্বক্ অমত সেম্উ, মৈ চাক্রক্উ হায়খিব। চুরুত্ বিরি মক্ত ওইরবসু মৈ চুরক্উ হায়দুন চিংব তম্খিব। করিগুম্বদ রিকিখোয়গ লোয়নন চুরুত্ মচৈ অম মথী কেল্হন্দন লোয়ন থক্প তাননখিব। ময়াম্ অসি মথং মথং নিংসিংলক্ই। নহা ওইরিঙৈ পাঙ্গল্ কল্লিঙৈদদি হকচাংদ করিসু সোক্তবগুম্ খল্লম্ই। পুন্সি লম্বী তংখায় য়ৌরক্রব মতম্ অসিদদি– নঙ্ন থক্খি চাখিব ঐখোয় ময়াম্ লৈরি হায়বগী মতাগুম্ হক্চাংগী তোঙান্ তৌঙান্ব মফম্দ ফন্ ফন্ চোংথোরক্লে। থবাক্ত খেদুন সোর ফুম্ব ফাওব য়াওরক্ই। লোক্ খুরক্ই। নোংম চুরুত্ হিদাক্ থক্পগী ঙাংনবদ হায়খিবদু অমুক্ নিংসিংলকই।

– ইবানি ঙা ইসিং থোক্ই। নঙ্ন ইসিংনি। ইসিং লৈত্রবদ ঙান করম্ন

হিংগনি। লৈরিব অঙাংসিং অসিগী খরঝু মখন্‌বিয়ু।

চাওথোই হন্ন হন্ন খল্লি ঙা ইসিং তাব হায়সিবু লৌব য়াব বারা। মী মীগী লোয়নরক্‌প মরাইথুংন নংত্রগা ইস্বরন তম্নক্‌প নত্তবরা। অদুবু লৈকায় অদুদদি ঙা ইসিং থোক্‌ই হায়নব মতৈ মনাও অহুম্‌ মরি সুখরে ইকান্‌ কাম্নদন লৈখিদব। মাগী নুপীন হায়রিবসি চুম্নবরা হায়বসিদ নক্‌সিল্লক্‌ই চাওথোইগী ৱাখল্‌। চুরুত্‌-সিং অদু থক্‌অগ লেপ্লগে খন্দুন লৈরক্‌পনি। চম্‌গে তৌরম্ব অদুসু চম্‌দরে। উপু মঙাদুদগী চুরত্‌সিংদু লোয়ন লৌথোক্‌লে। উপু অদুসু য়াওন মমাংদ পৈরে। ঙাইহাক্‌ করিনো খম্বগুম্‌ তৌরম্লগ মৈখেক্তু সত্তোক্লগ থাও চাইসিল্লে। মৈ চুরে। চুরুত্‌সিংদু মৈরি থোক্ল চাক্‌খৎলক্‌ই। মৈরীদু য়েংন য়েংন খঙ্‌হৌদন কৌরক্‌ই “মাধবী মাধবী!”। ●

# লাংথবান্ কোনুং অমন্ব

মীয়ায় চল্লবী সন্সেম্বী অদুগী মরৌ লৈব ৱাহৈদু হৌজিক্সু নিংসিংলি। মতম্ অমদ লাংথবান্ কোনুং অসিন ওইরম্ব ফিভম্দো!

অঙাং ওইরিঙৈদগী লাংথবান্ কোনুং অমম্বসি অমুক্তং য়েংগে খল্লক্ই। অতৈ অমগী নত্তে। চহী তরেৎ খুম্ভক্লুরব মতুংদ গম্ভীরসিংহ মহারাজন লৈবাক্সিগী অসেংব নিংথৌ ওইখি। অদুগ লাংথবান্দ কোনুং সেম্খি। মতিক্ লৈরব নিংথৌ অসিগী অরোইব য়াহিপ্ফম্সু ওইখিব মফম্ অসিবু য়েংনিংখি।

নোংমা তান্ চাখি লিলোংদগী হল্লক্পদ।

কনাগুম্ব কনাগুম্বীসু য়েংলম্ই। কিন্থুরব হোজং অদু ফাওদুন চঙ্সিল্লি। নিংথৌন লাই লাৎলম্বগী লাইসঙ্ মাগুপ্ লৈমন্ চল্ল লৈরাংগুম্ ঙম্ল কিন্থুরে। মদু উরগ নিংথৌ অদুবু নিংসিংলক্ই। অৱাব পোক্ই। মান সিখিব মীসি অদু ৱারী লাইরিক্ত থেংনখিবদু নৌহৌন নিংসিংলক্ই। অকোয়বদ হৌরিব থৈবোং, হৈনৌ

পাম্বীসিং, মোংসোং কয়া উরুবদ হঙ্গোইব পোক্লক্‌ই। য়াম্ন চীক্‌ই। হৈবোক্ লাইরেম্ম মথি ফোংই হায়বদু নিংসিংই। কুম্‌থরক্লে।

ঙসাই চীংখোঙ্‌দ সন সেল্‌হৌবী ইমাগুম্বী অদুন হায়রক্‌ই,

– ইবুংঙো মখোয় অনি চৎখিবদু থেংনব্রা?

– হোই থেংনৈ। করি হায়গে?

– চীংথক্ত লাই খুরুম্মুই হায়য়ে। লাইদু সংঝং থোরক্‌ইনি।

– ইমা মফম্ অসিদবু লাইফম্ লৈবরো?

– য়া! অপঙ্‌ব! নঙ্‌ন খঙ্‌দ তৌরিনি। কোনুং হায়বসিদি লাইফম্‌গী লাইফম্ ঙাক্তনি।

অসি হায়রগ হৈনহে হৈনহে হায়দুন সনসিংদু হোইহৌই। ●

# মচাতোম্বীগী মোন্দুম্

*"কোরৌ মান ঋাংবরা!*

*পঙ্গৌ ইপান মৰাংই!!*

*মালেম্ মান লৃম্বরা!*

*পলেম্ ইমান মরুমই!!"*

ইবোহল্ মাগী নুপীগী ফীরোই লোইখিব কুইদরি। মসা সোঞ্জিল্লক্প অদুদ নুংসা থীদুন ময়ুম্ পান্থ্রবী মচানুপী অহুম্ অদু কৌই। মাগী মরল্ মথুম্ খর লৈজরিবদু য়েঙ্হোক্পিগে খল্লি। মচানুপী অহল্গ য়ায়ম অদুগদি য়ুম্দ লৈরিঙৈদ খর তোনান্থিব ঙাক্তনি। অদুবু মরাইবক্ ফব হায়বদু থোক্খরে। লোয়ন মচাক্ চাজরে। অতোন্বী অদুদি য়াম্ন ৱাজখিবনি। হৌজিকসু লাইবক্ক তুংওইনবিরে। মচা অতোনবী অসিগী মপান্দগী ইবোহন্ন মচানুপা য়াওদবগী অৱাব খঙ্খিদবনি।

মাগী মমিং নুংসিতোম্বী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন থবক্ মরম্ খঙলক্ই। মহাক্ অসি ইবোহল্গীদি মচানুপানি। লৌবুক্তে কুমদুন নুপাগুম্ন থবক্ সুই। লৌবি য়াম্লি। লৌহোন্ ফোয়্। সন্গাবী থৌদুন হার হোম্লি। পোইনুগী মতম্দন ফৌ চিংই। মরম্ অদুন মপান মাবু লুন চান্ন তৌই। মবম্ মোক্প মচাবু চীন্দদ ওইববস্ লুন তৌব হায়বসি হৌনসানি। অদুন কবিগুম্বদ মপান পেল্লদুন হায়, "ঐগী হাযব্বু ইচাতোম্বীদনি। কন্নানসু পাংবিরপোৎ নত্তে।" অসুম্ন নুংসিতোম্বীবু মপান "ইচাতোম্বী ইচাতোম্বী" হায়ন কৌবদগী লৈকায়ন মাবু মচাতোম্বী হায়ন খঙনখি। অসিগুম্বী মচা অসিদ খব হেন্ন সরুক্ থুংবিগে খল্লি ইবোহল্ন। মচাশিং অদু লাক্অব মতম্দ মপান হায়বক্ই.

– ইচাঝা, ইপা পঙ্কুই কুইন লৈগদব মান্দরে। অদুন ঐ লৈনিঙৈদ নখোয নখোয়গী ফংভম্ থোক্প যেম্থোক্পিরম্গে খল্লি। মমাংগী তাদ অমুজাওন লৈতব মতম্দ মচাঝিংন খৎন-চৈনবগী ৱাবীনখিবদো ইপাদি পাম্দে। অদুন মদু থোক্তনব সীল্লম্গে কৌবনি।

মচানুপী অহুমদু মপাবুংগী মসা সোল্লক্পগী অমসুং লন্ থুমগী ৱা পল্লক্পদু মুন্ন তায়। ইকংলব তু-খোংদ নৌন ইসিং লাক্পদ লৈকুৎ কোম্বুৎ লৈফম্দ ঙাইহাক্ লকক্ তৌবগুম্ তুমিন্ন ঙাইহাক্ লৈনৈ। মাযথোংদি চপ্ মান্নদে।

অদুদগী মচা অহল্ অদুন হায়রক্ই,

– অদুগী ওইরবদি পাবুংগী লৈরিব লৌসিঙ্ অসি চপ্ মান্নন হেক্ য়েন্নবিয়ু। পাবুং লৈরিমখৈ লৌসান্ তম্গে।

– ইচেন হায়রিব অসিদ ঐঝু য়ারে। পাবুংন সু-নোম্বঝু ঙম্লরোই।

নংহৌরৱোই মতাগুম্ য়ায়ম অদুন পাংসিল্লক্ই।

– মদু য়ারোইয়ে ইচে। পাবুংগী সরুক্ থম্দব য়াবোই। অহল্ ওইরব মতম্সিদ মরল্ মথুম্ লৈত্রবদি কন্নান চঙ্দুন সেবা তৌনিংগনি।

অতোন্বী অদুন হায়রকই।

– ঐগী থম্ব থম্দবদি লায়রি। ননাওসি খর মরাইবক্ থীরে। মঙোন্দ খর হেন্ন থুংবিগে খল্লি ইপানদি।

– লৌ সঙম্ মঙা মঙা থুংই চপ্ চান। পাবুংগী সঙম্ অম। ইনাওন নক্লবনিন ইংখোল্ অসি মাঙোন্দ পীবিরম্মু।

সেব ফালা থাদুন যেল্লকই যাযমদুন।

– যাবেনে অসি মঙাই। ইংখোল অসিঝু সঙম্ হেল্লিবনি।

মচে অহলন রা পাংসিল্লকই।

ইবোহল বা যাম্ন ঙাঙনিংদরে। যুম্দ লৈবিঙেদগী মবুক অমমম্ তোঙানখিব মচা অনিনি। মখোযন পাম্ব তৌনসনু মীমাঙ থেক্লবোই খল্লকই। মপাবুংন ভুমিন্ন লৈখিব অদুদ মচাতোম্বীনা হাযবকই।

– পাবুং, ইচেযামমনা হাযবিবসি যাবে। ঐ হেন্ন লৌব পাম্জদে। চপ মাননন যেন্‌বিযু।

ঙাইহাক ভুমিন্ন লৈ। ইবোহল মান্নবগী মনুংদ খেন্নব লৈ হাযবসি মচাশিংদ খঙহন্গে খল্লকই। হাযবক্ই,

– ইচানবু যাব্বদি ফবে। নঙ্গী নতেং যাম্ন ফংখি ইপান। লৈকাইন থবক্ ফৈ মবম মোকই হাযনখিবদু কনানো। নখোযনিঝু খঙলিনিদ হা?

– অচুম্ব হাযববদি যেংনিংঙাই লৈতে।

মচে অনিদুন নোক্রদুন খুমই।

– ফবে ফবে। নখোয নখোযন পাম্ব মযম্ম খন্নবো। নখোযন পামদবদু ননাও লাইববীগী ওইহনগে।

হান্ন খন্নদুন লাক্লবগুম্ মাগী মাগী অপাম্বদু হাযবে। মখোযন পাম্‌দব মফম্‌দু মচাতোম্বীগী তাবে।

মচাসিং অদুন চৎলদাইদ ইবোহল্‌ন মোন্দুম্ অম পুথোবকই। অদুগা মচাতোম্বীদ হাযবকই,

– সে সে, মসিম ইচাগী পোৎহাপ্ ওইজবো। নমান নঙ্গীনি হাযদুন তুবম্বনি।

মচাতোম্বীদ পী।

যুম্দ লৈবিঙে অঙাং ওইবিঙেদগী হৌন মচীন্ মখা যাংই মচাতোম্বী হাযবীসে। লৌথুপ্ লৌকোই লৈতে। ঙাংনিংবদ পন্দে। মোন্দুম্, অদু লৌন লৌন হাযবক্ই,

– ইমা লৈবিঙে তুবিযু হাযবনি। লৈত্রগ ফংলব। ইচেহোযদগী হেন্দি হেল্লেদন।

ফাগি ওইন হায়রকই।

— হেঞ্জরো হেঞ্জরো!

নোক্রদুন মচে অনিন হায়। অদুগ মখোয় পুন্ন মপাবু বিদাই তৌরম্‌ই। মচে অনি অদুদি মনিং থুংলবন হরাও হরাও হন্নখ্রে। মচাতোম্বী অদু মচীন্দদি ফজে। মবুক্তদি করি খল্লিব, মীওইপোক্ক করম্‌ খঙ্‌ঙুনি।

* * *

মপা মমা অমতন পোক্‌প মচাসিং অমত মান্নদে। কনান মপা নিংই। কনান মমা নিংই। কনান অনিমক্‌ চপ্‌ মান্নন লুন তৌই। অমুক্‌ কনান মপা মমাগ তিন্নব সুক্‌য়া য়াদে। মপুগী অঙক্‌প খুদোম্নি মীওইবগী থমোই।

মপা নাই হায়দুন মচাতোম্বীদু তোয়ন লাক্কুন সেবা তৌরে। অবাৎ অপা হংলে। মচে অনি অদুদি লম্‌সু লাপ্লি হায়ববু মপা নিংব খর বাথলি। ইবোহল্‌ অদু মচা অতোন্‌বীদুন নক্ক ময়ুম্‌ পাল্লমদ্রবদি য়াম্ন বারম্‌গনি খল্লক্‌ই। মচান চেন্‌খিব মতম্‌দ কয়াদ বাথোক্‌ ওইহন্‌খিব হৌজিক্ত নীংঙম্লক্তে। নক্‌নমল্লিগ মিঙ্গৌ যাদেগ কয়া কয়ানি ঙাঙ্‌ন সক্লখিব। মচাগী মগুন্‌ খঙ্‌দুন্‌ কান্নররোই খন্দুন তেন্‌সিন্‌খিবনি। হৌজিক্তি মচান নক্ক ময়ুম্‌ পাল্লিবদু মাগী তুংগী ওইবক্কদব পুন্সিগী মতেং পাংনব ওইরে হায়ন খল্লক্‌ই। মচান তোয়না লাক্কুন সেব তৌরব অদুদ হায়বকই,

— ইবেম্ম, নঙ্‌ লাক্‌পসি ইপাগীদি য়াম্ন কাম্নে। অদুসু য়ুম্‌ পুবিবনিদো নঙ্‌সু। য়ুমদ বা ঙাঙ্‌নরক্কনিকো।

— লাকত্রবদি করম্‌ তৌনি। ঙস্মিখৈ লাক্‌সু ঙাইদন। পাবুংন ঙমদ্দুন লৈরগ করম্ন য়ুম্‌দ নিংঙাইদন লৈগনি। ইবুঙো অসিবু বারবনি।

— বারবনি মাঝু। ঐ ......... লাইবক্‌ থীব হায়বসিদি খর নংজব তারেদন। পাপ্‌চেন্ব হায়বদো মসিনিনে। নঙ্‌ন হৌদোরক্‌প য়াম্ন ফরে। ইঙোবসে নন্দোম্‌চাখোয়ন থারক্কুন লৈরিবসি ইপা পেল্লে। লৌ মচেৎ অমতং লৈরিবসি মাঙোন্দ পীরম্‌গে খল্লি। নঙ্গ তান্ননিংবনি। করি হায়ব?

ইবোহল্‌ন পোখা পোখা হায়রকই,

— মদু খ্বাইদগী ফরবনি। অহিং নুংথিল, নাইদন লৈমিন্নরিবদি মাগনি। মাঝু ইরাওজনি হোরেন্‌ বারী হেক্‌ তৌবিয়ু পাবুংন।

— নঙ্গী ওইফম্‌ থোক্লবনি লৈরিবসিং অসি। অদুন নঙ্গী নবা তাদবদি য়াদেদো।

– য়াই। তৌফম্ থোক্পনি ইপ্পাগী। ঐসু করিগুম্ব থেংনবদ পাবুংগীদমক্ খর চেক্সিন্নব হায়রিবনি।

মপাবুংগী তৌব য়াব য়েংসিন্নমগ হন্নক্ই। চৎন চৎন খন্নক্ই। লল্ তান্নগ ফংনৈ মীন। ফংলিবদু সেন্নব হৈত্রবদি তুংঙু য়াদে। হৈ হেক্প লায়বনি। খুন্ব লুবনি। চুম্থ্রব মীতৈগী পাউরৌনি।

* * *

অদুঙৈ, খোম্গৎল্লুব সাইনোন্ন মাঙ্দ তোয়ন তারিঙৈ মতম্দদি নুংঙাইরম্ই মচাতোম্বী। সেৎনিং চানিংব মনীং তন্নম্ই। হৌজিক্তি মচাসিং অদু চাওরক্পগ লোয়নন অরাৎপ হায়বদুন পবেং লেংদুন ঙাইরক্লে। মচাসু অম অনিদ নত্তে। মখোয়গী হোৎনবদ অৱাব ওইরে। কোঞ্জেং কোক্ফাইন নোম্বমখৈ নোম্মগ মনঙ্গন্দ মকম পুই হায়বদু মাঙোন্দ থোক্লরে। মাদি মপুরোইবদ নোংম হৌদোক্চখিবনি,

– ঐখোয়সু ফেমিলি প্লানিং তৌসিবা। নঙ্লা ঐরা অমদ?

– ঐখোয়গী মীসিং য়াম্দে। লাইন য়াৎপ খয়াৎনি লেম্ন লৈব হৌনদে। ভারতকী মনুংদ মণিপুরন ফেমিলি প্লানিংদ মাঙ্জিন্ থাব ঐখোয়গী তোংজব নত্তে।

অসুম্ন খুম্দোক্ই মপুবোইবন। অদুবু হৌজিক্তি করি থোক্লব হায়দুন লোন্ন খৎনবসু কয়ানি। মীওইবগী লাইবক্ হায়বদু অসিরা হায়ন করিগুম্বদ খন্নক্ই। নোংম নোংম হৌখিবগ লোয়নন মচাতোম্বী অৱা ইপাক্ত কুন্নক্ই। মতম্ অমদ লল্ থুম্ কন্নক্ মিহৌরম্দে। মচাতোম্বীন খন্নম্ইং খোঙ-খুৎ পাল্লিববু করিগী মীখা পোল্লুগনি। লাইবক্ল তমদ্রবদ হোৎনবগী কান্নব লৈতে হায়ব খঙ্লম্দে। সুন সুন নোম্ন নোম্ন অৱাৎপন অসুম্ হেঞ্জিল্লক্ই।

* * *

অওন্ব হায়বসি তাইবংগী মচৎনি। মসিন তাইবংবু অহিংব ওইহল্লিবনি। মসি লৈরম্দ্রবদি তাইবংপান্ব অসি মহাও য়াওরম্লোই। অৱা নুংঙাই কয়া ইরোইনরক্লব মচাতোম্বীগী পুক্নিদ মহাও অম থেংনরে। মচল্ কয়াগী সিংজুদ থোইদিং অসুব হাইফেৎ চাইবগুম্ই। হন্দক্ মচাসিংন হিপ্পব ফমুং অম লৌরুই। মদুগী মচাক্ লাংব লোইরক্লে। মোন্দ মঙাইরে ৱাৎলিব। মোন্গী ৱাফম্ হেক্ লাক্পদ নিংসিংলক্ই, অদুঙৈ মমান তুবিরম্ব মপান মাঙোন্দ পীরম্বদু। মোন্ অদুমক্তি হৌজিক্সু লৈরি। লৈফম্দি মওং য়াম্ন তাদ্রব মফম্দনি। পায়বদ তন্নব, সোক্নিংদ্রব মওংদনি।

সোক্লবদ মরেং মরেং চৎলক্কদব মাল্লি তিলাইখোম্বীন। সীঙৈগী নাকন্দ, সুম্ চারব উসীঙ্ মথক্ত তাদুন লৈরি। মতম্ অমদ কান্নরক্কনি হায়দুন মদুদ নম্সিন্দুন থম্খিবনি। চহী ফন্ন য়াম্মে। মপান পীরকপ নুমিৎ অদুদগী মপুরোইবন খাঙ্নব্বনি। মচাসিংন ফমুংদ লাক্লদুন চিংনদুন সান্নবদগী মম্বুরক্তুন মফুং মফুৎ হোরক্লব অদু ফাওবদ ফি য়েৎসিল্লগ মচাসিংন অমুক্ ফন্ন কুইন সীজিন্নরম্লবনি। মরিল্ তক্পা মখৈ মথৌ তৌরম্লগ মপুন্সি লোইরদুন উসীঙ্ মথক্ অসিদ নিংঙাইদন পোখাদুন লৈরিবনি। য়েংবদ নুংঙাইত্রে। লেক্চারব, মচু ওল্লব ফি অদুদ কোক্ফাই কাসিল্লে। নোংজু নুংসা কয়ান য়ৈরব অদুদ উচিন চৎপদ মখোঙ্ পুখরে। মচি মচিদ মোন্চাক্ চিংথোক্পসু য়াওরে। হায়রিব মোন্ অসি লৌথোক্তুন মোন্চাক্ লৌগদবদু ওইরিব ফিভম্ অদুদ খঞ্জানদুন নুমিৎ খরসু অমুক্ হৌখরে।

নোংমদি মচাতোম্বী অদু অতৈ উপাই লৈত্রদুন হায়রিব মোন্দুম্ অদুদগী মোন্চাক্ অদু লৌরগ সীজিন্নরগে হায়ন চপ্ য়ুংন খল্লক্ই। মমান চেক্সিন্ন তুবিরম্বনি, মপান নুংসিন পীরম্বনি। লেম্ন মাঙ্হল্লরোই খল্লি। মপাগী বাহৈ খরসু হন্ন হন্ন তাবগুম্ তৌরক্ই। “ইবেম্মা, পোৎ চৈ হায়বসি মল্লগ কান্নদ্রে হায়দুন হেক্ত হন্দোক্প, মাঙ্হনব তৌগন্। থম্জিল্লু। তুংদ কান্নব লাক্পঝু য়াই। লম্বী অমনব খোঙ্ হাম্জিন্গনু হায়ব বা লৈবনি।” নিংসিং নিংসিংন মল্লব বরর লাওরব মোন্দুম্ অদু তপ্ন পুথোরক্তুন মচাক্ অদু লৌথোক্প হৌরক্ই। অসুম লৌথোরকপদ মোন্চাক্ মনুংদ ফিন্ন চেৎন কিসিন্ন অরুম্ব পোৎ অম থেংনরে। ইস! কপ্কদরা! নোক্কদরা! মপা মমা অনিন মচাগী অবাবদ তেংবাংবিগে লাক্লবরা! য়েংঙু, ফজরব সনাগী লিক্-কোল্ ওইরম্লে।

মচাতোম্বীন ময়োম্ অদু মুন্ন য়েংঙগ পিরাং সিম্বুরক্ই অদুগ মথাদ চেৎন কোন্দুন থম্খরে। ●

# লাইধিবী

অঙৌবগী মমাঙ্দ ফাইল্ খর চাইদুন লৈ। মদু মান খন্দোক্ খঞ্জিল্ তৌরি। মাগী নুপীন মমিত্ত পি ইরা চেল্লদুন ফল্লি।

– অঙাওবী করিগীনো? সিগীবু পি তাহন্ব হৌনবরো। নাওবীন সাখিব লাইধিসিংদু কদায়দ লৈথ্রবগে? অদুগুম্বনিনে ঐখোয়স্থ। মান লাইধিবীগুম্ সান্নরিবনিনে। মান সীল্লিব! হৱাৎ ইজ লোত্তেদ কেন্নোৎ বি ব্রোতেদ হা! পুন্সি তেল্লু তম্নক্লবদ ঐন সাংদোক্হন্ব ঙম্মোই।

অসুম্ন ঙাঙ্ ঙাঙ্দুন ফাইন্দু অম অমুক্ খন্দোক্লগ হাংদোক্ই। অদুগা হায়রক্ই,

– সে, খঙ্জিন্ব হায়বসিন সোয়দ্রবনি। লাইরিক্ হৈরবসু য়েংবু য়েং-লুদ্রবদি কদাইদগী খঙ্গনি। নম্বর ৭৪৩৪৩০৮ অসিন হাফ ইয়ারলিনি।

চহী অমদ অনিরক্। লিসিং অমগ চাম্ম চাম্ম। করিগুম্ব খঙ্দব য়াওরবসু এজেন্সিংদ হংব য়াই।

অতোপ্প ফাইল্ অম অমুক্ পুথোক্ই।

— মসিন সি তি দি গীনি। লোইগদব চহী অমগ মখায়রোম্দ ভাইরবনি। চে-চাং পুম্নমক্ ফাইল্সিদ লোয়ন য়াওরবনি। ফাইল্সিংসি মাঙ্হন্ব য়াদে। সেন্গী থবক্ হায়বসিদি চেক্সিন্বন মফংরবনি।

অসুম্ন কদাইদ করি লৈব, মাগী নুপীন খঙ্লোইদব পুম্নমক্ পুথোক্তুন উৎলি। তাক্তুন খঙ্হল্লি। অঙৌবন ভাঙ্ভিব ময়াম্ অদু ইথিংলব পিরাংগ লোয়নন থারিক্ল তায়। অদুগ য়াম্ন ৱাব, নুংনাংবগ লোইনন হায়রক্ই,

— হেন্ন খঞ্জিল্লুরনু। হক্চাংদু ময়েং য়াম্না তারে। চাবসু চাদে, চৎপসু লেপ্তে, য়েংব য়াদরে।

— চত্তবদি য়াদে। দোম্ ত্তুন নাবদি নত্তবনিন। নঙ্ভাও খঙ্হন্দন থা মখায়মুক্সি খাঙ্ঙক্পনি। অদুবু ফত্ত-নুংদ থোক্অবদি তুংদা নিং-ঙম্হৌবোই খন্দুন হায়দোক্লবনি। অম চৎখিব অদুসু অসিগুম্ব লায়নানিদো। করি উপাইনো! মখোয়সু হোৎনব য়াব হোৎনখি। য়াখিদে। মদু করম্না কাউগনি।

— হেন্ন খঞ্জিল্লুগনু। ৱাখল্ লায়না ওন্খি তোক্অরনি।

— ওন্ব হায়ববু ওল্লবনিনে। মিকুপ্ অমত খন্দন লৈব ঙম্দরে। কোক্সি মৈ হৌরবনি। খঙ্দ্রে পুন্সি তংখায় য়ৌদন লৌসিল্লগে হায়বরা।

— করিনো তৌব য়াব, য়েংব য়াব প্রব্রপ্ য়েংথোক্সি। মরী মরাং লৈরিবসিং অসি কান্নপোৎ নত্তে। লোয়ন সীজিন্নসি। ঐ করিমত পাম্দে। খুবী য়াওদ্রবদ খুদোন্ন কৈদৌননি।

— করিগী কায়রুনি হায়গে। খুত্ত হৌজিক্ লৈতবগী ৱানি। তরানিমুক্কী মনুংদ লৌব য়াব লৌথোক্প হায়দুনি।

— দাক্তরনবু অমদুনি হায়রক্লবরা নৎত্রগা ....।

— মান মান থাজনব, লোন্দিন্নব হায়বদুনি। মান রিফংর তৌব লেবোরেতোরী ওইরবদি রিপোর্তি অসি চুম্ই হায়রম্বসু য়াবনি। অনাব মফম্সিদ মান পায়বদ ফাওবগ খাব ক্লিনিকেল্ লেবোরেতোরীগী রিপোর্তিক চানদরে

> সিনি। অতোপ্প অমদ অমুক্ য়েংহন্নিংবগী ৱানি। কান্নদেসে, ঐখোয়ন সীন্ব য়াব নত্তে। লোয়ন চৎকদব ঙাক্তনি। মাগী লিলানি। ঙান্বগী রির্পোতি অদু ফংঙগ খঙ্ঙনি। মতম্সিগী হায়রবদি চৎথিবনবু ফরবনি। অদুদ অম তারম্মে! অদুদ অম কাপ্পম্মে! দিমান অদুক্ তৌরম্মে! অসেংববা সেংদবরা! অঙাংসিং অসিগী খল্লুবগী ৱানি।

মাগী নুপীন নুংসা থীদনব সেম্ সাদুন ঙাঙ্ই অঙৌবন। অদুবু মপাম্বোংগী অসেম্ব ৱাঙাংগ থমোইনুংদ ফাওবগ খক্ খাইদোক্লবা য়াদে। মায়থোংদ -পুক্লিংগী তি ভি দা হেক্ত উৎলক্ই। অঙৌবন ফন সেম্ সাদুন ঙাঙ্ঙবসু মাগী নুপীন খঙ্ই— মহাক্সি অনাব য়াম্না লোৎকল্লি।

* * *

সরকাবগী থবক্ মচা অম তৌজবনি অঙৌব । ফন কুইরে, মঙ্ক্ নাই, থবাক্ত চিকই হায়দুন লাযযেংলক্প। অহান্বদ মীতে মাইবন য়েংলম্ই। মথংদ মখল্ মখল্গী জোগাসন্ তৌদুন য়েংলম্ই। অসুম্ন য়েংবদ খর ফরে হয়াদুন মীঙোন্দ জোগাসনগী কান্নবগী মবমদ ৱাবী কযা সাখ্রে। অদুবু হন্দক্তি কান্নফম্ খঙ্দ্রে। অদুন খুঙ্গংগী মী অয়াম্বন তোযন তৌনব— উপাই লৈত্রগ দাক্তর তানব. অদুদ তারে।

দাক্তবগী চে অদুদ ইরি— তি সি ঐচবি, এফ্ এন্ এ সি থায়রোইদ স্কেল্লিং, তি থ্রিফোবএস্ঐচ ইন্ভেস্তিগেত্ তৌনব। পুক্ মথক্কী অল্ট্রাসাউন্ এক্জামিন্ তৌনব অদুগ ঙক্কী সিতি স্কেন্ লৌনব। ইরিব অদুগী মতুংইন্ন খাব ক্লিনিকেল্ লেবোরেতোরীদ চৎলুবগী রির্পোতি ফংঙে। রির্পোত্ অদু অঙৌববু য়েংলিব দাক্তর অদুদ যেংহনবদ যাম্ন অকব লায়না নত্তে; অদুবু করিগুম্ব ফব ঙমদ্রবদি ওপরেসন্ মচা অমতং তৌরগ ফগনি হায়রক্লে। অহান্বদ হীদাক্ল মতম্ খর য়েংননব পাউতাক্ পীবক্লে।

থা মখায় অমরোম্ লায়য়েং চথবদ ফব ঙম্দরে। অদুন নুংসা থীদুন অতোপ্প দাক্তর অমদ তানরুরে। অদুবু কৈ কিদুন চেল্লগ সওম্ ওক্লব হায়বদু থোক্খরে। দাক্তর অদুন খর লুব লায়না ওইন হায়বিরক্লে। মরম্ অদুন অঙৌবদু পোখাফম্ খঙ্দরে। মায়গৈ সলাই খঙ্দন চেন্দুন হংনরে। লৈকায়গী মীসিংগ ৱা তানরে। কুপ্প খন্নরব মতুংদ মপান্দ চত্তুন লায়য়েংলুবদ তারে, অনক্প গুৱাহাতীদরা, মুম্বাইদরা।

নুমিৎ অদু তুম্ব য়াদে অঙৌবদু। মসাসু খর সোক্‌চিল্‌লে। চখোক্তব মরি মঙানি সুরে। অসিগুম্ব ফীভম্ অসিদ খল্‌হৈদব ৱাখন্ন লম্‌জিংদুন পোত্থাফম্ খঙ্‌দরে। সিব চঙ্‌বগী লান্দ অমন অমুক্ ঙম্‌ই। অমন অমুক্ ঙম্‌ই। মিকুপ্ অমগী মনুংদ দাইউন্ তাউন্ য়ৌই। দাক্তর কয়া উনৈ। মথংগী মিকুপ্ত মুম্বাই হেক্ য়ৌই। মতম্ খর লৈরগ হন্নক্‌পগুম্ তৌই। অমুক্‌সু অহল্ লমন্ন থম্বীরম্ব লাইৱা অম খুনিংধৌদ সোল্লগ অনাব মফম্ অদুদ হন্ন হন্ন নাপ্লি। খর ফব্বগুম্ তৌই। মিকুপ্ অমগী মতুংদ ইম্ফাল্‌দ ঙাম্বদগী বাইওপ্‌সি রিপোর্ত্ লৌরুই। রিপোত্ অদুগী মতুংইন্ন অনাবদু অরুব নত্রে হায়দুন সোর নে-তান হোল্লি। অমুক্ মথংগী মিকুপ্ত অরুব লায়না ওইরম্‌দুন ৱাবন পন্দোম্ হেক্ লোম্‌ই। মীওইবগী পুক্লিং অঙকপনি। অওইব পুন্সিদ ওইথোক্তব থবক্ কয়া পুক্লিংগী পুন্সিদদি কবিসু লৈতে। ঙম্ব ঙম্‌দব মিকুপ্ অমগী মনুংদনি।

তুম্ব য়াদ্রদুন মপাল্ থোরক্লে। থাবন্ন ফীঙৌ ফৌরম্‌ই। অচিক্‌প অহিং অদুদ থৱান্‌গী কুপ্পং ফীজং খন্দুন থাজন ঙাম্থোইবি। মদু উবদ অমুক্ হন্ন উব-ফংলরোইদবগুম্ ফাওরক্‌ই অঙৌবদু। খল্লুরগ পি সিন্থখিব খঙ্‌হৌদে। লোয়নন মচীন্দ অসুম্ন সোন্‌খি,

"হে থা! নঙ্‌বু কয়া কুইন উব ফংখিনি। নঙ্‌দি সিরবসু অমুক্ হন্নক্‌ই।" অদুদগী ইংখেল্‌গী অকোয়বদ তপ্ন তপ্ন চৎলক্‌ই। হৈপাল্ লৈপাল্‌সিং হৌবিব অদু উবদ থমোই পুব য়ারক্তে। মখোয় অসি মখুৎন থাজব ঙাক্তনি "নখোয়দি লৈহৌখিনি কনান সেন্নহৌনি।" অসুম্ন সোল্লগ ইমায় চোল্লব মিৎলু পিরাং অদু কংনব হোৎনৈ। মতম্ অসিদ নোংম মচানুপী নাওবীন মমিত্তু পিন থুম্নদুন নিংঙাই তৌখিবদু নিংসিংলক্‌ই। অঙৌবন করিগী কপ্লিবনো হংবদ কপ্লি কপ্লি নাওবীন খুম্নকখি,

– ঐগী লাইথিবী অচৌবসিংদু অমত লৈতরে। মচা ঙাক্ত ঙাইরেনে। কনান লৌখিনো?

– মাঙ্‌খ্রবদি অমুক্ সারগ লোইরেদন।

– ঙম্মোই কৈসু। মীন ফজন সারগ। ফিঝু ফজন সেৎপনি। হোরেন্ থোইবীগ পোৎয়েংব চৎপী সান্নদোইনি।

– অদুবু মাঙ্‌খ্রবদি কম্‌দৌনি। মচাসিং অদুগ সান্নরো। অমুক্ সাব হায়দুনি। ফীজেৎ য়াম্ন পুবিরক্লে। মরম্ মোক্‌পনি ইচাদি।

ফীজেৎ পুরক্কে, লাইধিদু অমুক্ সারসি হায়ব মতম্দদ নাওবীদু নিংঙাই তৌব তোক্খি।

থৌদোক্ অদু নিংসিংঙুবগ অঙৌবদু ৱাখন্দ লুপ্খি। খল্লক্ই, "করিদনো খেন্নবিব। নাওবীন লাইধিবী সাই! অমুক্ মাঙ্খি! অমুক্ সাগনি হায়রগ হরাওই! খঙঙম্দব মান ঐখোয়বু সেম্ই। অমুক্সু মাঙ্হল্লি। অমুক্সু ....। মান নুংঙাইরম্গনি, লাইধিবী ঐখোয়গী ইতৌসিদ"।

* * *

ঙানবদগী বাইওপ্সি রিপোর্তি ফংঙে। মল্তিনোদুলার গোইতরনি হায়ন ইরক্লে। খাবগীদন কোপ্লোইদ গোইতর। দাক্তর তানদ্রিঙৈদ অঙৌবসু চাওবাক্প অমদি খঙঙে, – যাম্ন লুবা লায়না নএমাপ্লে! অদুবু মহাক্ পোখাভম্ খঙ্দে। মবম্দি মখোয়গী য়াম্ন নক্লব মরী মতা অম থৌরিদ পোম্খি। দাক্তরন মদু গোইতরনি হায়ন ইবক্খি। গোইতবগী লায়য়েং চথখি। অদুবু মমৈদদি মীয়াম্ন পন্বদ তন্নরব লাযনাদু ওইরম্দুন অদুম্ চৎখি। অদুগ ইকুই কুইদন অতোপ্প মী অমসু! মদু নিং-সিংলুবদ হেন্ন হেন্ন অৱাব পোক্লক্ই অঙৌবদু, মহাক্ল খল্লক্ই,–

"বাইওপ্সি রিপোর্তি অসি লাল্লম্লবদি। দাক্তরন ইরিবসি সোয়রম্লবদি! লৈবাক্ অসিদদি অসিগুম্ব অসি অনৌব নত্তে। মখোয় খরন পুন্নমক্পুসু চিংনহল্লে! লায়না অদুনি অদানি হায়রগ মপান্ লম্দ যেংঙুবদ ওইবম্দব কয়া য়াওই হায়বসি খঙ্নরব ৱাফম্নি।" অসুম্ন খল্লুবদগী অঙৌবদু অৱা ৱাখন্ন লাঙ্গোই চন্সিল্লক্ই। মমিৎ উইথবক্ই। মতম্ অসিদ মচানুপীন মমা কৌর কৌবদুন লাক্পগুম্ তৌই। মখুত্ত করিনো অমসু পায়রি। মমান হংলক্ই,

– করিনো? করি তৌববগে?

– ঐগী লাইধিবীদো লৈরে, তো

সোর থবেৎ থবেৎ তৌরদুন মখুত্তগী লাইধিবীদু উৎলি। অদুগ অমুক্ মখা তারক্ই,

– হুইন চেপ্পোক্অম্নি। লোয়ন সেগায়রেনে। মীন ফজন সারগ। মফিবু লোয়ন সেগায়রে তো।

– হোইনে। হুইদু ফুগে ঐ। সেগায়খ্রবদি কম্দৌনি। ফীজেৎ অমুক্ পুরক্প হায়বদুনি।

– ঙম্মোই কৈসু। সিন সুম্ সানি। পিসক্ পিক্প অম।

– হায। নিংঙাই তৌনু। বাবা মসা ঙমদ্রিবসি তানিংঙেই। নঙ্ বাবা নুংসিদ্রো?
– নুংসি? যাম্ নুংসি।
– অদু ওইবদি ঐ ব্রা অম হংগে। নঙ্গী বাবাসিবু নাব ফগদ্র, ফবোইদ্র। সেংন হাযযু।
– বাবাদি নাবিঝিদি। ফবোইযে।
– হে, হাযহৈদে। অদুম্ন হাযনু।
– নঙন হাযযু হাযবগ।
– চুমই, ইচা নাওবীন হাযব। মমান হাযযু হাযবনিকো।
– অং, মান হাযযু হাযবগ হাযহৈদে হাযঝে।
– চুম্ই, মমান চীন থীবিনিকো। অদু ঐ নাব ফৎত্রবদি কমদৌনি। ঐ সিবদি নঙ কন্নাগ লৈহৌনি?
– মমাগ লৈদোইনি। বাবা মী সিবঝ্ অমুক পোকই হায পুপুন হাযবিব। ঐঝ্ বোবোক্ক ওনবনি হাযবিব। ঐদি বোবাকসু খঙদে।
– বোবোক্কো নঙ মাল্লি। অদুদ হাযবিবনি।
– বাবা ঐগী লাইখিদো হুইন সেগাযবিব। তো (ফীজেত্তু উৎলি) সিন পিসক পিক্ক সাদোইনি।
– হোযনে হোযনে সাওনে।
– বাবা, নঙঝ্ সিবদি অমুক পোক্কোইনিকো?

মচাগী ৰাঙাংদু তাবদ অঙৌবদু নুংসা থীব অসুম হেনগৎলকই। লাইন ইনসিন্দুন ঙাংলিববা খল্লক্ই। অঙাং হাযবসিদি লাইনি হাযবিবনি। কন্নানসু ইন্সিল্লব নত্তে। অদুগ হাযবক্ই,

– পোক্কনি। নখোযগ লৈমিন্নখিনি। অদুদি ঐ কয়া কুইন লৈখিনি। সেংন হাযযু।

অসুম্না হাযকবগ মমিত্ত নাওবীগী লাইখিবীসিং অদু উবক্ই। লোয়নন মচাগী মখুত্তগী সেগাযবব অদুসু।

মতমসিদ–

– কবিনো? অঙাংগা চপ্ হেক্ মান্নবদন। হাযহৈববা, হায়হৈদববা।

অসি হায়বদুন থাবিক্ক অঙৌবগী মচীন্দু মেন্সিল্লি। অঙৌবন মাগী মখুৎ অদু লৌথোক্লগ ৰা ঙাঙ্নব কন্ন হোৎনৈ। অদুবু ঙম্দে। মান ইক্-আ তৌবদু তাবদুন থাবিক্ক নোম নোম্দুন হৌদোবক্ই। ●

# চাগী মতুংদ ক্কা মতপ্

ওজা তোম্বদি চা অদু ওজা য়াইমন লৈব ওইরবোই নিংব জাৎনি। মহাক্তি পরিখা ময়াদ সাত্র সাত্রীসিংন অদুম্ন তৌবদু য়াদে। হৈনদে হায়।

পরিখা তৌরিব কা অমদ সাত্র সাত্রীসিংন নত্তব উপাই সিজিন্নরিব অদু কোয়চৎ চত্তুন য়েংই। য়াম্ন থওইদবী, ওজাবু মসুং মমান্নবগুম্ করেম্ কথাইনবী অদুগী মনাক্ত চঙ্ঙগ হায়রক্ই,

– কদাই পীরক্উ।

সাত্রী অদুন চেজেত্তু থরক্ত সং য়েপ্সিন্খি। ওজা তোম্বন মখুৎ তিংথোক্লুন অমুক্ অনিরক্ কল্লপ্ হায়,

– কদাই পীরক্উ।

পীরক্তে। সাওরমাম্লে। মচিন্ হেন্গত্তুন লৈরিব চেদু সং লৌথোক্ই। অদুগ পাই।

সাত্রী অদুন কাওরমালে খন্দুন, ইকাইরপ্ তৌন

– ওজাবু, নহাল্ কান্তিন্দ ...........।

ওজা পাখঙ্ স্বাই লাওই। মায়দ সমক্রু থুংবীদো নিংসিংলক্ই।

"ওজা চাগী মতুংদা ক্কা মতপ্ কাওবিনুকো।" হৌজিক্ত অমুক্ তারক্ই। চে অদুদ অমুক্ য়েংই। সাত্রী অদুদ অমুক্ য়েংই। চপ্ লেপ্তুন লৈরে। ●

# মৈন ৱায়, তাংন সম্

কবোক্লেন মচানুপা ইবোচৌবগী মহুৎ সিল্হৌনব লৈত্রে হায়দুন ৱাজরক্প কুইরে। মচানুপা অসিমতনি মান পোক্চব। মহোয়গী ইমুং অসি পিবা য়াম্ন তাঙই। ইবোচৌবদি পিবাদ নত্রে। ময়ুম্ পান্ব চহী তরা ফন থোইগৎলে। অদুবু মচানুপী অমখক্ ফংলগ অদুম্ লেপ্খ্রে। মচানুপা অসিগী হাক্তক্ত সাগৈ মুৎলগদ্র চিংনরে। লৈকায়গী কনাগুম্বগী মচানুপা পোক্পা উরগ, তারগা মখোহদৌ প্রোক্ প্রোক্ চাক্প হায়বদু য়ৌই। করি নত্তবদ পঙসাওদ সাওই। করিগুম্বদ মমৌ নুপীদ থীরেমখৈ চৈবি। মান হায়ব য়াদে হায়দুন। অদুগা মমৈদ মসাবু নিংসিংজুক্গ নিংঙম্লক্তবসু য়াওরক্ই। কল্লক্ মিহৌগনব হায়গদ্র! মসি হেক হায়রুবসু য়াদ্রি। নুপা হায়বসি য়াওদব সুক্য়া য়াদবনি। ইবোচৌবগুম্ব ঙাক্ত ওইরবদি তাইবং পান্বদ মী হায়বসি মুৎপ তারিবনি। নুপা নুপী হায়বসি থানব য়াদবনি। লম্ অসোম্দ হায়রুরবদি লাইনিংব মুনি রিসি কয়ান নুপীবু থওইন খন্দব অসি য়াম্ন লাল্লি। মরম্দি মুনি রিসিগুম্ব ঙাক্ত ওইরবদি তেংবান্ব অসিদ তাইবংমী হায়বসি মমিং ফাওব লৈররোই। অদুন কবোক্লেন ৱারিব অসি য়াম্না চুম্ই।

অসুম্ন কবোক্রেন মসুনুপা অমগী মঙ্ মঙ্জরক্প কুইরবনি। তুম্বদ মঙ্ব মঙ্দি মঙ্ফাওনব নাই। অদুবু কবোক্রেগী মঙ্দি মঙ্ফাওনব লৈতরে।

নোংম, মধুম্তী ইমুংগী থবক্ ইন্খাং নোম্লি। ইবোচৌবসু চখোক্খি। কবোক্রেন মমৌনুপীবু অমুক্ থেম্দুন মবুক্ খঙ্নব চাং য়েংলি। অসিগুম্ব চাংয়েং অসি মসিঙ্ নাইদ্রবনি। চাংয়েং খুদিংদ মায় পাক্তদুন লৈরবনি। মরম্দি মধুম্তীগী অনিংব অপাম্ব অম নোংম উৎখিবদু ইবোচৌবন তরাইন লৌদে। চহী কয়া নুং সিনরগ থমোই থমোই খঙ্নরগা য়ুম্ অসিদ লাক্খিবনি। অদুন মাগী নুপীন পাম্দব, য়াদব থবক্ তৌরোই হায়দুন মমাগী বা লৌদন লৈরক্পনি। মনেম্ অসিন ইমুংসিদ পান্নাও সিংনাও তাবগুম্ তারক্তব অসিদ পঙ্বাদ বাজে। মনেম্বোক্ন হায়বক্ই,

- ইবেম্মা মধুম্তী, ইনেম্দি নবানিগী খন্বদ পোখাভম্ খঙ্দ্রেনহে। হয়েং অহল্ মতম্ ওইরগ কনান নখোয়গী সেবা তৌবিরনি। অদুননিনে ইনেম্ন নঙ্গী মায়য়োক্ত বা হেক্ হেক্ ঙাংইবসে। নঙ্নদি সাওরিব।
- ঐদি করিসু সাওব লৈতে। ইমুং মনুং পেল্হন্ব ঙমদবী হায়বদু ওইরবনি। অবোক্খোয়ন অপাম্ব অদুম্ তৌবিয়ু।
- নঙ্গীদু বা অম লৈরিনে। অদুননি মান য়াদ্রিব। নঙ্ন য়ারদবু মান করিগী য়ারোইদগে। নুপা হায়বসিদি তরাগী মপুনিনে। ঐগীসে নঙ্বু নুংসিদদুন হায়ব নত্তে। নখোয়গী তুংদ ওইহৌগদৌবদু হায়বনিনে।
- অদো ঐদি মাঙোন্দ হায়জব কুইরবনি। অবোক্কী নিংব থুংহন্বিয়ু হায়দন। অদুবু মহোয়ন য়াব লৈতে। অবোক্নদি ঐন য়াদব ওইন লৌবিরে। ঐ করিসু হায়জরোই।
- ঐন হায়বদি মনাদ হাপ্ত্রে। নঙ্ন তক্লরবদি সোয়দন য়াগনি। নুংসি চান্নন তিন্নরগ লোইরে। নুংবু নুংসিনরবদি মমাং লৈকায়গী লৈম মচিন্ মনাও অসে কনানসু লোম্নবীনি হায়ব খঙ্দেসে।
- ঐগীদি খন্বিরুন্নু। অবোক্ন থেম্বিয়ু। অবোক্ন তক্লবিয়ু।

চীন্বাম্বোংদদি অসুম্না হায়রি। থমোইনুংদদি করম্ন তরাইন য়ানিংঙুনি। নিঙোম্ন মপাম্দ সিয়ু তম্দে হায়বসি বাহৈগী বানি। কনা মসুংলাংগী নুংসিরব মপা মমা ইমুং মনুংবু থাদোক্রম্বনো! কয়া য়াম্ব সনা লুপা, লল্ থুম্গী মপু ওইরুগনি হায়দুন লাক্পনো! পুন্নমক্ অরেম্বনি পাক্চাওরব তেংবান্বগী মনুংদ "মহাক্তংদি

ঐগীনি” খন্দুন পুন্নমক্ কথোক্লব মহাক্ অদুবু করম্না তরাইন মীখুত্ত সিম্ননিং গদগে!

* * *

নোংমঝু, মমৌনুপী লৈতমান্নে নিংদুন কবোক্লৈন মচানুপাদ হায়রকই,

– ইবুঙো নুপামচা, ইমানে নঙ্গী খন্বদ পোখাভম্ খঙ্দে। ঐন হায়রিবসি নঙ্গী দমক্নিনে। মাঝু অসুম্ লৈজসনু মরাইবক্কীনি। মতম্সি সাংঙে। থাজদ্রেনে।

– ইমা মদুগী বাদু তোক্সি। মহোয় তাবগ নুংঙাইরোই। ঐসু খল্লিবনি– মানরা ঐনরা অমুত্তুং য়েংথোক্উব তাবি।

– বাফম্ অসি ঐন হায়রুবদি মান সাওখিবঝিন। মনা পাযব যাপোৎ নত্তে। নহান্ নোংমদি ঐঝু সাওনিংদুন পঙ্ঙাং ঙাংখ্রবনি। মাঝু ভাব তাবদি ময়ারবনি।

– সাওদদি করিনো।

– খঙ্দে খঙ্দে মুন্ন খল্লু। ঐ বাইকো নঙ্গীদমক্। নত্তে নঙবু নোংমতসু মাঙোন্দ হায়রাক্ত্র হাযব? নঙবু অদুম্ন লৈব য়ারবরো। নহাক্থক্ত সাগৈ লোম্হল্লগদ্রও। ঐ য়াদে। অম য়েংদব য়াদবনিকো।

অসুম্ন ঙাঙ্ ঙাঙ্দুন থোক্খি। ইবোচৌব খুত্তম্ খঙ্দন লেপ্তুন লৈহৌই।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাং অদু মধুম্তী মপুরোইবগী মনাক্ত নৈসিন্দুন লৈ। ওইনজবগুম্ বাফম্ অম হায়নিং হায়নিংগুম্ তৌই। খঙ্গানৈ। ঙসাই ঙাঙ্নখিব অদু মহাক্সু তাহৌই। অমরোমদ মপুরোইবগী বাখন্দি মহাক্সু খঙ্লবনি। চহী মরি মঙাগী মমাংদগী অতোপ্প নুপী অম য়েংহৌবন ফরদরা হায়জরক্পনি। অদুবু ইবোচৌবন য়াব লৈতে। মধুম্তীন হায়দ হায়রুরগ–

–“ইচানুপী অম লৈরিবসি য়ুম্দ য়াওং ইল্হল্লগ লোয়রে। ঐখোয়ন তম্ব ঙম্বরো। লাইন তম্বনি।

অসুম্ন ফাগিগুম্ হায়দোক্ই। অমরোম্দন মনেম্বোক্ল মমৌ নুপীদগী মসু নুপাগী আসা তৌদবগুম্ লৈরে। অদুন মতম্ পুম্বদ অতোপ্প মমৌ অম য়েংনব মচানুপাদ ঙাংই। মরম্ অদুন মধুম্তীন ওইনজবগুম্ হায়রক্ই,

– অদো, অবোক্কী নিংব থুংনব হোৎনবীরো। নঙ্গী মহুৎ সিল্হৌনব লৈতে হায়দুন বাজবন। – সিবু ঐনরো? – নঙ্‌দি তরাগী মপুনি-হা অদুনি আদানি। নঙ্‌ লৈত্রগ ঙাঙ্‌ইব।

– ইমাগী নিংব থুংহন্‌ব হায়বসি নঙ্‌গীদি নিংব কায়বনিনে হা! ঐন য়াদে হায়দুন লৈরক্‌প নত্রো? নঙ্‌গীসু মতম্‌ লৈরি। য়েংখিনি। নঙ্‌বু থাজদ্রবরা? (লোম্ন হায়রক্‌ই)

– ঐ নুংঙাইতব করিসু লৈজরোই। অহল্‌গী নিংব থুংনব অদুগ সাগৈঝু মুত্তনব। ঙসাইঝু য়াম্ন হায়নখিবদাই। অবোক্কী অপাম্ব থুংহন্‌বীয়ু।

– ইমান ঙাঙ্‌ববু বা ওইন লোয়ন লৌব য়াব্রাও? পঙ্‌ঙাংদ ঙ্‌াংবদুবো। মসু ফংনিংদুন ঙাঙ্‌ইবনি হেক্‌ খন্দোক্‌উ।

মমাবু থওইদবগুম্‌ মাগী নুপীবু থেম্‌জিন্‌গুম্‌ ইবোচৌবন হায়রক্‌ই।

– মীগী খোইদৌ সিক্‌প বা ঙাঙ্‌ঙবদি হেক্‌ সাওনিংই। মীনিন। ঐঝু পাম্মিবনে ইচানুপাদো ....... .।

– কান্নদেসে। ঐসু অখঙ্‌ অহৈ তান্নরিবনি। লাং-ফাং খল্লুনু। ইমান হায়রগ ঐন হেক্ত য়াগদব নগ্তে।

ইবোচৌব মাগী নুপীগীদমক্‌ খল্লুবগী বানি। তসেংবদি মাগী মহুৎ মচানুপা লৈতবগী নুংঙাইতবদি ফাওরবনি। মমান ঙাংলিবদু চুম্নব্র হায়ন করিগুম্বদ খল্লক্‌ই, মহাক্‌থক্ত মাগী চাদা লোম্ব তারবরা খল্লুবদ বারবনি।

মধুম্‌তী তুমিন্ন লৈখ্রে। মথমোইদ খল্লক্‌ই, "লাইনিংথৌ ইবুংঙো! নুতি নুমিৎ খুদিং খুরুম্‌জব নিজখিদে করিসু। ননাইগী অনিংব থুংহন্নবিয়ু চান্‌বীয়ু ইবুংঙো।"

ইবোচৌবদু সোর চাওখৎলক্‌ই। থাজ থাজদ্রব থৌদোক্‌ কয়া মমিত্ত উরক্‌ই। মধুম্‌তীন নোক্‌ফেৎ নোক্‌ফেৎ তৌরগ অনৌব আসা অম লাক্‌এ হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরক্‌ই। মসাদু ইতাই তাইন উই। চৎপদ মঙম্‌ ইসান্‌ সান্দে। করিগুম্বদন মতম্বাক্ত অঙাং পম্‌দুন খোম্লাং ইল্লি। মদু উবদ ইবোচৌবন হায়, "হরাওরবরো। অম থিরম্নবদি কম্‌দৌনি। অদুনিনে। ঐন হায়দ্রো।" হায়রগ হি হি নোক্‌ই। মান নোক্‌পদু তাইবং ফাওরমাগ্লে। মধুম্‌তীন নোম্‌দুন হৌদোক্‌ই। ইবোচৌবন সোর অমুক্তং লুম্ন সাংন হোন্দোক্লগ হায়রক্‌ই,

– ওম্থোক্ল নুংঙাইরুরেদ।

– করিনো? মঙ্‌ মঙ্‌লুরবরা ইঙন্‌ ঙ্গন?

— তাইব্বব কুচুন লৈতেংব নঙগী হকচাংদু কবম্ব মতম্দ অমুক্তং উহন্‌গদগে?
(রাখন্নবগুম ঙাইহাক্ লৈকব্বগ হাযবক্‌ই)

মধুম্‌তী মিকুপ্ অমগী মনুংদ মপুবোইবগী অপাম্ব, মনেম্বোক্কী রাখল্ মথং মথং উবক্‌ই। নোংম মনেম্বোক্ক হাযখিব অদুসু নিংসিংলক্‌ই, "মচানুপা যাওদব নুপীদি মবা তাদব উপাল্‌গুম্বনি। ফুক্তোক্‌নিংব মতম্দ ফুক্তোক্‌প যাব।" খল্লুবগ নোংদম্ববু নিন্দা তৌনিংই। মদুদগী মপুবোইবদ ওইনবগুম্ তৌন,

— নহাক্ক ঐবু অদুক্কী মতিক্ চান্‌বিবব মতম্ অদুদ

* * *

*মৈন রায়, তাংন সম্*

*নপা মচুম্ তারো*

*নপু মচুম্ লৌরো*

*তিঙ্ তিঙ্ চাওরো*

*থবীন কারিংঙৈ কাহৌরো*

*নুমিৎন রাংলিঙৈ রাংহৌরো*

*মৈন রায তাংন সম্*

*তিঙ্ তিঙ্ চাওরো।*

নুমিৎ মাঙ্গোল মযায যৌবক্‌প মতম্‌নি। কবোক্‌লৈন মসুনুপা থা তকক্ তবেৎ সুববদু পম্‌দুন চোংই মাঙ্গোন্দ। মোমোন্ মোমোন্ নোক্‌ই। অঙাংদু য়েত্ত অমুক্ ওইদ অমুক্ চেপ্‌থ চেপ্‌থ সান্নে, অদুগ থরায় তান কোথ কোথ হায়রক্‌ই,

— নঙ্‌বু কদাইদগীনোনে। অসুক্ কুইন কদাইদ লৈরুবগে। নচেদি লৈসাবী ফাগদৌবে।

মধুম্‌তী মনেম্বোক্কী মতৌ অদু মুন্ন য়েংই। ইমুং অসিদ তঙ্‌দু লৈতান লৈব ফংলক্তব চহী য়াম্লবনি। নে-তাব পুন্সি অম হন্দক্ত ফংজবি। মতম্ অমদ মমৌ নুপীবু তিন্‌ফা কাক্‌ফৈগুম্ পৎ থদক্তুন লংতোক্‌প যাবগুম ঙাঙ্ সক্‌খিব কযা অদু কাউদ্রি—

"নঙ্‌ন সেম্‌জিন্দুন ইচা অসিঝু কবিনো অম তৌখ্রে। হায়ব ইল্লম্‌খ্রব ইচানি নচৎ অদুননিনহে নমিত্ত নচা নুপা অমত উব ফংদ্রিবদো।" মধুম্‌তীন

পাল্লবদি মনেম্বোক্ক সীঙ্নব য়ারবনি। খুৎলাই লৈরে হৌজিক্তি। দধিচী মুনিগুম্ব মচানি। অদুবু মনেম্বোক্কী হরাওজবদু উবদ মসু-মবেন অনিগী মতৌ অদু ঙাইহাক্ য়েংই। অদুগ মথমোইদ নুংঙাইবগী ইছল্ অমগ লোয়নন "অ-বোক" হায়ন তপ্ন কৌরক্ই। কবোক্লেন মাগী মিৎয়েংদু মসুনুপাদগী হায়রপ্ লৈথোবক্লগ মমৌনুপীদ ওন্সিন্দুন যান্ন নুংসিব মওংদ হায়রক্ই,

– ইবেম্মা, মসিগীনিনে ঐন নঙোন্দ ঙাঙ-সক্খিবদো।

অদুদগী অঙাংদ অমুক্ ওন্সিন্দুন লক্লরক্ই, "কো, নপাগী মথং নঙ্ন সম্ব" হায়দুন মসুদু চুপ্ই। অদুগা অমুক্ তান্ নাইন সক্থরক্ই, "মৈন রায, তাংন সম ......... ।

# অমম্ অঙান্ সিন্নব

কুইন উন্নখিদ্রব মরুপ্ ওজা বিরেন থেংনৈ। চা থক্মিন্নে। অদুগ থিন্দোক্লব মখারোম্দ হাইধৈ। ঐঝু থবক্ অম অদোম্দ চংকদবনি। কিলোমিতর তরেং নিপান্নি। অঙাং লুন তৌরুবন অমঝু লোয়নৈ। গারী মচা অদুসু নোংদাদুদ তৈগদব অদুদ সাইকল্ ওইন হোৎনরে। খর চংলগ ইমান্নব অম অমুক্ উন্নরে। মাগী লৈফম্দি চপ চাব খঙ্দরে। লাইরিক্ তম্মিন্নরিঙৈদ লুন তিন্নখিব মরুপনি। হোত্তেন্দ চঙ্দুন চা অমুক্ থক্মিন্নরে। থক্ল থক্ল মরুপ্তুন হায়রক্ই,

– কদাই য়ৌরুদৌরিনো। মতম্সু থেঙ্জিল্লক্লে। অঙাংসু য়াওরি।

– অস্বাইভাওদনি। য়ৌবগ হল্লক্কদবনি।

– ইরাং মতা অসিগ চখোক্ খোত্তোক্পক তল্লে ঐদি।

— তঙাইফদন মী অম উনরুদৌনি। চৎলুখিগে।

হায়রম্নগ ঐখোয় অমুক্ হাইধৈ। পংসাং সাংনে থৌদরি। সিফাই গারী অহুম্ মরি তুংলোম্দগী লাক্ই। থুনমক্ ঐখোয়গী ইপা য়ৌসিন্নকই। অদুগ মাঙ্দ নক্ক খাম্ই। মাংগী গারী অদুদগী অচৌব অম কুম্ধরক্লগ হংলক্ই,

— লোক্তাক্ প্রোজেক্ত কয়াম্ বাৎলি?

— কিলোমিতব মঙা তরুক বাৎলি।

ঐন খুম্ই। খঙ্নে খঙ্নে হংব মাল্লি। চেক্ তৌনিংব জাৎনি। অঙাং য়াওবদুদ চিংনদ্রববা। " অসা থিক হৈ" হায়রম্নগ চৎখ্রে।

গারী থৌখিবগ ইকান্ কান্নদে। তুংদ অহৌব মখোল্ অম। হম্ন য়েংথোক্খিবদ লম্বীগী নাকন্দ মঙা তকক্ পাক্থদুন এম্ তৌরিবদু উই। মদু উবদ হৌজিক্ত হেন্গৎখিব সিফাই গারীসিং অদুগী মতুংইন সাইকল্দু কম্ন থৌরম্ই। অবাবনি! মখোযস্ হৌজিক্কী মখোল্ অদুদ ঐখোয়রোম্দ ওন্সিন্দুন ফিভম্ সেম্দুন লৈরম্লে। ঐখোয় হম্ন য়েংনদ্রে। থবায় পুন্দুন চেন্নবে। ঐদি মনিংলোমদ লৈব চীংয়াগী মোংসোং উয়াম্ হৌব অদোম্দ চেন্সিন্নে। মিকুপ অমগী মনুংদ মায়গৈ খুদিংদ মখল্ মখল্গী নোংমৈ মখোন্ন নাকোং অসি সিঙ্জা য়েরমই।

লাল্ মনুংদ অসোন্ অনা লোয়নব অবাবগী মসক্তি। অঙাং অমগ লোয়নরে। পাঙ্গল্ থোক্তে। নোংমত ওইববসু চোম্বগদব পুক্নি অসি মিকুপ্ অসিদ লোইব তাববা। ওজা বিবেন্ন কদোম্দনো! খঙ্দ্রে। ঐদি অঙাং অমগ-ওম্বোক্ত বাবে। অহান্বদ মখুৎ সম্দুন চেন্চৎ চৎলক্ই। খর থুনব অয়াওব ফিদুন পোখৎলে। অদুগ উ চবুল্ হৌব মায়গৈ অদোম্দ চেন্সিন্নম্ই। অদুবু মায়গৈ অদোম্দগী মী খবসু চেম্বোরক্খি মখুৎ থাঙ্গৎ থাঙ্গৎন্নুন। সোর থবেৎ থবেৎনদুন। মরাইবক্ থিববসিং দো অবাংলোম্দ লৈব কাংবু অদুদ কন্বিনব চেন্সিন্খি। ওম্বোক্পনি। ঐগী মিৎমাং মক্তুদ দোং দোং ত্রেবেরে, তুখ্রে অনি অহুম্। চৈবক্তুদ ঐন খন্খি করম্— করম্ব কাংবুগী লাম্নো।

থৌওং অদু উবদ অতৈ খরন মখারোম্দ অমুক্ চেন্সিন্খি, অদোম্দসু অদু মঙাইরে। হৌজিক্পু হিংগদব মফম্ কদাইদনো! স্নাইদ অসুম্ লাম্বন ফরবরা খল্লকই। অদুবু অঙাং অসিদ ওইরবসু হিংহৌরসনু! অসি খন্দুন নাহোংদু মাঙ্লোম্দ ওম্বরে। মোংসোং মরুম্ অদুদ খুক্উ খুনিংন লৈমায়দ সৌরে। মরুন পাল্লবঝু মাদদি সোক্তনব চেক্সিন্ন হোৎনরে। খুৎন লাইবক্ মপাদ লাই খুরুম্বগুম্ন থম্মে।

— হে তাইবংবু সেম্বীরিব! নঙদি পুন্নমক্ উরিবনি। খঙলিবনি। ননাইবু কন্বিয়ু। ঐবু মঙলা তাইবংলা খঙদরে। ঐ সিরবসু অঙাং অসিদদি হিংহন্বিয়ু। মীওইব, তাইবংদগী মুত্তনব!

অসুন্না সোল্লগ মোংসোং মচাদুগী মরুম্দ পাক্থরে। অদুবু ইনাক্ অকোয়বদ নোংমৈ মরু তাবগী উফুল্ ফোং ফোং হৌবদু উবদ মিহুল্ য়াওরক্তবে। ইস' কোক্সি খেক্তুন মখোল্ হৌন অম পাইখিব অদু তাবদগী ঐ অদুম্ জ্ঞান মাঙখ্রমাগ্রে।

অসুন্ন কয়াকুইন লৈখিব খঙহৌদরে। নাকোং সিঙজা য়ৈরম্ব মখোল্সিং অদুসু তাখিদরে। ঐ মঙফাওনরে। সিরম্দরে। কোক্তোন্দ খজিক্তং খেৎখিব ওইরম্লে। খুৎন মাক্নবদ ই খজিক্তমক্ তৈরক্খি। অদুদগী ইথাদ কোল্লিব অঙাংদু কোযেং যেংই। সোক্রম্দ্রে। ইবুংঙো মাবু নিংজবগী মহৈ ফংলে। মাবু নিংসিং নিংসিংন হৌগত্তুন মী লৈব্র য়েংই। অদুবু অব্বাবনি! অব্বাংলোম্দগী সক্লোৎপ কাংবু অদু ঐবু উরমালে। ওন্সিন্দুন লৈরম্লে। মতৌ অদু উবদ ঐবু ঙাক্পিনব হাযদুন উপাই লৈতব মতৌদু উৎচৈ। অদুবু মখুত্ত পাযরিবদুন ঐবু চঙসিন্নক্উ হায়ন ইঙ্গিৎ তৌবক্ই। ঐগী করি উপাইনো! নাহোংন য়োম্লিব অঙাংদু মাঙলোমদ যাম্বরগ কিন্ন চঙসিন্ব হৌই। মোংসোং মকম্দগী ঐগী ফিভম্দু উবদ অঙম্বসিং অদু খুৎলাই হাইথনখ্রে। ঐ সোরদি হোন্লে হায়ববু মিহুন্দি হন্দ্রি।

সক্লোৎপসিং অদু মোংসোং মরুম্, অহাংব অদুদ কোয়ন ফম্থনখ্রে।

ঐবুসু ফম্হন্লে। অমন হায়রক্ই,

— অহন্দি করি তৌই? কদাই চৎলুবনো?

সিনফম্ হংব মাল্লি। ঐন অসেংবদু খুম্ই।

— সেন্দি য়াওরিব্রা? ময়াম্সি চাদ থক্তবন য়াম্ন বানবে।

— য়াম্না য়াওদেনে। খজিক্তনি।

ঙাংন ঙাংন অয়াওবদু লৌথোক্লগ পীরে। অতোপ্প অমন ঐবু থাজদদুন ইসাদ মাদুন য়েংই। য়াওদ্রে খঙলমাল্লে। তোক্খ্রে।

ময়াম্ অদু ঐঙোন্দ করিসু হায়গদব মান্দ্রে। হিংলনি খন্ব মিকুপ্ অদুদ ঙাইহাক্কী মমাংদ লৈমায়দ হাইথখিব মায়গৈ অদোম্দ যেংথোক্লুই।

ওম্ভোক্পনি! মরাইবক্ থীরবসিংদু, লেম্লৈ ঙাবু লৈমায়দ থাবদ হিংসি

হিংঙম্‌দ, সিসি সিঙম্‌দ ফ্রিং ফ্রিং চোংবগুম্, মখোঙ্ কাওরি। মখুৎ লেঙঙি। থরো থবো ওন্দুন মতম্ ঙাইবি।

* * *

মাইক্ লোইব যুম্ অদোম্‌দগী অহৌব খোঞ্জেল্ অমন মিকপ্ থোক্‌হল্লে খুন্‌গী প্রধান্‌গীনি। যাকাইবোল্ সক্তুন খঙ্গং পুম্ববু য়াকৈবক্‌ই,

"খুঙ্গং অসিদ লৈবিবিব প্রজা ইপা ইপল্ ইচিন্ ইনাও পুম্নমক আর্মিন থি-হুম্বগী থবক্ চখগনি হায়দুন থুংঙরে। অথুব মতম্‌দ কাংজৈবুংদ থোর্ক্পিবরুব মাইক্কী থোঙ্‌দ লাওথোক্‌চবি।"

থোঙ্‌নাউ হাংদোক্কুন যেংলুই। অমম্ অঙান সিন্নবদ মঙাইবম্‌লি। কবিসু খেন্নবম্‌দ্রে।

# অরূব ইচেল্

মীয়াম্ তিন্‌খৎলক্‌প মতম্‌নি। কনান লৈবগী, কনান য়োন্‌বগী, লৈব য়োন্‌বগী বারীদন কৈথেল্ হায়বসি পুম্‌নিল্ নিল্লিবনি। বারক্ত সেন্দ্রাং ময়াম্ খোংবদুগ চপ্ হেক্ মান্নে। নোং ফাদোক্ কৈথেল্ কারক্‌প ঐখোয়দি পোৎ-চৈ, ঙা-চাক্‌কী মমল্ অসি মফম্ অম অনিদ চৎলগ হংনিংই। অমদগী লৈরুবগ অতোপ্প অমদ হোঙ্‌লম্‌গদ্র হেক্ খল্লি। অসুম্ন খন্দুন ঙায়োন্‌ফম্‌দ চঙ্‌ই। লুক্সায় অমনি য়েংবদ মঙাইরি। মতম্‌সিদ কদোম্‌দগী খোঞ্জেল্লো। ঐগী মিং পন্দুন কৌরক্‌ই;

– তোম্বী কৈথেল্ কারক্‌ইব্রা?

কুইন তাখিদ্রব খোঞ্জেল্লি। মতম্ অমদদি খোইনিংগী খোঞ্জেলগুম, কোকিল্‌গী খোঞ্জাংগুম্ য়াম্ন তানিংখিব। মিং পল্লবদ তাসিন্নদব মাল্লনি নিঙ্‌দুন য়েংথোক্লুই। তায়াইমদু য়েংদুন লৈরম্‌ই। থমোই চেৎপা তায়াইমদো। ঙসিদি মাবু হেক্ উরুবদ মতম্‌গী লৈরোল্‌নুংদ লৈখ্রব থৌদোক্ কয়া মথং মথং পুক্লিংগী মিথন উরক্‌ই। ঐন লুক্সায়দ অমুক্ য়েং মাঙোন্দ হাইফেৎ অমুক্, লকক্ তৌদুন লৈরিঙেদ কৌব তাদ্রে খল্লব্র করিনো অমুক্‌সু কৌরক্‌ই,

– কৈথেল্ কারক্লিব্রা নঙ্‌বো?

– অং কারক্ই।

ঐন খুম্‌ই। মায় অসি পুব ঙম্‌দে। অদুগ ঐগী পাউখুম্ অসিদ মহাক্ পেল্লম্‌গদবসু মান্দে। য়াম্ন নক্লব, লম্‌দম্‌দি তাম্নরব মরী মতাগুম্ন– অদুগী লাক্‌পনি, অদাগী কারক্‌পনি, থমোইগী অবা-নুংঙাই পাউদম্ য়াওন ঙাইহাক্ অবাই অখুম্ বারী সানিংঙম্‌গনি। হান্ন লোন্দিনরম্বনিন। ঐনদ মীচেন্ ওইদুন লাপ্‌থোক্‌নিংবনি। হৌজিক্‌পুদি মীবা লাইবা য়াম্ন হম্বরে। লৈসারিঙৈগীদু নত্রে।

* * *

তায়াইমসি নুপারক্তা মবুক্‌চেল্ সেংব, লৌথুপ্ লৌকোইদব মীসক্লি। মীবোল্ লোম্লি। লম্‌চৎ ফজে। নিংঙম্‌খিদে। য়াম্ন নিংঙম্‌খিদে। মাগী বাঙাং কয়া হৌজিকসু কাউদ্রি। থমোইদ তারি অচেৎপ মচুন য়েক্লব লাইগুম্ন।

ঐখোয়গী খুল্লোম্নবদগীনি তাদ অঙৌয়াইমসি। মাগী মচন্ নুপী মেমচাদু ঐগ লাইরিক্ তম্মিন্নরক্ই। যাম্ন লোন্দিম্লে ঐখোয়। লৌফমসু লোম্লে। করিগুম্ব মতম্‌দ মখোয়গ ঐখোয়গ খুল্লং চৎনব য়াওই। লৌ লিংব, লোক্‌পদ। অদুন তোয়ন থেংনবদগী তায়াইম ইবানি নুংসিনরক্‌খি। অসুম্ন মতম্ কুইন মরী লৈনরক্লব মতুংদ নোংম ইনেন ঐগী থমোই তক্লুন হংলক্ই,

– ইবেম্মা নুংসিতোম্বী। নঙ্‌নে ইনে বাহায়গে। ইমৌদি সক্ল সক্ হেল্লিব। ....... নঙ্ কুইন লৈরোইদৌরিকো। ইনেখোয়ন নঙ্‌গী য়াইফনব সিল্লিবনি। নঙ্‌গী বাসু তায়। অদুন নঙ্‌গ হৌজিক্ মরী লৈনরিবদো লাপ্‌থোক্লব হোৎনৌ।

– ঐখোয় ইনেঝিমা। ঐগীদি কনাঝু লৈতেন।

মতম্ অদুদ ইকাইদুন খুম্‌খিবনি। অদুবু থমোইনুংদদি তায়াইমদু লেঙ্‌দন অদুম্ থম্‌জখিবনি। কনানসু ঐখোয়নিবু কায়নহন্‌ব ঙম্‌লোই খন্‌খি।

নিংসিংলক্ই নোংম তায়াইমন হায়খিবদো,

– তোম্বী, য়েংউ নঙ্‌গ ঐগ কয়াদ খেন্নরিব। ঐন লায়রমচা। নঙন পুম্নমক্ ঙম্ব। নহোয়গী ইনেসু সঙ্গ লৈ। হয়েং মহোয়ন হায়রক্‌পদ হিক্তোক্‌প ঙম্‌মোইদ।

– কনামতগী মৰা লৌজরোই ঐ। ৰাজিনঝু করিমত হায়দে।

– অদুন হৌজিক্কী ৰানি। অদুবু কায়নরবসু অদুম্ কৌনঝিকো।

– নুংশিনরম্নগা থুংনদ্রব মতম্দ উন উন লৈথোক্তুন চৎনবসি ঐদি হৈনরোইবো। তরাম্ তরাম্ কৌনরগ লোইবে। ঐদি উন খুদিং কৌদৌনিহে কায়নরদি।

– কায়নরোইদৌনিন য়ারে।

– অওইবনি। মসি মীওইব ঐখোয়গী অসোন্বনি। লাইবক্ত তন্নম্দবনি খন্দোক্লগ লোইরে।

– অনৌব অনৌবী অনিগী য়েংনব লোনচৎ হায়বদুনি।

– থুংনদ্রগ উনবদ কৌবদি কায়দে হায়ব।

অসুম্ন, নুংসিনরম্ব নুপা নুপী থুংনদ্রব মতম্দ থৈদুন চৎনবসি তাযাইমদি য়াম্ন পাম্জখিদবনি। তসেংনমক্ ইবনি থুংনদ্রবদি মাঙ্মিন্নসি লেপ্পখিবনি। অদুবু নুপী ওইবীগী তেথব মতম্ হায়বদু লাক্খি। ইনেন ঐবু কম্ন থেম্খি,

– ইবেম্মা, ঐখোয়ন সিল্লিবঝে নঙ্গী য়াইফন্নবনে। ইন্খৎলক্প হায়বসিদি ৰাখল লেপ্তবনি। নীংইবদুন চুম্ই খন্বনি। ঐখোয়সু অদুম্ন তৌরক্ইবনি। ঐন হায়বদি হয়েং নখুত্ত হাম্দুন চাক্পগদৌবিবনি। সামু লোইব ইমুংনি। নঙ্গী ফত্তনব ঐখোয়ন সীন্গদ্রাও। তাদন য়াদবনিকো।

অসুম্ন তোয়ন ঙাংসক্পদগী ঐ পুক্চেল্ ওনখি।

* * *

তয়াইম অসি পুকচেল্ চাওব মীনি। মহাকুম্ব ঙাক্ত ওইববদি নুপা নুপীগী ফজদব ৰাথোক্ কয়া থোক্লোই। কাউদ্রি,

– তোম্বী, ঐদি নখোয়দ হৌবিব উপাল্ ৰাপাল্ হৈরাং লৈরাংসিং অসি উবদ ঐগ য়াম্ন নক্লবগুম্ খল্লিদো। মসি মীগী হৌনসা ওইরমালে।

অসি হায়রগ পুত্রি মপান্গী লৈহাওদু লামদুন হেক্ই অদুগ অমুক হায়বকই,

– য়েংউ, লাংধ্রুবী তোংদ্রিব লৈ অসি য়ুম্ যৌদ্রিমখৈ মনম্ নম্লোই। লৈনম্ খঙ্ন নম্লুগে।

মতম্ অদুদ মান হায়রিবদু করিনো মুন্ন খঙ্‌লম্‌দে। অদুগ ইকাইব হায়বসিন কুয়োম্ ওইন লৈখিবন অনিংবস্ নিংতম্ন ফোঙ্‌দোক্‌প ঙম্‌জদে। কাইনথংদ, য়ুম পান্নব মতুংদ মাগী ৱাহৈগী ৱাহম্লোক্ খঙ্‌লক্‌খি।

* * *

ঐগী ইচা অহন্ন কাফে কাফে চৎলক্‌প মতম্‌নি। নোংম মেম্‌চাদু খঙ্‌হৌদন থেংনৈ কৈথেন্দ। মান হৌদোরক্‌ই,

– ইবেম্মা নঙ্‌দি নুংঙাইবৈনি। অমদুদি অদুম্ লৈরে। বাজিন হায় তাদে। ইমান হায় য়াদে। হোয মাই হাযদ্রে। ঙম্‌ঝ ঙম্‌ই নঙ্‌ঝে।

মেম্‌চাগী মহৌসাগী কোইদব ৱাঙাংদুনি। অদুবু ঐ হাইফেৎ ইকাই। করি উপাই লৈবি। চীন্দদি হায়খিব সাই,

– ইবেম্মা, তন্নম্‌দব হায়দুদ তাবেদন।

মহৌসাগী কোথব ৱারীদু নত্রে। মহাক্ লাপ্‌থোক্‌খ্রে। মাগী ৱাহৈসিংদু তারুরগ পুক্লিংদ মরম্ খঙ্‌দন ৱাখল্ কয়া খল্লক্‌ই। খোযসাওনব পোক্লক্‌ই। খন্‌ফম্ খঙ্‌দে। ইনেগী ৱাহৈ অমসু নিংসিংলক্‌ই,

– অঙাংদো মবুক সেংবনি। মরম্ মোক্‌পনি। মাবু পাম্‌দব নত্তে।

– লায়রবগী ৱাবা?

ঐন হংই। ইনেদু খুম্‌খিদে।

কান্নদ্রব ৱাখল্ কয়াদ উংবগ লোইনন লৈগদব লৈরগ হল্লকই। ৱাখল্‌সিং অদুগী মনুংদ অমদি তায়াইমদ করি হায়খিসিগে হায়বসিনি। ৱাখল্ অসিন লমজিং ওইদুন চিথি অম ইবগে লেপ্‌লে। খল্লক্‌ই। "চিথিদি করম্ন ইগনি। নাসোন খজিক্তং ফংখ্রবদি কম্‌দৌনি! ... ... – নুপী ঐখোয়ন লোৎকে হায়ন লোৎলবদি নুপা মহোয়ন তরাইন খংবদি ঙম্লোই।"

অচিক্‌প মতম্‌নি। চে কলম্ পুথোক্‌এ। চিথি অম অসুন্ন ইবে।

তায়াইমা,

মীন চৎনদ্রব লুবব লোনচৎ অসি ঐন তায়াইমগী ৱা নিংশিং-লক্লুন চেসিন থোং ওইদুন ফোংদোক্‌চবি। থাজব মাঙহন্‌বী, পুক্‌চেল্ লেপ্পবী অমন



মীচেন্ ওইম্রগ নহাক্ন নদোম্ তরক্ পুন্সি লেন্বিরিব করিগীনো! সিত্রবনি খন্বিরগ মাঙোন্দগী হেন্বী চনু অম ইনম্ম ওইনব হোৎনব মতম য়ৌদ্রিবরা! নুপা থৌদাং উৎপিয়ু। নচন্গী অপেম্ব ওইজগে।

নহাক্কী নচল্,
নুংসিতোম্বী

চিথি অসি কৈথেল্ কাবদ থাধরম্মে।

ঐখোয়গী ৱাহৈ "কান্নদব" হায়বসি মতম্ পুন্নমক্ত মাগী মগুন্ ঙাক্ন চৎলক্তবসু ময়াওই। ঐগী কান্নদবনি খম্ব ৱাখল্গী মনুংদ তায়াইমদ ৱা খর হায়খিব অদু কান্নরে খল্লি। মতম্ খর লৈরগ তায়াইমদু লুহোংলে হায়ব তারে। ঐ কয়াদ হরাওজখিব।

* * *

ঐ লোয়ন তায় তায়াইমগী মরম্দ। মচানুপা অম ফংজরে মাগী নুপীবু লুন তৌই। অদুগ সেন্ থুম্সু পায়রে। অমরোম্দ ঐগীন সামুদগী ইরোই। ইরোইদগী সল্ ............। অদুবু তাবদ নুংঙাই, তায়াইমা য়াইফরে।

অসুম্ন মাগী মরম্দ সিৎ নান্ন খঙ্লব মতম্ অসিদ নোংম থেংনৈ। য়াতোন্ ইরং লাংলদুন হায়রকই,

– তোম্বী, নঙ্দি কম্দৌরি? নুংঙাইরিদন? অঙাংদি কয়া সুরে? নুপা কয়া নুপী কয়া?

খুম্নব মতম্ পীদবমখৈ পরেং লেংদুন হংলক্ই.

– অসুম পঙ্লৈ লৈব হায়বদুনি।

মাগী ৱাহংগী মরক থত্তুন খুম্ই। অদুবু ৱাহং পরেংদু কায়রনি মতাগুম্ন মখা হংধরক্ই,

– নখোয়গী ইনেহোইদু সোম্লরিনি। খুরান কম্দৌরি। খঙ্দেদ তাইবংগী অৱা নুংঙাই ময়াম্ অসিন পুন্দুন সিবদু ওইরমাম্লে পুন্সি হায়রিবসি।

হায়ন হায়ন অসুম্ লাপ্থোক্খি।

* * *

ঙসিদি হংনিংবনি ঐসু মাগী মবম্দ খরদং ওইরবসু,

– অঙাং কয়া লৈবে। নুপা কয়া? নুপী কয়া? ইনম্মদি কম্দৌরি? নুংঙাইবিববা .. .....।

অদুবু চৎখবে। পুন্সিগী থেকোইবব লম্বী খঙ্লবগুম্। অদুদগী ঐসু ময়াম্দু অমুক্ উবক্ই। খোঞ্জেল্সিংদু তাবক্ই লৈবগী য়োন্বগী। ●

# দাক্তর অমসুং ওপরেসন্

ৱারী অমতং লিনিংই। ঐ ৱারী লিবদি হৈতে, পঙ্‌হায়দ হায়জিন্দুন মীবু নুংঙাইহন্ব। অদুবু মরুওইব খরদি সেম্ সাদুন তম্‌নিংই। লিগদৌরিব নত্রগ তম্‌গদৌরিব ৱারী অসি অচৌ অসাং নিংথৌকোন্‌গী ওইরবদি ইতিহাস্ কৌরদৌবনি। অদুবু লায়রব লৱায়গী অচম্ব ইমুং অমগী ৱারী ওইনবন অরেম্বদ ৱারক্কী কুন্দোগুম্ন মঙ্‌খ্রব মীসক্ অমগী ৱারীদ তারে।

– "ঐগী লায়নাসিবু করিনি হায়গে দাক্তরন?— নখোয়ন হায়দোক্‌ত্রবসু খঙ্‌ঙে।"

খৌরি অপোম্ব চাওথোরক্কুন নুংসা সোর ফুম্লিব অদু নম্‌খায়রগ হংলক্‌প তাচৌগী ৱাহৈসিংনি।

– "ফরোইদব ওইরবদি কান্নরোই। সেল্ তিংহল্লু।" আসা লৈত্রে খঙ্‌লবগুম্ মখা তারক্‌ই।

– য়েংদব য়াবরা! পুম্নিবু লৈব ফংব নত্তে। চাবরা চাদবরা হোৎনগনি। পাবন মচাবু নুংসিন য়েংদুন হায়।

অনাব হংব লাক্‌প ময়াম্‌ অদুসু পাবগী ৱা অদুদ পাংসিল্লদুন হায়নরক্‌ই। কন্নান হোঙ্‌বগী খৌবোম্বী লায়না ফখিবগী। কন্নান চাওবগী নাখাংদ নাব ফখিবগী। কন্নান ওপরেসন্‌ তৌব সোয়বগী। অমুক্‌ কন্নান তাচৌগী সু-নোম্ব কন্‌বগী মরম্‌দ। অওইবমক্কি, তাচৌগী মপান্দগী ঐখোয় চীঙ্গাক্‌ চাব ফংজরক্‌পনি। মখোয়গী ৱারীদগী খঙ্‌হৌদন অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐখোয়ন ওইরক্‌প ফিভম্‌ অদু মসেন্‌-মরাং উরক্‌ই। ফাইরেন্‌ লমদা থাদ ইংবন মপান্‌ থোক্লিংদ্রব মতম্‌দ নোং চুরক্‌ই। নোংগী ইসিংদ লৌ অনিরক্‌ চাবীগী হোৎনব মতম্‌নি। মতম্‌ অসিদ ময়াম্ন ফমুংদ লৈরিঙৈদ তাচৌন য়েম্পাক্‌ তুপ্তুন সম্বোৎ খোইব চৎখিব, করম্ন কাউগনি। তাচৌন হৈত্তব সিন্‌ফম্‌ লৈতে হায়ব য়াই। য়ুম্‌ সাব হৈ। উ সুব হৈ। থুমোক্‌-তাইরুক্‌ সাব মওং তাই। মান সাব য়েম্পাক্‌ য়েংঘুং ওঙ্খোক্ল ফজে। থরাইকোক্‌পি তেংবী মাল্লি। মীন য়াম্না তাম্নৈ। পোৎ-চৈ সাবদ থৱায় হাপ্প হৈ।

নোংম নুমিৎ অফব অমদ মী মঙা তরুক্‌ সম্‌ কক্‌প লোয়রক্‌পদ ইনেয়াইম লাক্‌ই। ময়াগী মকোক্তু উবদ ইনেন হায়বক্‌খি।

– নঙ্‌গী নকোক্তুবু কক্‌পিনব লৈত্রবরা?

– উ সুবদ মপা লৈত্রব তাদ মনিগী য়ুম্‌গী থোঙ্‌দুবু কম্‌দৌবগে?

তাচৌন নোক্লদুন হায়রক্‌ই। ময়াম্‌ অদু ৱা ৱা নোক্‌ই।

অনাবন ফব লৈত্রবদ অতোপ্প দাক্তর অমদ অমুক্‌ য়েংহন্নব থল্লরে, হান্নগীদু চানদ্রমালে থন্দুন। অদুবু হান্ন য়েংব দাক্তর হোংব হায়বসি লৈতব ইমুং অমদদি পোৎলুম্‌ অমুক্‌ হাপ্‌চিন্নবনি। ঐগী ৱাসিদ অদোম্ন হায়বিবা যাই, পুন্সিবু সেন্ন লৈ ফংবরা! অদুবু লায়রব কন্নাসু লৈজদ্রব মী অমগী মফম্‌দদি পুন্সিদগী সেন্ন হেন্ন মরু ওই। মসি লায়রব মীখক্তন খঙ্‌ই। সেৎনব লৈতে। চাদব য়াদে। চাদনা হিংব য়াবরা! অসেংব খঙ্‌বিগে হায়রবদি লাযরদুন অমুক্তং য়েংবিয়ু। অদুন অতোপ্প দাক্তর অম কৌব হায়বসি ঐখোয়দ অৱাব অমনি।

তাচৌন অসুম্ন লৈরক্‌পসি থা মখায়মুক্‌ ফারক্লে। তসেংবদি মহাক্‌ অসি লায়য়েং ওন্নখিবদগী থাক্‌ অসি য়ৌরক্‌পনি। অজিৎকুমার কৌব দাক্তর অমন য়েংবনি। খৌরিদ পোম্বনি। দাক্তর অদুন গোইতর-খৌবোম্বীনি হায়বদগী থর কোম্‌থোক্‌উবনি। লায়না অসিদি লৈবাক্‌ অসিদ য়াম্ন লৈ। ঐখোয়গী লৈকায়দসু লৈ। হিদাক্‌ চারগ য়েংসি হায়বদগী চাং নাইন হিদাক্‌ চারকপনি। লায়না অসি হৌরক্‌প মতম্‌ অদু তাচৌসি থবক্‌ য়াম্ন কন্‌ব মতম্‌নি। অয়ুক্তগী নুমিদাংৱাইরম্‌ ফাওব লবুক্তা লৈদুন চু থানব হোৎনৈ। লৌসঙ্‌দ চাক্‌ চারগ ঙাইহাক্‌ পোখাব, অদুগ অমুক্‌ থবক্‌। অসিনি মাগী পুন্সি। মতম্‌ অদুদ ঙক্‌সম্‌দ নারি নারি তৌই হায়।

অদুবু নুমিৎ তরেৎ নিপান্নি থবক্ লেপ্‌খিদে। পোক্রবদি সিব তাবনি। মসিনি মাগী ৱাখল্। মাগী পুন্সিগী পথাপ্। অদুন তাচৌন তোপ্ তুন নারবদি য়ৌসিল্লব মতম্‌দদনি।

দাক্তরন ইব হিদাক্ চান চান ফব লৈত্রে। অহোইনদুম্ চাব থক্প য়ারক্তরে। লায়য়েংলিব দাক্তর অদুগ পক্লদ্রমালে অতোপ্প দাক্তর অম অমুক্ য়েংহল্লসি লেপ্লরে।

হৌজিক্ মতম্‌দ হোসপিতান্দ অনাব পুখৎপ হায়বসি লায়রব মীচঙ্ সঙ্গ লৈজদব মীসিংগীদমক্তদি য়াম্ন অৱাব অমনি। সেন্ য়াওদবসি থবক্ য়াম্না তপ্‌ই। লৈফম্‌গী নত্তন সরকারগী হোসপিতান্দ য়েংবগ লনাইগীদ য়েংবগ খেন্নব থোইন লৈতে। মরম্ অদুন চঙ্‌বগী চঙ্‌ব খর চেক্সিন্‌গদব লনাইগী ক্লিনিক্ অমদ য়েংলসি লেপ্লে। লোয়নন মদুদ পুব দাক্তর অম উনরে। সরজন্নি। মখুত্ত মী কয়াগী মথৱায় কন্থ্রবনি। মহাক্ন য়াম্ন মুন্ন য়েংবিরে। অপোম্ব অদু হেক্ উবদ পৎ থদক্তুন লংথো-ক্লিংবগুম্ উই। ফন লুনদি লৈ। মসি ফহন্‌ব ঙম্‌গদ্র হায়বগী চিংনরপ্ তৌবদু মাগী মায়থোংদ তাবগুম্ তৌই। দাক্তর অসিগী পাওতাক্ মতুংইন্ন ওপরেসন্ তৌব তারে।

ওপরেসন্ তৌরমদাইদ চঙ্‌ব সেল্‌গী মপাল্ নাইদে। ই তেস্ত তৌবগী। একসরে মখল্ মখল্‌গী। ই লৈনবগী। হা অদু অদাগী। দাক্তরগী অৱামন্‌গী। অদুদ চঙ্‌গদব লুপা ময়াম্ অদু য়াম্ন ৱান থি হম্‌দুন খোম্‌জিন্নে। অচঙ্‌ব মখৈ চঙ্‌লসনু। থোক্রব অম লাক্রনি!

ওপরেসন্ নুমিৎনি। য়াম্না ঙম্ন তৌগনি হায়। পুঙ্ নিপান্দ। লৈকায়গী নক্লব মরী মতা খরসু য়ৌরক্রে। দাক্তরসু মতম চানা লাক্তুন লৈরবনি। হৌনবী মতুং ইন্ন সোই সাং তৌরে। করিগুম্ব ফত্ত-নুংদ থোক্রবসু ইসান য়ারে হায়ন। করি উপাইদি লৈরি!

মতম্ য়ৌরক্তুন অনাব অদু স্ত্রেচরদ হাপ্তুন ওপরেসন্ থিএতরদ পুসিনখ্রে। ঐন সেম্বিব মপু মাঙোন্দ খুরুমজে, "হে তাইবংগী মপু! পোকপদগী নুংঙাইব শরুক্ ফংজদ্রিব মীসক্ অসিবু মতম্ খরদং নঙ্গী লিলাদ য়াওহন্‌বিখো!"

দাক্তরন পুং অনিমুক্কী মতম্ পীবনি। অদুবু কনান চপ্ চান হায়ব ঙম্‌গনি। ময়াম্ পুন্নমক্ পুক্লিংদ লাংতক্লন ঙাইনরি। ঐদি খুৎ-সা থেক্তুন খাঙ্‌ঙে। পোত্থাফম্ খঙ্‌দ্রে। পুংদি তাসিল্লক্রে! সোয়দুন তোক্কদৌরিবরা! দাক্তর থোরক্লগ ৱা ঙাঙ্‌লদ্রব! ঐন হংবদ সোম্বাংনন হোপ্‌লেস্ হায়রক্লব! ৱাখন্ন পল্লেপ্‌ফম খঙ্‌দন লৈরে। লৈরিব ময়াম্ অদু ৱা অমত ঙাঙ্‌নদে। অমগা অমগ মিত্তি য়েংনৈ। সোয়গদৌরিবরা

হায়বসি মী পুম্নমক্ চপ মান্নন খন্নবগুম্ তৌই। অসিগুম্ব তাঞ্জা অসিদ ওপরেসন্ থিএতরগী থোঙ্ অদু খজিক্তং কাথোরক্ই। ময়াম্গী মিৎসিংদু মায়গৈ অদোম্দ লোয়নন ওনসিন্নরক্ই। নর্স অম থোরক্ই। প্লেত্ অমদ হাপ্তুন অনাবদ পীরম্ব পোৎসক্ অদু পুথোরক্তুন উৎলৈ। অনাবদু ৱানিংঙাই লৈতে হায়ন ইঙ্গিৎ তৌরক্ই। ময়াম্ অদু সোর খর হোৎনৈ। ঐন খন্খি— দাক্তর হায়বসি ইস্বরগী ঙম্থংনি। মাগী মখুত্ত মী কয়া সিদব নত্তে। অদুবু ইশ্বরগী মখুত্তদি জীব পুম্নমক্ সিরিবনি।

ওপরেসন্ মতুং নুমিৎ হুন্নি সুরে। তাচৌদু মায়থোং মকা লাম্না লৈরে। ফাসিগী থৌরি কোঙ্গোই হুক্রব মীসক্ অমবু ৱায়েন্সঙ্গী ৱারেপ্ অমন কন্বগুম্ কয়াদ নুংঙাইজরিগব!

নুমিৎ হুন্নি মরিনি লোম্লব অহিং অদুদগীদি থাং থাফম্ অদুদ চৈনা ফাওরক্ই হায়রে। মকা লাম্লম্ব অনাবগী মায়থোং মক্সিল্লক্খি। থৌরি চরম্দ থোঙাবেন্ন মাগী য়োংকুম্ব খুৎসান পায়সিন্দুন থম্খ্রবরা! ৱা উতোংদ পায়বগুন্ন অথোৎপ মফম্ য়াওদ্রে। অনাব অদু মখা চিক্তুন লৈরে।

ওপেরেসন্ তৌরগ ফগনি খল্লম্বনি। অমরোম্দ, হিদাক্ থারুব পুম্ব অরেম্ব তারে। অনাবগী লায়ওং অসুম্ অসুম্ লায়থেৎ হাপ্কৎলক্খি। চাব থক্প য়ারক্তরে। ৱা ঙাংব ঙম্লক্তরে। অনা অমন ৱাব য়াব হায়বদু অসি মঙাইরে। ৱা হায়নিংব লৈরগ প্লেস্ত কাংগ্রন ইবে। অসুম্ন লৈরক্পন নুমিৎ তরেৎ নিপান্নি সুরক্প অদুদদি অনাব অদু ওঙ্খোক্ন অৱাবগী মসক্ ওইরক্নে। সোর হোন্ব য়াদ্রদুন ওপরেসন্ তৌব দাক্তর অদু অমুক্ উনরে। ঐন হায়,

– দাক্তর ৱারৌবিনু! ওপরেসন্সি তৌরম্দ্বন ফরম্বনি। করম্ন তৌবিখিবনো?

দাক্তর অদু ঙাইহাক্ চমন্নবগুম্ লৈ। ঐগী ৱাহং অদুননি। অদুবু অসেংব মরোল্ লোম্লক্ই,

– ৱারৌবিরোই অরুব লাইনানি। লাইবক্ য়েংবনি। সোর হোন্ব য়ানব হোৎনজগে।

অনাবদু, ওপরেসন্ থিএত্তরদ পুসিন্খ্রে।

মতম্ অসিদ নিংসিংলক্ই ওপরেসন্ থিএতর থোঙ্দগী চিংথোক্হৌরবী ঐগী নুপীদু ................।

* * *

মতম্ অদু দিস্ত্রিক্ হোস্পিতাল্ হোংদোক্নদব চহী অহুম্ মরি থাংলিঙৈদনি। নুপীন থাই চিল্লি ইনুং নুংঙাইতে হায়দুন য়েংহল্লুবনি। দাক্তরন ইরক্ই, থবাক্কী এক্সরে লৌনব। চুম্ন অম, চেপ্ন অম। অদুগ হিদাক্ থর।

নোংঙাল্লগ এক্সরেগী রিজল্ত অদু পুরগ দাক্তর অদুদ য়েংহল্লি। দাক্তর অদুন য়াম্ন মুম্ন য়েংলগ হায়রক্ই,

– গোল্ ব্লাদরদ নুঙ্ লৈরে।

ঐ খ্বাই লাওই। মাদি কম্দৌরম্গনি?

– ওপরেসন্  নৎত্রবদি হিদাক্ল ঙম্গদব মান্দে।

মখা তারক্ই দাক্তরন। অদু তাবদ নুপীন হায়,

– ওপরেসন্ তৌব কিজৈ। সিরবসু সিজখিগে।

– করিনোনে। অরু অরুব ওপরেসন্ কয়া দাক্তরসিংন পাঙ্থোক্লিবসিদি। করিগী কিরুনি হায়গে।

নুংসা থীদনব ঐন হায়। দাক্তরন মীওইবগী হক্চাংগী পার্ত কয়া সিন্দোক্ সিঞ্জিল্ তৌব ঙম্ই হায়ব মহাক্ কাউমাল্লে।

নুমিৎ কয়ানি চঙ্ন থেম্দুন নৌদুন নুঙ্দু লৌথোক্লব তরুবদ "ঐদি সিরসু সিজখিগে" হায়দুন য়াদ্রে। মহাক্ল য়াদ্রব অদুদ হিদাক্ লাংথক্ তৌদুন য়েংঙসি অদুগ অতোপ্ন দাক্তর অমদ অমুক্ য়েংহনসি হায়দুন চৎলে। দাক্তর অদুগী মমিংদি পঞ্জররোই। মহাক্ অনাববু য়াম্ন কুপ্ন য়েংই। মহাক্ল এক্সরেগী রিজল্ত্ অদু মুম্ন য়েংই। থারী পুন্নমক্সু লীদুন তাহল্লে. মহাক্ল য়েংব য়াব য়েংঙগ হিদাক্ থর ইরে। ইরিবসিংদু অমুক্ হন্ন য়েংঙগ,

– মসি চারগ য়েংসি। চাব লেপ্পদি য়াদে। হাপ্তা অম লৈরগ অমুক্ লাক্উ।

অসুম্ন তাক্পিরে। দাক্তরগী থাদু তাবদ ওপরেসন্ কিরবী ঐগী নুপীদু হরাওরে, ওপরেসন পল্লক্তবদুদ।

দাক্তরন ইরক্প হিদাক্ অদু চাং নাইন চাবদগী থবাক্ নুংঙাইতবদু থর ফরে অদুগ হাপ্তা ফারক্পদ পাউ অমুক্ তম্মুরে। দাক্তর অদুসু হরাওন উই। "নুংঙাইতব তৌরুরনু, ফরনি" হায়রদুন মখা চখনব হিদাক্ অমুক্ ইবিরক্খি। অসুম্না চাং নাইন হিদাক্ চাবদগী নুপীগী অনাবদু মাঙখ্রে। গোল্ ব্লাদরগী নুঙ্ কদায়দ চৎখ্রব। কুইরে। চহী তরা মমাংগী থানি। হৌজিকসু মহাক্ মসা মউ ফন্ন লৈরি।

* * *

অবাবময়েং খর তানব হায়দুন দাক্তরন মাইনর ওপরেসন অম তৌরে। খৌরি চরম্‌দ হুৎলগ সোর হোন্নব খুৎলাই অম হাপ্পিরে। অদুবু লৌসিং করিমত মাঙ্‌দব অনাব অদুন করি খল্লম্‌গনি! স্ত্রেচরদগী থাংধব মতম্‌দ মমিৎ অনি অদুন ঐঙোন্দ মুন্ন য়েংঙগ মরোল লোল্লক্‌ই,

— "আসা লৈত্রবনি ঐ, য়েংউ তৌরিবসে!"

মমিৎ অনিদু পিন থুন্নক্‌ই।

য়ুম্‌দ পুথদুন লৈরক্‌প তারানিমুক্ সুরক্লে। নোংম নোংমগী অসুম্ সোঙ্গুরক্‌ই। মরক্ মরক্ত মথন্‌দ সিনিংবগী বাখল্ ফাওরক্‌পগুম্ তৌই। মীরক্ নারক্ য়েংদুন মায়োম্‌দ থেৎলিব থাংদ য়েংই। করিগুম্বদ ইলেকত্রিক বায়ার সত্তম্‌দ। সেন্নহৌদব মিকুপ্ত ঙম্বোই ঙম্‌দবোই ফুক্ হৌগত্তুন মায়োম্‌দগী থাং অদু পায়গে হোৎনৈ। বাদি ঙাংবদি ঙম্‌দ, স্নেত্ত ইবসু ঙম্লক্ত ময়াদু ক্রক্ ক্রক্ চিক্‌ই। করিগুম্বদ খোঞ্জেল্ থোক্তন মখুৎন খৌরিগী অহোব অদু মেন্‌সিল্লগ সোরদন হায়রক্‌ই,

— "হে ঈশ্বর! ওঙ্থোক্ল থীন লাক্লেদ! নহান্‌মুক্কী মপোক্ত করি পাপ্ তৌখিব? লৌগে হায়রগা লৌসিন্‌বিরো! প্রান্‌সু মাঙ্‌হন্দ বান থম্বিদকো!

অসি হায়রগ ফম্লিব ময়াম্ অদুদ কোয়ন য়েংই। বাদি ঙাঙ্‌নিংই। অদুবু য়াদে হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরক্‌ই। মমিত্ত পি সিঙ্গুরক্‌ই। অদুগ পুন্সিগী ওইন খোঞ্জেল্ থোক্ল বা অমুক্তংদি ঙাঙ্‌লম্‌গে হায়বগী মতাগুম্ অরৈব পাঙ্গল্ ফুদোক্তুন হায়রক্‌ই মতৎ মতৎ ওইন,

— ময়াম্ পুন্নমক মসিগী লায়থুং অসি অতৈদ অমুক্ থুংদনব—ঐ পুদুন চৎলগে। ঐগী অপিক্‌পসিং অসিদ ময়াম্ন খর বারক্‌পিয়ু। ঐ চৎপ ঙম্নব বর পীবিয়ু।

ময়াম্ পুন্নমক্ তুমিন্ তুমিন্ লৈ।

অমুক্‌সু মী লকক্ তৌব মতম্ অমদ ঐবু মনাক্ত লাও হায়ন ইঙ্গিৎ তৌরক্‌ই। ঐন চঙ্‌ঙুবদ তাচৌন মখুৎন ইঙ্গিৎ তৌরক্‌ই; অসুম্ন হায়বগুম্ তৌই,

— ইবো, ঐবু খর হাত্তোক্‌উব! ঐ য়াম্না বারেনে। সোর হোন্‌ব য়াদ্রে। থবাক্‌সি ফুদ্রে।

মতম্ অদুদ ঐঙোন্দ ফাওখিব অবাব অদু ময়াম্‌দ লিননব ঐগী বাহৈ লৈজদ্রে।

চাক্ চারক্তব নুমিৎ মসিঙ্ য়াম্লক্লে। মসাদু খম্ থেংন সোক্এ। কম্লদন মিৎলু অনিদু কংব ঙমদ্রে। মদু উবদ ঐন খল্লি— ঐ সিদৌরবনি হায়ন সিবগী মতম্ ঙাইবসি ওহ্লোক্ল অবাবগী মসক্ ওইব তাই। থোঙারেম্ন অনাববু পুব য়ানব মখল্ মখা কয়াগী চৈথেং পিরক্লে। চৈথেংসিং অদুগী চৈনা খাঙ্ব ঙম্লক্তরে।

লৈরিব ফিভম্ অসি য়েংব ঙমদ্রদুন। অহল্সিংগী য়াথং মতুং ইন্ন ওপরেসন্ তৌব দাক্তর অদু কৌরুরে। ইমুং মনুং অমদি লৈকায়গী মীসিং বা তানরে। "লৈরিব ফিভম্ অসিদি লানবিবন মহৈ ওইরনি।"

ময়াম্গী অপাম্ব মতুংইন্ন দাক্তরন কম্পোজ এম্পল্ অনিদং মথং মথং পীসিন্খ্রে।

অনাবগী থবায় মিরেম্ন অসি তুরেল তোরবান্দ চৎসি চৎঙম্দ লৈসি লৈঙম্দ লৈরিঙৈ মতম্নি। মিকুপ্ অমতং হিংলম্খিদে মতাগুম্ অবা মতৌ করিসু উহন্দন সোর চনিং তান হোল্লক্ই।

অদুদগী তুম্থখরে অমুক্ হৌগৎলরোইদব য়াহিপ্ত।

ঐন মসাদু পায়রগ খঙ্হৌদন কৌই। "তাচৌ! তাচৌ"! মিত্ত পিন থুম্লক্ই। অদুদগী উরক্ই মোন্ ময়াদ কাংগ্রুগী মুসি মুসিরব মমি তারিব স্লেত্তু। মদুদ ইরি, "দাক্তরন ওপরেসন্ তৌরম্ ..... ...।" ●

# অভিসাপ্

সাগৈগী মীসিংদু হন্নখ্রে। রঞ্জিৎ অদু নুংবংনন ফম্দুন লৈহৌই। য়েংবদ নাইতোম্নরব চেক্লাগুম্ কয়াদ অবাবগী মসক্নো। ঙাইহাক্কী মমাংদ ময়াম্ চঙ্দুন মাঙোন্দ ঙাংলম্ই। মতম্ অদুদদি মাগীদমক্ ঙাংবিবনি খল্লম্ই। অদুবু ওন্ন তৈনরম্লে। ময়াম্গী ৱাহৈসিং অদু মাগী নাপদ ঙংদুন লৈহৌই। অদুগ লোয়নন মান য়াম্ন কিজরব কাউঙমদ্রেব ৱাহৈসিং অদুসু ............।

অসুম্ন হায়নৈ, ৱাঙাং সঙাং ফজব হায়বসি অথোইব গুন্ অমনি। মীতৈগী ৱাহৈ ক্না মতপ্ অমন চীন্ পৈ হায়বসি চুম্খ্রব ৱানি। ৱাঙাং থোন্দানবু লুদ্রবদি ফন লমচৎ ফজব মী ওইদুনসু সীঙ্থানদে। রঞ্জিৎহোয়গী অদুৱাইদ হায়নব অম লৈ— থরোসংন "ইবুঙো, সনা ইবুঙো" হায়দৌ সরুক্ অহন্বীন "মহাপাপী, মরাই চৎকদব" হায়ন চৈবন হেন্ন ফৈ।

অদুগ অমুক্ কনাগুম্বন অদু তৌ হায়রগ হেক্ তৌব, তৌনু হায়রগ

তোক্‌প নৎত্রগ মীন হায়বদ থাজগন্‌ব অসিবু পঙ্‌ব হায়গদ্রা থাজগন্‌ব হায়গদ্রা? নৎত্রগ অচুম্ব তৌব হায়সিরা! রঞ্জিৎকী ৱাথোক্‌ অসিসু অসিগুম্ব থৌওং অমনি। মৈরিক্তগী মৈজাওবী ওইখিবনি।

* * *

পোৎলোইবগী মৈরিদু মপুং ফান চাক্‌খৎলক্‌ই। ইঙাগী নোংজুগুম্‌ পিরাং সিম্বুরম্ব, কপ্‌ লাওরম্ব নুপী অঙাংসিং হন্নখ্রে। লৈতবগী অৱা অনা খাঙ্‌ব ঙম্লব ঙাক্ত ঙাইহৌরে ময়াম্‌ অদু খরন নোক্‌ নোক্নুন ৱারী সারি। খরন নুংসুক্‌ নুংজানন ফম্‌লি। কনা অমন মৈ মনাক্ত অসাব খাঙ্‌দুন সীঙ্‌ সেম্‌লি। চৈরক্‌ অসিদ ইমুং মনুং মরী মতাসিংন, কনান পুং য়েহন্‌ব, কনান সক্‌হন্‌ব ৱা-তান্নরি। অসিগুম্ব তাঞ্জা অসিদ মীয়ায় চল্লব খুরা চাওবন হৌদোরক্‌ই,

– করিনো রঞ্জিৎতুবু উদেন। মাবু য়ুম্‌দ লৈতবরা?

– হোয়নে উদেনে।

মহোয় অমনিসু হায়রক্‌ই।

– লৈ তাদ, ঐগ লম্বীদ থেংনরম্‌ই।

নহা অমন খুম্নক্‌ই।

– করিনো! মমাগী সেবাকা য়াওদ্রিবসিবো?

– খঙ্‌দে করি হায়দৌনো! ইন্দোল্‌ অহন্‌বী অসিসু লৈদি লৈত্রে। ঙাংবদ ওম্থোক্ল খৌখাক্‌ নাইখিদ্রে। মবুক্‌ লোম্‌দবগী ৱারৌনদবনি। অমঝিনগ ইপঙ্‌ পঙ্‌বনে। মমাগী সেবাসু মান মরুওইন তৌবনি। অনাব মমাদুগ য়াম্ন ঙাংনখি হায়ন তায়। কম্‌দৌরিবনো খঙ্‌দে।

নহা অদুন খুম্নক্‌পনি।

– অদু ফন ওইদুনসু, সিব হায়বসিদি অরোইবনিনে। অমুক্‌ হন্ন ফং-ঙরোইদব। ঐ থবক্‌ তৌগে থোরাইমচাদু। খঙ্‌নি।

অতাবসিং অদুসু কনান হায়,

– য়াওদসু কৈদৌই হায়গে।

কনান সোম্লি,

– নুংঙাইতদুন তৌরিনি।

কনান অমুক্ হায়,

– য়াওফম্ থোক্ইন করিনো মমাগীবু।

খরন অমুক্ হায়,

– মী ওইন থানপোৎ নত্তেদ।

অসুম্ন ময়াম্ অদু মতম্ ঙাইদুন লৈ। মৈরী অদুসু হুমাই চঙ্‌দে। মৈচাক্ ফন্ন চাক্‌লম্‌ই।

* * *

সোরাৎ মতুংনি।

নোংম খুরা চাওবন বঞ্জিৎকী সাগৈগী ময়াম্ব অম পুদুন লাক্ই। রঞ্জিৎপু ঝারকুবনি। কর্ম্ম মমাংদ অমুক্ অনিরক্ ঝাফম্‌দু হৌদোক্‌লুববনি। রঞ্জিৎন সিখাঙ্ খাঙ্‌খি। মনা মনিন্ নাইদন নম্‌সিনখিবনি। খুরাসি রঞ্জিৎকী মনে লৌব মাম্মনি। মচীন্ হায়ফেৎ চৎচবনি। মমাক্‌পু উবদ হায়রক্ই,

– হাই রঞ্জিৎ হায়ব! নঙ্‌বু করিনোনে নমাগী থৌদোক্তবু সুক্য়াও য়াওদ্রিবদুবো নয়াম্বগীদ তৌই হায়দুন য়াওদ্রিবরো?

– নত্তে, মাম্ম ঐ য়াওনিংদব অম লৈদুন .... ....।

ইচম্ চম্ন খুম্নক্ই।

– করি! য়াওনিংদব! য়াওনিংদবগী মরম্ হায়য়ু। নৎত্রবদি নঙ্ সাগৈন ইম্থোক্কনি। হরাও কুম্‌হৈরো তৌথ্রিবদো?

সাগৈগী ময়াম্ব অদুন সাওন হায়রক্ই।

– তৌনু তৌনু। মী ওইন পোক্অগ চৎনরোল্ য়াওদব হায়বঝি মী নত্তেকো। সানি। সা ফাওব মমা নুংসিব মতম্ খঙ্‌ইবনি। নঙ্‌বু করিনো! ঐ ফাওব য়াওন হন্ন হন্ন হায়রে।

খুরাদুন হায়রক্ই।

– মাম্ম ...........।

– ইস্! নঙ্‌বু পোক্ইব নমাবু ..........। ফন্ন লাউন-খোংলরবসু সিব নাব হায়বঝিদি হায়নরিবনি। করিগী য়াওদ্রিবনো হায়য়ু। মরম্ চারবদি ফৈ। নৎত্রবদি নঙ্ সাগৈগ পুন্‌ব য়ারোই হায়রিঝিনি।



রঞ্জিৎকী ঙাংনব মতম্ পীদন ময়াম্ব অদুন হায়।

ইম্নোক্প হায়ব থম্মোই সোক্প ব্বাদু তাবদ রঞ্জিৎ অদু তরেৎ তরা থোক্লা খল্লে। তরেৎ তরাদ নৎত্রে। মাগী লৈজব মরৌসিংন লিসিংলক্ খল্লে। মাবু লাল্লি হায়গে হায়রসনু ব্বাফম্ অদুদি হায়দোক্লরোই।

অমরোম্দন মাগী মাম্মন তক্স্নিক্রি; অমসু অমসু তাইসিন্নবব হায়দুন,

– হায়য়ু হায়য়ু নঙ্গী নিংব থুংদব করি লৈরবগে?

– ঐ করিসু তৌদে। য়াওবদ কিদুন তৌজবনি। ঐবু ঙাক্পিয়ু।

– নমাগী মথৌ মঙম্ তৌববু য়াওনিংদব য়াবরো। অদুবু হৌখ্রে। মরম্দুদি হায়য়ুমদন। মদুসু য়াদে। নঙ্ ময়াম্সিবু কিদ্রেনে হা? নঙ্বু সাগৈন ইম্নোক্লনি হায়রি। নুংঙাইগদ্রাও। সি তৌবনি হায়বদু ময়াম্দ হায়য়ু। হায়জরগ করিগী য়াদনি।

– ময়াম্বুঝ্ন কিজে। অদুবু হেন্ন কিব অম লৈবননি। ঐসু ইমাবু নুংসিরিবনি। অদুবু .............।

মখা তাদ্রে। ইঃ আঃ তৌদুন লৈরে। মিকুপ্তুদ অসেংব ব্বাদু হায়দোক্সিরা খল্লক্ই। অদুবু হায়দ্রে।

তক্লব য়াব তক্লরে। অদুবু লাইখায়দি তাদরে। ঙাইহাক্ তুমিন্ন লৈ। মমৈদ সাগৈগী ময়াম্ব অদুন হায়রকই,

– *হৈ হৈ! নঙ্ নুঙ্ ওল্লে থমোইদু। ময়াম্সিবু উসিত্রে নৎত্র? নুমিৎ হুন্নি মতম্ পীগে মুন্ন খল্ল। সাগৈ অমুক্ হন্ন তিন্নগনি। খুন্দসু খঙ্হন্গনি। নঙ্ যান্ন ফত্তব মীনি।*

অসুম্ন য়াম্ন সাওন ঙাংলম্লগ খুবা চাওবগ লোয়নন চৎখ্রে।

অচিক্প মতম্নি। রঞ্জিৎ ব্বাখন্ন উংদুন লৈ। পম্লেপ্ফম্ খঙ্দে। করি তৌসিগে খল্লি। মথন্ত অচুম অরান্গী খল্ ওল্লক্ই।

“ঐন হন্দক্ তৌরিব থৌওং অসি মীমাংদদি লাল্লি। অদুবু অদুক্ লুব ব্বাফম্ অমবু করম্ন তরাইন লৌগদগে। কলি হায়ব জুক্সিদ মদুগী ফল্ ফংলোইদবদি খঙদ্রে। লৈকায়ন, খুঙ্গংনে তাম্নোক্পিরে হায়ব ফজদব মিংচৎ ফংবন ফরবরা! নৎত্রগ অসেংব ব্বাফম্ অদু হায়দোক্কুন ঙ:ক্পিনব হায়জবন ফরদরা।” চাব থক্প

থবায়নদরে। তুম্দ্রে। হিপ্ত্রে। মমিৎত মমাবু উরক্‌ই। উবগ ৰাহৈসিং অদু হন্ন হন্ন তাবগুম্ তৌই। তা-ন তা-ন কিব অসুম্ হেন্গৎলক্‌ই। অদুগ করিগুম্ব খঙ্হৌদন সোল্লক্‌ই "মীন খর ঙাংলরবসু ঐ সিদি সিদ্রেদন।"

নোংদম্বগী করম্ব নোংদমখোন্নো রঞ্জিৎত তম্নিব কন্নাসু খঙ্ব ঙম্দে। লৈকায়গী মীসিংন চিবোন চিবোন ঙাংনৈ। রঞ্জিৎত্তু মহোয়গী সাগৈন ইম্বোকদৌরে। মমাগী কর্ম্ম য়াওদবগীনি হায়নৈ। অসেংবনি, ৰাফম্ অসি তরাইব অম ওইদ্রে। লৈকায় অমদি সাগৈ তিন্নদুন থন্নরে। মতুংদ কন্নাগুম্বন মতৌ তম্দনব হায়দুন। অমগ অমগ অঙম্ তান্নরক্‌ই। ৰা হৌদোক্লুব খুরা চাওবদু নুংঙাইরক্তরে। ৰা ইঙাং ঙাংখিদবে। কবিনুংগী য়াওক্কবনো খল্লক্‌ই। হৌজিক্তি সাগৈন মপুং লেপ্খরে।

অমবোম্দ সাগৈগী মরক্তসু মোৎ খেন্নব যাওরক্লে।

– ময়াম্গ মান্নদে খঙলব মী অসিগ মান্নরুদুন কৈদৌগদগে? অঙাওব তানব ঐখোয়সু। ঐদি যাওজরোই।

অমন হায়বক্পনি।

থৌদোক্ অসি হৌবদগী যাওরক্প সাগৈগী ময়াম্ব অদুদি সিখাঙ্ খাঙ্দুন লৈখরে। মচাক্ চাব মীনি। অয়াম্বন মাঙোন্দ তোংখরে। অদুন ময়াম্ তিন্নব অদুগী ৰারেপ লৌবে— রঞ্জিৎন মবাল্ হাযদোক্নুন ঙাক্পিনব হাযজবগা ঙাক্পিব। যাদ্রগ ইম্বোক্প অসিনি।

অমবোম্দ পঙ্জবব রঞ্জিৎসু মসাগী ৰারেপ্ লৌজরে. মাগী লৈজব থৌনাগ লোয়নন— সাগৈন অমদি লৈকায়ন পীব দণ্ড অদু লৌরগে।

মৈখেৎ মচৈ অমদগী চাক্লক্প মৈজাওগ চপ্ মান্নরে।

* * *

মথন্দ ঙাইরব মতম্ অসিদ রঞ্জিৎ অদু থমোইদ নিংঙ্দবগী মৈন মৈরী থোক্ল চাক্খৎলক্‌ই। মৈবী অমত নণ্ডে। অকোয়বদগী চাক্খৎলক্প মৈনি। মৈদুগী মৈশা খাঙ্ব ঙম্দ্রে। নুমিৎ থোক্লি উখিদরে। উপাল্ ৰাপাল্ চপ্ লেপ্খরে। উচেক্ ৰায়া খোংখিদরে। মালংব খোংদোই হুল্লক্তরে। নুংসা সোর ফুন্গৎলক্লে। মতম্ অসিদ সোব মপী অমতং সাংন হোল্লগ নোংদোন্থক্তা য়েংঙগ হায়রক্‌ই,

– ইমা, পঙ্লব নচাবু ঙাক্পিয়ু। ইমাগী ৰাহৈসিংদু নচান কিব্লরে। ইমাগী

সেবা মতোন্ লোম্খিদরে। বারৌবিনু নচাবু

মমিত্ত পিরাং সিন্থরক্ই, লেম্ন লৈত্রব পিরাং। লোয়নন লেপ্তন চুরিব কুম্গী নোংজুরক্ত নোংথাংগী তুংইন্ন খাক্রকপ অকিব নোংখাক্ খোন্গুম্ মাগী থমোইদ চুপ্রব বাহৈ অদুন— পাম্দব নোংজুগুম্ পাম্দব নোংখোংগুম্ হন্ন হন্ন তারক্ই,

– নঙ্ ইনাক্ত চঙ্ঙক্কনু। হেক্ চংঙক্পদ নখোঙ্দু পৎলু। ইসা হেক্ সোক্পদ উৎ ওইন তুম্মুকো নঙ্। ●

# হনুবীদি হিংহৌরি

থোইনু লৈত্রে! হনুবী সাবী লৈত্রে! মথং মথং ভাঙ্নরক্‌ই লৈকায়দ। পাউ অদু তাবদ কনান সোল্লি, নুংসিদ ইপঙ্‌ পঙ্‌ন মবুক্‌ সেংবনিদ! কনান হায়, চৎচত্রসনু অমুক্‌ পোক্রক্লব মপোক্‌ যম্ন। কনান অমুক্‌ হায়, অফব মীদনি লাইন পাম্ব! মান মান নীংব হায়নৈ। সোম্নে। ঐন খঙহৌদন হায়দোকখি, এঃ! নাই হায়বসু তাহৌদে!

থোইনু, মিং অসি তাবদ থৌদোক্‌ অম হেক্ত নীংসিংলক্‌ই। ঐঙোন্দ চুদুন লৈশ্রব।

ইচে থোইনু অসি ঐখোয়গ করিসু থোক্লদে। লৈকায়গী ইচেনি। অদুবু পোক্মিন্নবগ চপ্‌ মান্নে ঐঙোন্দদি। মানসু ঐবু মৌপ্পাদ মৌপ্পাগুম্‌ তৌই। কাউদ্রি, ঐন অঙাং ওইরিঙৈ স্কুল্‌ কাবদ হেক্‌ হেক্‌ থেংনৈ। থেংনব খুদিংদ ঐ থিন্‌বিগে। সন্‌-লোক্‌ লাক্লদি কম্‌দৌনি' হায়দুন হেক্‌ হেক্‌ থিন্‌বি। অদুগ স্কুল্‌ য়ৌরগ হায়রম্‌ই,— "লাইরিক্‌ কম্ন তম্মুকো। মরম্‌ মোক্‌পনি ইপ্পাদি। হয়েং চাওরগ অচৌব ওইদোইনি।"

ইচেন হন্খ্রগ ঐন খল্হৌই, মখোঙ্ সেক্রিঝি নাদমালে। ঐবু অমুক্ থিল্লম্মিঝে। মান ঐবু লুন তৌবসিগী মরম্ খঙনিংখি। নোংম, ঐন জ্ঞান হাইফেৎ তারক্প অদুব্বাইদ ইমাদ হংখি,

– করিগীনো ইচে থোইনুন ঐবু অসুক্ লুন তৌরিঝে? মখোঙ্ অসিন কৈদৌরিনো?

– মরাইবক্ থীব হায়বদু অসিনিনে। নঙগ নোংমতদ পোক্প মৌপ্পা অম লৈরম্ই। কুম্ অম মচিন্ মৌপ্পা অনিমক যাম্ন কন্ন নাখি। মরাইবক্ থীদুন মৌপ্পা অদু লৈখিদ্রে। মৌপ্পাদু নঙগ যাম্না মানৈ হায়দুন লুন তৌরিবনি। মাগী মখোঙ্ অসিস্ নাবদ চিংখিবদগী সোয়রিবনি।

ইমাগী ৱা তাবদগী ইচেবু হেন্ন নুংসিবক্খি। অঙাং ওইবিঙৈদুদ ঐন নীংখি, চাওরগ ইচেগী অঙম্ব মতেং পাংগে।

থোইনু অসি লৈকায়গী নহাসিংগী ইচেনি। মসক্ য়াম্ন ফজৈ, অদুবু তম্থিবব লায়না অদুন মাবু সক্ থীহন্বিবে। সক্ ফন্ন ফজববসু লাইথোক্ অমুক্ত লোই হায়বদু হেক্ থোক্খি। নোংদম্বগী অঙক্প নোংদম্খোন্নি। হৌজিক্তি সিবসু য়াদ হিংসি করম্ন! অসুম্ন পুন্সি লেপ্লক্ই। নুংঙাই যাইফন্ব ইমুংদ কে-মৌন লৈজগবদ সক্ অদু ৱারক্কী কুণ্ডোগুম্ অবেম্বদ মাঙ্জবে। জাঁপ কাব খোঙ্নেৎনব ইমুংদ পোক্লম্লবদি গম্লাগী লৈবাংগুম মকা লাম্লমগদবনি।

হৌজিক্তি নুপী ওইবীগী মমা ওইবগী মতম্ লিংখিদৌবে। অদুন অপাম্ব মিহৌব যাওদ্রব ইচেন হিংননব লান্ফম্দ অঙম্ব থবক্ সু-নোমদুন ইমুংগী মতেং পাংলক্ই। লৈকায়নসু নুংসিবিদুন মান ঙম্গদব থবক্ খুদিংদ যাওহন্বি। অসুম্না ইচে থোইনুন পুন্সিগী লান্ সোক্লবক্ই। মহাক্ অসি য়ুম্বান্ হৈবী সরী অম ওইন ইমুংগী কুপ্নোম্ পুম্নমক্ খঙ্ই।

নুমিৎ অদু ইচে থোইনুন করি হায়ন খল্লদুন অদুম্ন তৌখিবনো খঙ্ব ঙম্লখিদে। অদুবু মমিং অমদি থোন্বিরে ময়াম্ন— হনুবী সাবী। হনুবী সাবী থোইনু! অদুন লৈকায়গী কন্নাগুম্ব মৌপ্পাসিংন ইচে থোইনু কৌরম্বদগী ফাগি ওইন ইচে হনুবী হায়নসু কৌনখি। করিসু কায়দে। কৈন ময়েক্ মাঙ্বরা। অদুবু থবায় য়াওদব হনুবী অম লৈরি হায়বদি ঐ নুমিৎ অদুদ খঙ্খি।

লব্রায়দ পোক্চরবসু লাইরিক্ লাইসু তম্দুন সহরদ লৈবদগী লৌউবগী অকুপ্প ৱারোল্ মুন্ন খঙ্দে। নুমিৎ অদুদ চাক্ঙাই ৱাবীগুম্ মাম্ম তোলেন্ন লৌরোই

বারী লীবদগী অদুগ ইচে থোইনুগ ঙাংনব তাবদগী খর খঙ্হৌবনি। পারা অম ফাহৌই মখোয়গী বারীদগী। অহল্গী অমাংবন চক্ষু মৈম্নে হায়বদুনি। ঐদ নত্তে, লৌমী নত্তব নহারোল্ অয়াম্ব খঙ্দবন মসিং য়াম্লম্মনি। অদুগ নুমিৎ অদুদ ইচে থোইনুন অদুম্ন থোরক্লমদ্রবদি ইনাৎকী ওইব য়াম্ন মরুওইব পোৎসক্ অম মসক্ খঙ্দন লৈরম্গনি ঐ। ইচেদি মাগী ফাগি তৌগনব মহৌসা ময়াম্ অদু নোক্লব তৌখিবনি হায়বসি কাইনথংদ খঙ্লক্খি। ইচেবু খঙ্দব ময়াম্ অদুনা বা-বা নোক্লক্প অদুদ ইচেদু কোম্ন ইকাইবগুম্ তৌখি। মান খঙ্হন্নিংলিব অদু মখোয়ন খঙ্ব ঙম্খিদবসি অবাবনি। ঐ য়াম্ন নুংঙাইখিদে। কনাগুম্বন ইচেবু পঙ্ই, পেং চোই হায়রবসু ঐঙোন্দদি পঙ্ম্লানি, পেংম্লানি।

* * *

নোংম, ঐখোয়গী লৌ যৈব নুমিৎনি। লাংবন কাবনি। ময়াম পুম্নমক্ মাগী মাগী সিম্বা পাঙ্থোক্লি। অখঙ্ অখঙ্ব বাবী হৌদোক্লুন লীনৈ। ফৌবী হাইবন অবৈব থৌনা উক্লুন চবৈ চেৎন লাক্লব ফৌবীদু দম্ দম্ ফুরি ফক্লেন্দ। চৈবোং পাযবন চৈবোংগী বুপ্ বুপ্ তাম্বা পীরি। লোয়নন চক অদু থোঙ্ন কাওব যৈব মথক্ মখা ওম্ন পুবগ চক কম্বীদ পীসিল্লি। চক কনবী মৌ, ইমা ইবেনসিংন কম্থোক্লগ চক পুম্লিব নুপাদ লানসিল্লি। থৌনা ফব কনান চকদু খুৎলৈ থুন পুন্সিল্লগ চক কম্বান পুরক্প ঙাইহি, চবৈ ময়া কাদুন। তপ্চবী ইচে থোইনুসু মৌগী সিম্বা পাঙ্জবি। অসুম্ন ফক্থক্ত লৈরিব ময়াম্ অদু বা বা লাঙ্দুন থবক্ সুবি।

লৌ যৈবগী থবক্সিদ খ্বাইদগী সীঙথানদবদি খুদাপ্ খোম্ব, ফৌবুল্ হোনবনি। নহা ওইরিব পাখঙ্মচা লৈসাবী মচাসিংগী থবক্নি। মখোয়গী থবক্ অসিসু তরাইবদি নত্তে। ফক্থক্ত লৈরিব ময়াম্ অদুগী থবক্ বাত্তনব মখোযন পীবিবনি। মখোয়গী থবক্ লোইবদ লৌ যৈব লোইগদৌবিবনি। অদুবু অহল্ ওইবসিং অদুন যৈনব খজিক্তং রাৎলক্পদ 'পুখৎলকও' হায়ন হেক্ লাওই। খজিক্তং য়াম্ন পৈবদ 'যাম্মম্লে ঙাইহাক্ পোথাও' অমুক্ হায়। মীনাইগী থবক্ খুৎসুগুম্ই। অদুবু নহাসিং অদু সাওব তৌদে। থক্সি খাসি নাইন চৎলি।

অসুম্ন অহান্ব খুৎয়েন্গী কান কুপ্থরক্লুন মনম্ নুংসিন হাওরক্পগ লোয়নন লৌ যৈবগী থবক্ অদু নাক্ য়েৎ হোহন্দন কম্ন সুনরি।

পোথাব হৌগৎপ কুইদরি। খুম্লং পুম্নমক্ অনৌব থৌনাগ লোয়নন থবক্ কম্ন চাক্সিল্লক্ই। কোহৌহন্ব মাসু মরান্ মায়গৈ তম্লক্ই। থবক্ত লোরব

খুঙ্গাসিংবু অকন্ব মৈসা পীররোই খন্বগুম্। তপ্ন তপ্ন লাপ্থোক্খি।

মতম্ অসিদ মালংদ সিৎলুব মালংবন অৱাংলোম্দগী তপ্ন লিরি সিৎলক্ই। মালংবগী সহুম্ ফংবদ মাম্ম তোলেন্ন,

— লাও লাও লাও! লাইরেম্মা লাও লাও!

ময়াম্ অদু তুমিন্ন লৈ। ৱারী সাননব লোইরবরা। বানরবরা! মাম্মন হায়রক্ই,

— ঐখোয়ন নহা ওইরিঙৈদদি লাইরেম্মা কৌবসি ময়াম্ পূন্ন কৌরম্ই। ফৌবী হাইবন হান্ন কৌরগ মথংদ চৈরোং পায়ব-মথং মথং কৌই। মসিসু লাপ্ন তারবদি য়াম্ন নুংসিবনি। অৱা অনাসু কাউবনিনে। অদুবু হৌজিক্তি কয়াদ হোংলব? লাইরেম্মা কোয়বগী থৌরম্বুদি চত্থনরি। য়াম্ন সিধরে।

— থায়নদি কম্দৌরম্বগে মাম্ম?

ঐন হংই।

— লাংবন্ কাব নুমিত্ত কুম্ অমগী উরিব লৌফম্সিং অদুগী অরোইব থৌরম্ পাঙ্থোক্ই। ঙসিগী অসিদ উদবসু য়াওরিনে।

— করি করিনো হাযবিয়ু।

— খাথংবদ চেংদ য়েরুম্ কাংখিন্নদুন অথুম্ অহাও কৎপদ থারিব খুদাপ্ অসি লেম্ন মাঙহন্ব য়াদে। লোইরক্পদ মাগী মথৌ লৈরি। অদুগ লাংবন কাব নুমিত্তি ফৌ খুদাপ্ মরী মঙাদং ফৌদু কম্থৎলগ ফক্ চিথেক্ মরিদ অমমম্ অদুগ ময়াযদ ফক্তাই মখাদ অম নম্সিন্দুন থম্গনি। ফৌবী হাইবদ চরী তক্তনব খুদাপ্ মচা অমতং মতাইদ থম্গদবনি, মদুসু তৌব উদে। অদুগ হৈ মনম্ নাইব, চেংদ য়েরুম্ খিন্ব, লফোই চঙ্ থোক্প— ময়াম্ অসিবুদি অয়াম্বন তৌনরি। য়েরুম্ অসিসু কনান ঙানুগী, কনা অমন য়েন্ অমুবীগী মরুম্ খিন্নে। মসি মাগী মাগী লৌফম্গী ওইন ইপা ইপুন চৎনরক্পনি। লোয়ন ইসম্ সম্জিন্নরে। খয়োম্ লাক্ত্রবদি বেরা তৌব লৌফম্সু লৈরি। মদু লাক্থোক্লগন করিসু তৌদব। থিজিন্গদবনি। অখঙ্বদ হংহৌগদবনি। নুংগী ইচেল্ হংহৌগদবনি। নখোয়ন বিজ্ঞান্গী জুক্নি হায়ব চুম্ই। অদুবু বিজ্ঞান্ন য়ারক্তব মতাংসু লাক্পনি। বিজ্ঞান্গী জুক্ ওইরবসু ইপা ইপুগী মাইব মাইবীদি লৈরিদন।

মযাম্ অদু তুমিন্ন তায়। মখা তারক্ই,

– ফৌগৌব হায়বদু হৌজিক্তি ইতা তানদ্রে। খর লৈরগদি লোইন্ন মাঙ্খ্রগনি। ঐখোয়ন নহা ওইরিঙৈদ চৎনরক্পগ য়াম্ন হোংঙে হায়বগী ৱানিদ।

মতাং অসিদ ইচে থোইনুন,

– ফৌগৌব অসিসু মখল্ মখল্ লৈমাল্লে মাম্ম।

– চুম্ই ইবেম্মন হায়ব।

– পাম্বী ওইন লৈবিঙৈদ ফৌন সাৎলক্পদ কৌব। অদুগ ফৌ যৈরগ কৌব।

– তো, থিবু থিববদি, নৎত্রে ৱাবী তাক্নবদি হেক্ মখণ্ডিদন।

– মাম্ম, ঐদি ইপা ইপুসিংন চৎনবম্বসি মাঙ্হন্নিংদে। ফজ ফজব কযা য়াওবি। ফৌ কাবক্পদ ঐখোযন খোইজু লৈখাম্ থারিব অসিগী হৌবক্ফম্ লৈবম্গনি। ফৌগৌবগী মবম্দ 'ফৌগৌৱোন' হাযন লৈবগুম্ন। খোইজু লৈখাম্গী মৈখুন ওক্লগ অচুম্ অবান্ চাংয়েংনখিবগী ৱাবী থেংনৈ। মদুদগী লৌদুন ফৌ লাইবেম্মা কাবক্পদ অমাং অশোয থেংনবকপদু কোক্থোক্ চাম্থোক্লব মৈখু অদু ওক্প ওইগনি খল্লি। ঐগী মোৎনি।

-- ইবেম্মদি যাম্ন থিবম্মিনে। ফৌ কাবক্পদ খোইজু লৈখাম্গী মনম্ নম্বদু নুংশিবনিনে। অৱাব কোক্ইবনি।

– যাম্না থিজবদি নঙে।

– ফৈ ফৈ, অদুগুম্বদু লীথোক্লুন খঙদবদ খঙ্হন্গদবনি।

– ঐখোযগীদি কুম্ অমগী সোযদনব ঐন থৌবাং তৌদুন থম্ই।

– অদুনি, যুম্বান্ব হাযবসিদি ভুরেন্গী লৈঙোইদগীসু হেন্ন কুপ্ই হাযবিবনি।

ঙাইহাক্ বুপ্ বুপ্ লাওব মখোল্ নত্তুন অতৈগী খোঞ্জেল্ তাদে। মী পুম্নমব্ অৱাব খঙদন সুদুন লৈ। মাম্মন অমুক্,

– অদুগ ফুদিৎ লেক্প হাযবদু হৌজিক্তি তৌনদ্রেদো। লম্বী থোং ফবক্প, গাৰী মবাং কাযবক্পননি। মদুসু পুক্সিগী মথেল্ অমনিনে। নুংদাং চাক্ তোক্অগ অতোপ্ অতোপ্প লৌফম্সিংদ ফুদিৎ লেক্লরিব মীসিং অদুন যেন্সাং মথেন্ হংনৈ।

– "হো অৱাংদ ফুদিৎ লেক্লিব নপা থোরাইমচাও। থিবোং করি হাবগে?"

– হো নপু থোরাইমচাও কেঙোইগ উকাবী লৈরৌগ কাংসোই থোংঙে,

অরেম্ব লৈরি চাগেরাহে।"

অসুম্ন খোন্দ থীন অৱায় অখুম্ তৌনদুন লাওনবসু কয়ানি। মদুদ করিসু সাওনরম্দে। নোংঙাম্লগ খুম্লংন নৎত্রগ কাংপোৎ চিংদুন ফৌ অদু হোল্লি।

ৱারী তান তান য়ৈসিল্লক্পন লৌ লোইব খঙ্হৌদে। লাইরেম্মা কোয়রে। মদুসু কুম্হৈ অমনি। ফৌবুল্ হোন্ব নহাসিং অদুন ফৌবুল্ মচা মচা অহুম্দং পুন্গদবদু খর চাওরপ্ পুন্সিল্লম্দুন লাইরেম্মা কোয়রিব অদুন থোন্গৎপ ঙম্দ্রে। ৱাসু ঙাংব য়াদে হায়নৈ। উচিন নাচিম্ন থোন্গত্তুন পুরক্লগ ফৌবী হাইভম্দ থাধরৈ। মদুদ ময়াম্ন অমুক্ লক্লবিরি,

— "লাইরেম্মসি ফৌ পুব ঙম্দরে।"

ঐন খল্লি, অৱাবদ নুংঙাইব মখল্ অমনি।

ফৌবী হাইব, চৈরোং পায়ব ঙম্ন পোথানরে। চরু কন্বী সিংদি মথৌ চিঞ্জরি মথী মকুম্ মন্বদ। ফৌইন্তোপ্ পায়বন পাযব, হুমাই পায়বন হুমাই, ময়াম্ চঙ্দুন ফৌদু চীংদুম মচা সান পৈখৎলক্ই। মতম্ অসিদ,

— কন্নানো মসা নান্ব অমত হনুবী সাওনহে।

মাম্মন লাওরক্ই। মদু তারগ ইচে থোইনুন খল্লি, "কুম্হৈ তৌগে। তোঙান্নব পোৎপু মিং চপ্ মান্নন থোল্লিবসিবু .. ।"

কন্নান খোইনিংমান্বী সানব সেম্ সাবি। কন্নান হনুবী সানব হোৎনবি। কন্নান লাইদ কৎলুব অথুম্ অহাওসিং অদু য়েল্লি। অসুম্ন সুব যাও, চাব য়াও, পোথাব য়াও, চবাংনরিঙৈগী তাঞ্জা অসিদ ইচে থোইনুন কোকসেৎ ফজন সেৎলগ খ্বাংজেৎ মচি লাংদুন, খ্বাং কোল্লপ তৌরগ চরু মরুমদগী থোরক্ই। মাগী মতৌদু উবদ অমন হায়রক্ই, "করিনো তৌরিবদুবো?" মিৎ হাইফেৎ খৎলগ হায়রিব অদু তাসিন্নদন অসুম্ চঙ্সিল্লক্তুন ফক্থক্ য়ৌরক্পদ হায়রক্ই,

— মানৱা মান্দৱা খঙ্দে। ঐন হেক্ত সারক্এ।

থোইনুবু খঙ্দব ময়াম্ অদুন ৱা ৱা নোক্ই। "ওম্থোক্ ওম্থোক্প হায়দুনি" হায়রগ মাম্মসু মোমোন্ নোক্লক্ই।

তাঞ্জা অসিদ তাখোমৈন মসা নান্ব চরুগী সুম্জিৎ অম ফক্ **মথক্ত** সৎ হুঞ্জিল্লকই। * * *

ঙসিদি, চৎখ্রে হনুবী সাবী ইচেদো। অদুবু লৌয়েভম্গী হনুবীদি হিংহৌরি। কয়াম্ কুইন হিংখিনি! ●

# নিংসিংলক্প মিকুপ্তু

করিনো অদোম হায়রিবা করি লৈবমগে? তুমিন্না সুম লৈরিসিবু।
নুপাদুন হায়রককই।

— নঙনা পাম্বা অম লৈবমু।

নুপী অদুং সায়না হৈনিংদনা খুমই

— নঙনা পাম্বা ঐনি পাম্বগা মান্নরোইদে। নঙনে হায়বা অম লৈবমগে করিনো হায়বরো?

— ঐদি হায়ভনা হঙদে।

অসি হায়বগা যাম্না নুংঙাইতবা মওং থোক্না ফম্দুনা লৈ। নুংসুক্ নুংজাননা উই নুপাদুনা মোমোন্ তৌবগা নুপীদুগী চনীং মপাদা মখুৎনা তপ্না সোক্লগা হায়বক্ই,

— মসিগী ওইনা লৈবমুবা?

অসিবু ইকাইদমাক্লে।

সি হায়ববু করিগী ইকাইকনি হায়গে?

– নঙ্নদি হয়াওরিব। ঐদি ............।

অনি অদু বারী সারি। তমনি। মী তাথিনি মতাওম্, মীয়াম্ তিন্ব মকমদুদ। ভাইহাক্সু তুমিন্ লৈনে। থনেব মিকুপ্ত মমিত্ত পিগী ইরা চেনক্পদু তৈথোক্ই। লখীদ গারীগী মখোল্, মীয়ামগী খোঞ্জেল্ লেপ্প লৈতে। কনান নোক্ খেদুন পান্ দুকান্ মনাক্তা লেপ্পি। কনা কনাওফন মান মান চংকদবগী মরমদ বারী সারি। কনান মচা মসু থিদোক্পগী, মখোয়গী মহে মসিং তম্বগী মরমদ। অমুক্ কনান ললোন্ ইত্তিকী মরম্দ। অদুগ কনা অমন নহা ওইবগী বারী— ভাইহাক্তা চীক্প লৈত্তব গারী পার্কিংনি।

নুপা অসি জাদুমনি কৌহ। চহী নিক্ু অদুবাইগী মীওইনি। চাও-সাংই। কুলৈ কুচুনি। মসাদু য়াম্না থীঙ্ন উই। নুপী অসিনা চহী কুন্থ্রাগী মথক্কি। মাসু চাও-সাংই। মসক্ ফজে। চুং-ফীয়ান্ চায়। মুন সাংলব মসম্ অদু ময়ায়দ অমত্তং চাওকি কিয়গ থাথরিবদু অপাব ফি অদু ফাওন উই। কুচুদু ঈ পারপ্ থাংবগুম্ তোঁহ। মাবু উবদ মরীমতা ওইনিংবগী বাথল্ অম থমোইদ ফাওহল্লি।

নুপা অদুন অমুক্ হায়রক্ই,

– থা মঙা থজিত্ত হেল্লি হায়ব নত্তরো? য়াম্না বাথল্লি। চিথি তোয়ন ইরক্লে। নঙ্সু হায়নিংবদু হায়রক্উ। লাপ্প নীংনেব হায়দুনি। নঙ্ ঐগী লাইবক্লনি।

নুপীদু খুম্নক্তে। নুপা অদুগী য়েংজুম্দ চুবান ভাবগুম্ তৌরগ ওইনবগী মওংদ ফমলি। পুন্সিগী অরোইব উনবগুম্, থমোইদ চৈনা ফাওরক্ই। মরক্ মরক্ত পি তৈথোক্ই। তাইবংপান্ব অসি মখোয় অনিথক্কী তাইবংগুম্ন উই। নুপাদুন নুপীদুগী লুখম্দ নান্বগুম্ পায়বগুম্ সোক্ই। মখোয় অনি অচাপোং চাবগী মকুম্ মরাং নুপীদুগী ফনেক্ মথক্ত পক্লিবদু নুপা অদুন কহোক্ই। অদুগ তপ্প অমুক্ হায়রক্ই,

– নঙ্ন অদুম্ন লৈরবদি ঐ চৎপ ঙম্মোইদৌরি। সে করিনো অম লৈরুগে। নঙ্ হলহৌনব তৌরো।

নুপা অদু হৌগথখি। নুপী অদুন মঙ্ হাগুম ফম্লি ..........।

* * *

"চাওবী চাওবী।" কনাগী খোঞ্জেগ্নো তাঞ্জাসিদ, খন খন থোরক্ই চাওবী।

মন্দোন্ থরোসংবীন চুরিঅভম্দ লেপ্লুনে লৈবদু উরকই। মন্দোম্চা উবদ নোংম হায়খিব বা অম নিংসিংলকই। মদুগী বাকম্দু সোয়ম্না ওইরম্গনি খল্লি। হায়রকই,

— করি হায়গে ইন্দোম্চা? কাখৎপিরকউ। কনাসু লৈতে।

থরোসংবী কাখত্তুন কম্ই। বা ঙাংদে। মসক্ মতৌম বাঙবী মচা অসিন ময়ুম্ পান্দনা লৈবদু নুংঙাইত্রদুনা ময়া অমতং থিরকপ কুইরবনি, ময়া ওইব য়াব লৈরদুন বারী সাব লাক্ইবনি। নিংঙম্দব থৌদোক্ অমদগী চাওবীগী মপা মমাসু মচাগী ময়ুম্ পান্‌বগী মরম্দ করিসু খন্দবগুম্ লৈরে। মবুক্ সেংদব নুপা অমন ফাবগুম্-চিংবগুম্ তৌদুনা ফজদব মিংচৎ অম থম্বিরম্বদগী মরাইবক্ থীদুনা লৈবনি। মন্দোম্চাদ অমুক্ হায়রকই,

— করি হায়গে ইন্দোম্চা?

— হায়, ঐন নোংমে হায়রম্ব অদুগীনিনে। নিংতোম্ব মপাম্দ লৈব হায়বসি ফজব নত্তেনে। নঙ্ অসি অরেম্বদ মাঙ্খ অরে। মী হায়বসিদি ঙাংনেগেদনি। মতম্ হায়ব অম লৈবনি। ইচে-ইতৈথোয়সু তানগে লাক্পনি।

— ঐবু খঙ্ব কনান লৌবিরদগে ইন্দোম্চা? মৈসা অমুক্ লাংদৌ সরুক্ অসুম্ লৈজরগে। ঐ করিমত্ত খল্লে।

ইকাইজবগুম্ দৌন হায়রকই।

— করিগী মৈসা লাংঙুনি হায়গেনে। ঐ নহাল্ নম্বোলদ চৎলুই। ঐথোয় লৈকায়গী ইনম্মা অমগী মচা অমগী মৌ থিবগী বা ঙাংলরম্ই। নঙ্গী বা হৌদোক্উবনি। নুপা অদুদি অহল্সিংনে সীম্ব অম হেক্ত য়ারে হায়মাল্লে। নঙ্গী বা হংলক্কে হায়রম্ই।

চাওবী তুমিন্না লৈখি। মন্দোম্চাগী বাদু মওল্ মওল্ খল্লি। করিগীসু খল্লোই। মসক্ মতৌ বাংপ নত্তে। সেন্নহৌদব মিকুপ্ অমদ মিংচৎ থীখিবনি। হৌজিক্ সরী হায়ব মিংথোল্ ফংগদৌরে। হক্চাংগী ইঙ্গিৎ পুম্ব লেপ্খরে। মতম্ অসিদবু মাগী য়াইফনব হোৎনবিরিব মন্দোম্চাগী বাবু থবৎ কক্থৎকদরা হায়রকই,

— ইন্দোম্চা, ঐবু মুন্না খঙ্লবদি পাম্বিরোইদ। হয়েং অমুক্ চোগুন ............ ঐগী মরম্দ সেংনে হায়বিরম্বরা।

— হায়রম্দে। করিগী চোগুনি হায়গে। অহিং লেল্লুবসু নত্তব। ঐন মসক্ খঙ্ব অঙাংনি। ঐঙোন্দ ইনে ইনে হায়দুন উনব খুদিং কৌরিবনি।

ঐন হায়বদ য়াগদব অঙাংনি।

– ইন্দোম্চাখোয়গী মরী-মতাবো?

– মরীদি নত্তে। লৈকায়গী মীনি। অদুদ বা অমদি লৈহে। অঙাংদু সিফাই চংঙে হায়। হন্দক্ত থোবক্লম্মালে। সিফাই ওইববু কৈদৌই হায়বগে। চুম্ সো নঙ্ন পায়দৌবিনি। মপা মমাগ মচন্নুপী অমগ মখোয মবিদ লৈবনি।

– অদুবুদি নুপাগী থৌদাংনি। লৈবাক্কীনি। লৈবাক্কী সেবাদি অথোইবনি হায়নবিবনি।

– অদুদি নঙ্ মুম্ন খল্লু ঐ সীগ্লক্কেকো। নঙ্গী ফত্তনব ঐন সীন্গদ্রহে।

* * *

জাদুমনি লাইখিবী অমগ মচা অথক্ খবগ পদুন লাক্ই। মহাক্ হেক যৌবক্পগ মাগী নুপীন হাযবকই (মোমোন তৌবদুন)

– থেঙগ্রনি চৎনব তৌবিবো। ●

# সঙাইসেল্

অযুক্কী পুং তরামুক্ তারম্লনি। নোংন অতিয়া সীন্ন মংলি। মায়গৈ অমদদি অমুব নোংদুম্ন অতিয়াদগী কিম্থদুন তারক্কদৌবগুম্ য়াম্থদুন লৈরি। মতম্ অসিদ থাসনা পোখাফম্ খঙ্দব পোৎলুম্ অম পুরদুন ময়ুম্দগী থোরক্ই। নুমিৎ কযানি পুরক্লব পোৎলুম্নি। থাসি কদাই। থানুসি কদাই! লুম্বদি অসুম্ হেন্গৎলক্ই। মসিগীদমক্কি কঙাওনন থোবক্লিব— দাক্তরগীদ চৎসিরা! মাইব তানরুসিরা? কদাইদ থারুসিগে? থাদবদি য়াদবনি। কদোম্দ চৎসিগে। মওল্ মওল্ খল্লক্ই। কঙাওনন গারী তোংখৎলি। গারীদ ফম্ন ফম্ন রাখল্গী ইপাক্ত ইরাক্লরক্ই। খঙ্হৌদন ইযাই য়ৌসিল্লক্ই— "মচা ফংজবী মমা ওইবীসিং অসি কয়াদ নুংঙাইরিগব! ইমা হায়ব রাহৈ অসি ঐগীদি সকক্ তম্লমদ্রবোই! মচাগী মতৌদ পোখাজব হায়বদো ঐগীদি কদাই! – ফংলনি খল্লুই। হেন্নদুম্ অরাব পীরবে। – ওম্লোক্পগী লাইবক্কিদ।" অসুম্ন খল্লক্প মিকুপ্ অসিদ মাঙ্গী সিত্ত ফম্লিবী মৌনহা অমন মচাবু ফীজিন খুম্জিন্দুন খোম্লাং ইল্লিবদু উরক্ই। উরুব মিকুপ্ অসিদ থাসনা মমা

ওইব ফংজরে। বাঙ্গোল্ সঙ্গদ লৈখরে। চহী তরা হেন্ন য়ুম্ পান্নক্পদ মচান চুপ্ন ফংলক্ত্রব খোম্লাং অদু মিকুপ্ অসিদ চুপ্খরে। তুক্কচবগুম্ হঙ্গোইবগুম্ হকচাংদ ফাওখরে। মমা হায়বদো অসি ওইরে নিংখরে। অসুন্ন নুপী ওইবীগী পুক্নিদ চহী নিফু তান্খৎলক্প মতম্সিদ মিকুপ্ অমতং মমা ওইব ফংজব অদু ভারা লৌব নুপামচা অদুন মমা মচাবু সেৎনহন্বিরে।

— ইতৈম, ভারা অমুক্ত পীয়ু। উইরবরো?

মিৎ খংসিং সিংই।

থাসনান অসেংব মমা অম ওইনব হোৎনরক্প অদু করম্ন কাউগনি —

চহী কয়া মপুরোইবগ তানদুন লাক্ই, অঙাং অমতং ফংজরবদি নুংঙাইনিদ! অদুবু ফংব লৈতে। লৈবাক্ অসিদ লৈব য়াম্ন হৈরে, য়াম্ন ঙম্মে হায়ব মাইব কয়া তানরুরে। থৌদৌ লাংদৌ কয়া তৌখরে। আজা পূজা মসীং নাইখিদে। অদুবু উত্ত ঘী হৈবগ মান্নরে। নোংম মনেম্বোক্ল হায়রম্ব বাহৈসিং অদু থাসনা খক্ কাউব ঙম্দে— "ইবেম্মা, ঐবু ইস্ অম ফাওব উব ফংদন অসুম্ সিব তারবরা?"

মতম্ অদুদ থাসনান খুম্নব বাহৈ লৈরম্দে। খর লৈরগা মনেম্ অদু লৈখিদ্রে। মনেম্গী নিংব থুংহন্ব ঙম্খিদরে। য়াম্ন নিংঙম্খিদে থাসনা।

মতৈ মনাওন মচা ফংনবগী মতাংদ বা তানদ্রিব হায়ববু দাক্তরগী লম্ অসিদ মঙাইরে। খুঙ্গংদ লৈজরবসু মখোয় তাবদি তায মীন ঙাংনব দাক্তরন অঙাং লৈতব মীবু লৈহন্ব ঙম্ই।

নোংম থাসনা মপাম্দ চৎলুই। মমান পাউ থারক্পনি। মপাম্দগী হম্নক্প মতম্দ মায়থোং মকা লাম্ন লাক্ই। নুমিৎ অসিগী মমাংদ অসুন্ন নুংঙাইব মতৌসি খক্ উখিদে। মহাক্ অসি মবুক্ত বা থম্ব হৈগন্দবী দ্রো দ্রো লাওবী নুপীনি। ফাগি জুগাই হৈ। হায়নিংবদ পন্গন্দে। য়ুম য়ৌরক্পগ মপাম্দগী পুরক্প পোৎসিং অদু লোইসিন লোইসিন্ন মপুরোইবদ ফাগিগুম্ন হায়রক্ই,

— অদুবুরো, ঐ ঙসিদি থবায়ঝি য়াম্ন নুংঙাইন লাক্ইপোৎনি।

— করিগীনো? থায়নগীক থেংনরক্পরো?

— চৎলোদ। — অসিবু বানেন। বো অনৌব আসা অম লাকএ। ঐগী অনৌব বাহৈ অম লৈরনিয়ে!

অসি হায়রগ নোক্মি নোক্মি তৌরদুন মপুরোইবন করি হায়রক্প ঙাইদুন

লৈ। মনিহারন হায়রক্‌ই,

– খঙ্‌ঙে, খঙ্‌ঙে। কান্নদব বা ওইরিনিয়ে। কয়ারক্ হন্ন ঙাংনখ্রব।

– হন্দক্তি য়াম্ন থাজে ঐদি। মী অমসু উনরক্রুবনি।

মমিৎ য়াওন নোক্রুদুন থাসনান হায়রক্‌প বানি,

– করিনো হায়রোনে তারসি।

– য়াবিগদ্র সোয়দন?

– হোৎনরুব পুম্ব কান্নব ফংদ্রবদ বারুবগী করি কান্নগদগে? কান্নদৌ ওইরবদি করিগী যারোইদগে।

– হন্দক্তি সোয়দন লৈরনিয়ে ঐগী অনৌব বাহে অম – "মহোই মপা"। ঐখোয়গী অবাং থংবগী ইনম্মদো দাক্তর তানরুই হায়য়ে। অমুক্ত ওইদব ফীভম্‌দ লৈহৌই। মাদি অনি অহন্নক্ চৎলুই হায়, দাক্তর উনব। হৌজিক্তি থবক্ কন্ন সুগনু। কা হেন্ন লেঙ্ ওৎপ তৌগনু হায় হায়দুন ঐখোয় ইনম্মদো মহারানীগুম্ন লৈহৌরে। ঐ বারী পুম্ব কুপ্প সারক্রুবনি। মহোই মপা ওইদৌরিবে বাদ মঙাইরে। ইনম্মদো উবিরদি ঙক্কনি। – অসুক্ কুইন লৈরুরগ।

অসি হায়বগ লোয়নন মাগী থমোইদ য়াম্ন থাজবগী মমি তারিবদু মাগী মায়থোংদু উবদ খঙ্‌ব ঙম্‌ই। থাসনাগী মতৌ অদুদ মনিহারন তপ্প হায়রক্‌ই,

– থাজ থাজরব কয়া হৌখ্রবনি। অদুবু, কান্ননিবু হায়রবদি য়াদুনদ লাক্রবনি। ঐ —।

বাখলন্দ লুপ্তুন লৈখি। মাগী নুপীগী বাসি মওল্ মওল্ খল্লক্‌ই,— "লৌঝিরা লৌগুম্‌ঝিরা!"

মনিহার অসি খুন্নুংগী মী ওইরবসু মীন ঙাংন-সক্লব তায় খঙ্‌ই। মহাক্ মপান্ ইথোক থোক্তব মী নত্তে। অদুবু, "মাগী ওইব" অদুদংগী খন্দুন অসুক্ কুইবসি লৈরক্‌পনি। মচা ফংনব হোৎনবদ লুপা কয়া চঙ্‌খ্রবনি। করিগুম্‌দ খল্লক্‌ই,

– "দাক্তর তানরগ, হিদাক্ কাপ্পগ ফংব মচা হায়বসি পাম্‌জবগী হোৎনবনি। মুন্ন খল্লুরবদি সাগে জাৎন কনানো? মদুগী ইরীন কনানো? কয়া কুপ্প থিনবগে? মদুন তুংদ করি মহৈ লাক্‌প!"

অসুম্ন খল্লুবদ ৱাখল্ল ফুম্বংনরক্ই। অদুবু তরেৎ তরা থোক্ল খন্বমখৈ খল্লুরগ মনিহার চপ্ চান লেপ্লে— মাগী নুপীন মকুম্ মথা সুরক্পদু অমুক্তং য়েংঙগে।

* * *

ঙসিদি থাসনা পুক্লিং মকা লাম্ই। অনৌব আসা অমগ লোয়নন ইমুংগী কুপ্লোম্ ময়াম্ দু প্রব্রপ লোইসিল্লি। মপুরোইবগী অয়াব ফংজদুন দাক্তর তানব চৎপসি ঙসিন অরোইব ওইন খঙ্লনি। চাংয়েং তৌবদ মাঙোন্দ অসোয়ব লৈতে হায়রক্লবনি দাক্তরন। সেম্ সাব লোইরে।

মনিহার মগী নুপীগী মতৌ অদু অমুক্ত উদ্রিবগুম্ ঙসাইমখৈ য়েংদুন লৈ। থাসনা হায়বী নুপী অসি য়েংবদ নুংঙাইব নুপীনি। অচৌব মী মরক্ত চঙ্ঙবসু চাওন উব। ময়ায় ওইব মীরক্ত চঙ্ঙবসু হেক্ ময়াব নুপীনি। হাক্ল চাওদে। হাক্ল পীক্তে। চুঙ্ ফীরাল্ চায়। নুপী মসেন্ন উরগ মসক্ ফজে কল্লক্লব, নুপা ওইবসিংন য়েংঙগ মিহৌনব সক্ফম্নি। মাগী মুরব সময়াম্ অদু নীংদু হেল্লপ্ তৌই। মাঙ্দ নত্তে, তুংয়াম্সু ফজে। অদুক্ হাক্ল কেদ্রবসু ময়ারব সক্ফম্নি। নৌন য়ুম্ পাল্লক্পন সক্ফম্সু নৌন অদুম্ উরি। মান চৎলম্দাইগী মকে সেম্বদু উবদ মনিহার অদু মাগী নুপীবু মীগীগুম্ন খল্লুরি।

লাংগদব পুম্ব লোইরদুন থাসনান মনিহারদ ওন্সিন্দুন "চৎলুখিগে" হায়রম্লগ থোক্খি। মাবু য়েংন যেংন মনিহারন খল্হৌই,— সোযরিবসি নঙ্লা ঐবা খঙ্লনি।

জগোই সাব হৈতব মীঝু করিগুম্বদ কন্নাগুম্বন সাব জগোই উবদ ৱাখল্লদ ওইরবসু সাব যাওরুই। কুম্গী অহান্ব নোংজুদ ময়োল্ চোংব ঙম্হৌদব পাম্বী কয়াসু কুম্মৈদ ময়োল্ চোংলক্ই। মতম্ কুইনগী তুংদ থাসনা ৱাখল্গী জগোই সারক্ই। পুক্লিংগী লৈয়োল্ চোংলক্ই।

থাসনা দাক্তরগীদ থুংঙরে। লনাইগীদনি। মহাক্ল তৌগদৌরিব থবক্ অদুগীদমক্ মওল্ মওল্ খল্লক্ই। অমুক্সু হরাওই, নিংজব থুংলনি খন্বদ। অমুক্সু ইকাইব পোক্ই, নুপী সাগৈগী মমাংদ। অদুবু পুম্নমক্ ফাধবে, অপাম্ব অদুগীদমক্।

মী ইয়াম্ য়ামদে। লৈরিব পুম্নমক্ অহান্ অকোন্ নাইন য়েংনরি। চঙ্খিবগ থোক্খিবগ হৌজিক্ থাসনাগী সরুক্ লাকএ। নুমিৎ অদু মান অকোন্ব ওইকরে। মৈসাঝু কল্লক্প মতম্নি। কৌসিল্লক্ই।

থাসনা চঙ্সিন্দুন ফম্ই।

– করি মতাংগীনো মেমা। কৈদৌরে?

দাক্তর অদুন হায়, মাগী স্তেথোস্কোপ্ অদু পায়খৎলগ। থাসনা মোমোন্ নোক্তুন লৈ। মাবু সক্ খঙ্লদুন দাক্তব অদুন অমুক্ হায়রক্ই,

– ইসে, ইবেম্মা! অতোপ্প ওইরবোই নিংঙুরে। আ— মতম্ য়ৌরবরা?

– দাক্তরবু ............।

ইকাইরপ্ তৌন,

– ওঃ ফরে ফরে। ফম্মু ঙাইহাক্তং।

অসি হায়রগ থংনব কা অমদ চঙ্খি। অদুগ অমুক্ থোক্রগ হায়রক্ই,

– ইবেম্মা, পোৎ অমতং লৌহনম্লি। ঙাইহাক্তং ঙাইব তারে।

– য়ানি ঙাইজগে।

থাসনা খুমই,

দাক্তর মাগী মথৌ তৌদুন লৈ। থাসনাদি ৱাখল্ল পল্লেপ্ফম্ খঙ্দন ফম্লি। করিনো তৌরক্দৌরিব খন্দুন। ঙাইহাক্ লৈরগ এত্তেন্দেন অম চঙ্ঙক্অগ "য়ারনি দাক্তর" হায়রৈ। অদুগ থোক্খি। অদুদগী থাসনাবু কৌসিল্লক্ই। চঙ্ই। কাদু ফমুং অম, তেবল্ মচা অম, চৌকি অনি থাই। অমদি হান্ন দাক্তররা কনানো অম ফম্দুন লৈবম্ই। থাসনাবু য়েংলিব দাক্তর অদুন হায়বকই,

– ইবেম্মা, অঙাং লৈতব হায়বসিসু অৱাবনিনে। পোম্খাভম্ লৈতব। অদুবু বিজ্ঞান্ন চাওখৎলক্পগ লোয়নন হৌজিক্তি ৱানিংঙাই লৈত্রে। ফংনব হোৎনরিদন।

অসি হায়রগা অতোপ্প নুপা অদুদ ওনসিন্দুন "নস্তরনে" হায।

– দাক্তরখোয়গী থৌজান্নি।

থাসনান খুমই, হাযভম্ খঙ্দদুন। অদুগা ইকাই হঙ্গোইবগুম্ ফম্দুন লৈ। দাক্তর অদুন মখোয়গী হৌনব মীচম্ন তাবদ নুংঙাইতব ৱা কয়া পন্দুন ৱারী সাব হৌবক্ই। অদুবু থাসনান মাগী অনিংব অপাম্ব অদুগীদমক্ পুন্নমক্ অচুম্বনি থন্দুন তায়।

মীওইবন অপাম্ব, অনিংব অম ফংনবগীদমক্ পাম্দব থবক্ কয়াসু পাঙ্থোক্প ভাবক্ই। বিজ্ঞানিক্সিংন এতোম্বোম্ সাই– জীব তুম্নব খুৎলাই। সিব য়াব অতৈ মখল্ মখল্গী খুৎলাই সারি। খুৎলাইসিং অসি সাবিঙৈ মতম্দ মখোয়ন মিকুপ্

অমত ওইরবসু মখোয়ন সারিব খুৎলাইসিং অসিগী অমাঙ্‌বগী মরম্‌দ সোয়দন খল্লম্‌গনি নিংই। মতৌ অদুগুম্ন খুৎলাইসিং অসিবু সীজিন্নরিব মীঝু, চৈথেং ফংলিব মীঝু। মহৌসাগী মায়োক্ত মীওইবন তৌরুব থবক্কী মহৈদি ফংদন খক্ তোক্তে। থাসনা, পাম্‌দবগী মনুংদ অপাম্ব অমগীদমক্ হেন্ন পাম্‌দব থবক্ তৌব তারে।

* * *

নুমিৎ কয়ানি হৌখরে। থাসনাদু পান্‌খৎলকপ থাজগী মসক্ লৌরক্রে। মতম্ চান চুরকপ কুম্‌গী নোংজুন মালেম্ ইমাগী সক্‌ফম্ হোংহন্‌বগুম্। দাক্তর তানরুবগী মহৈন অনৌব কুচুন লৈতেংলক্রে। কয়াৎ খুদিং মওং হোংলক্রে। অনৌব আসাগী ময়োল্ চোংলে। নুংঙাইবগী ইনোৎ কারক্রে।

অসুম্ন পুক্লিং মকা লাম্ন লৈরব মতম্ অসিদ নোংম মনিহারন থাসনাগী নাকোং নাক্ত লোন্ন হায়রক্‌পগুম্ তৌই, “নঙ্‌গীদুবু অসেংবরো?” থাসনা মিৎ খংপাঙ্ পাঙ্‌ই। স্বাই লাওই। মওল্ মওল্ খল্লক্‌ই। চিংনরক্‌ই।

নুমিৎ অসিদগী হৌন থাসনা ৱাখল্‌গী ইপাক্ত ইরাক্লরক্‌ই। অমরোম্‌দ মপুরোইবদি মসাগী মরাল্ য়াজরবনি। থাসনাদন পংখন্ খঞ্জবনি। কল্লব ৱাখল্ নোংলৈন মাগী থমোইনুংদ সিংলক্‌ই। পাক্ল লাইজ ইপাক্ত মসিঙ্ থীঙম্‌দ ইথক্লুম্ অৱা ইথক্ হৌরক্‌ই। খল্লক্‌ই,— চাওরব নমথাক্ অমনি। মসি থম্ব পাম্‌দরে। মচা লৈতব নুপী কয়া লৈরি। মীচা কয়াসু য়োক্লরি। অদুগ মচা লৈব কয়াসু ঙাংনরি, চৈনরি— “মপোক্ মপোক্ খুদিংদ নখোয়গুম্ব ইচা পোক্‌চরোই! কনান চুপ্লিব! কনান লাপ্লিব! মীগী অপাম্ব কৈদৌঙে লোইগব!— পাম্লক্তরে ইচা! মনি মতুম্‌নি খন্ন থম্‌জরক্‌প; মনিদি ওইরম্‌দরে। য়াচঙ্‌বদ পাইব সঙাইসেল্‌গুম্, করিনো!”

মতম্ অমদ মচাগী খন্‌বদ পুন্নমক্ য়াখি। হৌজিক্তি মীনম্ব অদু পাপ্‌কী মসক্লি নিংলক্‌ই। মচাগী ৱাখন্ন নৈহৎখ্রব থমোই অদু মচাগী ৱাখন্ন অমুক্ তাসোন্ ওইন থিল্লরে। দাক্তর অদুন হায়খিব ৱাহৈসিং অদু হৌজিক্ত হায়বগুম্ তারক্‌ই, “ইবেম্মা, ইনাওসিগ অকুপ্প মরোল্ তানৌ!— করিসু কায়দে। চপ্ মান্নৈ!—হায়দোক্লু।”

* * *

নুমিৎন খুমন্ মরান্ পাংখরে অকনব মৈসা লোইখরে। সংবানব অতিয়াদ লসিং মফোল্ লৈচিম্ন পাবান পাইরি। মতম্ অসিদ থাসনা ময়ুম্ লম্‌দম্ য়ৌরক্রে। থোঙ্গাল্‌দ অসুম্ চঙ্‌লক্‌পদ, মনা মসিঙ্, হৈপাল্ লৈপান্ন নোং চুখিবদগী তগৎ তগৎ তেক্ক হৌরিবদু উরক্‌ই। ●

# অসি তুরেল্ তোরবান্দগী

উরোল্ উরোল্ তৌরুরমাগ্লে। হক্চাং অসি পুম্তেক্ তেক্পগুম্ তৌই। অবাং থংবগী চাওবগ করি করিনো খর লাওনখিগুম্সু তৌই। নুপীন হক্চাং পায়দুন নোম্লক্ই,

– "করি তৌরবগে, অদুক্ নাহেরিদুবো?" মিকপ্ খংথোক্ থোক্ই। "কৈসু তৌদে, হক্চাংসি ইচোক্ চোক্থবগুম্ অদুগা য়েৎথংব পাম্বোম্সিসু ইসি সিথবগুম্ তৌই।"

ঐন খুম্ই।

– "কুইন য়াতারু তৌব ওইরিনি" অসি হায়রগ মাসু অদুম্ তুম্থখ্রে।

কুইদে, ঐ ফম্মাংদ হীপ্পুন লৈ। অনাব লৈবগী হৌনব ইমুংগী মীসিংদু চথোক্ চৎসিন্ তৌদুন কোয়লাং লাংই। বাজিন তাচৌদ হায়খিবগুম্ তায়,

– "নঙ্ মাম্মদু অমুক্ত কৌরুচো।"

নত্তন খুল্ মণ্ডা তরাদি অফব মাইবনি হায়ন মমিং চৎলি। মীন কৌব লাক্পদ য়ুম্দ লৈব ফংদে। ঙাইহাক্ লৈরগ মাম্ম য়ৌরক্লে। থোঙ্জিল্ হেক্ কান্সিল্লক্পগ হায়রক্ই,

"করি তৌরবগেনহায়?" হায়ন হায়ন চঙ্সিল্লক্লুন ফুঙ্গাগী মৈদ সখুৎ ওক্লগ মাইব ফম্নব ইনাক্ত ফৈজা কোন্দুন থারিব ফিদাদ ফম্ই। খুজেংগী মিহুল্ য়েংই। মথং মথং হক্চাং সিন্ব থুংন য়েংই। নুংসা থীবগুম্ উই। ঐসু হক্চাংসি য়াম্ন নুংঙাইতে। করিগুম্ব অমগ কম্ন মুক্লবগুম্ হক্চাং পুম্ব পুম্চোক্ চোক্থে। ঙাইহাক্ পুক্ সূদুন লৈরব মতুংদ মাম্মন হায়খিবগুম্ তৌইঃ "করিনো তৌরিবসিবো!" মাগী মায়থোংদ য়াম্না নুংসা থীবগুম্ উই। সোর অমুক্তং সাংন হোন্দোক্লগ বাজিদ ওন্সিন্দুন হায়খি সোম্বাংননঃ

"না-স থৌরাঙ্ তৌবসিনহে।"

অসি হায়রগ মমিত্ত পি মতুম্ ননী'হুম্ তাখিবদু হাইফেৎ উহৌই। মাগী ৱাদু ঐ তাহৌরে হায়ব খঙ্হন্বগুম্ ঐন "মাম্মা" হাযন কৌই। মাম্মন,

– "করিসু তৌবোইদ, ঐন লাই খুকম্মগ ফবদৌনি।"

মচীন্দদি অদুম্ন হায়, অদুবু মাগী মায়থোংদ তারিব নুংসা থীবগী মমি অদুদি ঐসু উরি; মীৎ পাঙ্লিবন। মী কযা চৎখ্রে মখুত্ত, মী কয়া হিংহৌরে। ঐ অম চৎখিবদ মাম্ম ৱানিংঙাই লৈতবনি। অদুবু মহাক্ নুংসা থীরমাম্লে। মবম্দি মহাক্ ঐবু যাম্ন নীংবিব মীসক্লি, মরী মতাগী ৱাফম্ নত্তন। ঐবু লম্চৎ ব্যভার ফজে, মরম্ মোক্ই হায়দুন মীঙোন্দ ঐগী ইতৌ তম্মু হায়ন হায় হায়বসু তায়। মাম্মন ঐঙোন্দ হেক হেক্ হায়, "নখোযন নখা তাবসিংদ মহে মসিংদ পুক্লিং চঙনব লম্জিংবিগদবনি, নৎত্রদি অঙাংসিংসি ঙাওসিন্নদুন লোইন মাঙ্লগনি।" ঐগী গারীদ হেক্ হেক্ লাক্মিন্নবদ সাখিব ৱারী য়াম্খ্রে। মদুগী মনুংদ ঐখোয়গী খুন্দ মাইব লৈতবগী মবম্সু অমনি। মহাক্ল হায়,

– হয়েং ঐ সিখ্রগ ঐগী লৈবিবসিং অসি লোযন মাঙ্খ্রনি। অসং অসংবদ লাক্উনে। বোযদ ইহৌরবদি হয়েং তুংদ তম্নিংব মীন তম্হৌব য়াই। অসিব পুথোক্পিনব কনা'মত লৈববোইনে।"

মাম্মগী ৱাসি য়াম্ন চুম্মবনি। অদুবু পাঙ্থোক্চাম্ব তাইবংসিদ ঐসু ঙসি হয়েং তৌদুন লৈরে। পুথোক্পিনব মাম্ম লৈরিঙৈদ ঐ চৎপ তারবরা খল্লক্লে। করিনো হায়ভম্ খঙদব অৱাব, মুক্লব অম ইসাদ ফাওরি। চৈরক্ অসিদ ইমুংগী মী পুম্ব পুম্নাঙ্ লাঙ্দুন সুৎ সুৎ কপ্প তায়। সাম্মন মখুৎ হায়দুন ইঙ্গিৎ তৌবদু ঐ

:। "করিনো ঐবু সিব তারবরা?" মরুপ্ মপাং, থৌদোক্ বাথোক্, নুপী অঙাং মীঙোন্দ লৈহৌব ইরল্– মথং মথং অহিংগী তন্দন্গী মতৌগুম্ নীংসিংলক্ই। খল্লক্ই। অসুম খল্লিঙৈদ হক্চাংসি হাইবগুম্ব অম, কম্ন মুরুব অম ফাওখিবগুম্ তৌই। অদুদগীদি মফম্ মরাং খঙ্খিদ্রে। নাকোংদ নিং নিং য়েসিন্ব মখোল্গী মরক্ত ঐবু কৌরগ কপ্ল, পুং ঝাল্, মখোল্ মরক্ত– "জয় জয় রাধে গোবিন্দ জয় রাধে! সাম সংগে রসরংগে নিকুঞ্জ মণ্ডিরে .....।" তায়।

ঐসি সিরব হায়বদু ওইরমাগ্রে! তাঞ্জাসিদ ভগবন্ন মনাই অর্জুন্দ তাক্পিখিবদু নীংসিংলক্ই। "থবায়দি পোক্তে, সিদে, মাঙ্নাইদে, মীন সীজিন্নরিব অমন্ব ফিবু হন্দোক্লগ অহন্ব হোংবগুম্ থবায়ন অমন্ব হক্চাং হন্দোক্লম্দুন অনৌব হক্চাংদ চঙ্ই"। ঐসিবু অনৌব হক্চাং অমদ চঙ্গদৌরব হায়দুরা! মাম্মগী মায়ধোংদ তাবিব অবাবগী মমি অদুন ঐসি য়াদ্রে হায়ব অদুম্ খঙই। মচীন্দ তত্তন সোল্লি – হরি হরি, হরিবোল্ হরিবোল্।

ঙসাইমখে মপান্দ ময়াম্ লাঙ্নবদু ঐগী য়ুম্ অম সুমাঙ্ মতোন্দ সারিব অসিগী ওইরমাগ্রে। লৈকায়গী মী অয়াম্ব লোইন উই। ইমান মখোন্ তাবমখে ঐবু কৌদুন কপ্লদু তায়। "ইমা ঐ করিসু তৌদে। ময়াম্ন ঐবু সিরে হায়ন লৌবিরে। বাবিরনো।" হায়গদবদু ইচীন্সি করিমত্ লেঙ্ব য়াহন্দে। মীপুম্ব কপ্ন লাওনবন পুম্নিন্ নিন্খ্রে।

মবাঙ্ মরাঙ্ তৌন ঐবু অসুম্ পুথোক্পিরক্লুন সুমাঙ্গী য়ুম্ অদুদ থম্বিরে। মবী মতা ময়াম্ চঙ্সিল্ চঙ্সিল্লক্লুন কপ্লে। অদবু "ঐ করিসু তৌদে ময়াম্ পুম্নমক্।" হায়বসিদদি হায়ব মঙমদ্রে।

মী লৈত্রগ তৌব হৌনব লোইরব মতুংদ পুং ঝাল্ ইসৈন মাঙ্ থাদুন ঐবু পুথোরক্লে। মাঙ্দ লং মতৎ মতং তিংদুন মাম্মন চৎলি। কনানো অমন মৈ চফু পুই। ঐদি দোলাই তোংবগুম্ নুংঙাইরি' হোবেল্ মোংফম্ যৌবগা মখোয় লোয়ন চোপ্হন্গে খল্লি। অসুম্ লাক্পন পোৎলোইফম্ য়ৌরে। ইসা য়াওদুন মী কয়া মৈ থাদুন মৈতাল্ ওন্ব ফাওব যাওখিব মফম্ অদুদ সীঙ্ পৈদুন লৈবম্বদুগী মথক্তা থাঙ্গৎপিরে। মরী মতাসিংন ঐবু অহুম্লক্ কোয়রে। কপ্লম্ব ময়াম খর থাপ্ন হন্দোক্লখ্রে। মতুংদ ঐগী লুন তিন্নব ইমান্নব অনি'হুম্ন ফি-রোল্ হোংদোক্পিরে। "মৈদ চুরক্সনু খঙ্নি।" ঐন খল্লি। হায়ন হায়ন কনানো অমন মৈ চুখৎলক্ই। মদু উবদ ঐন ঙমজব থাদুন লাওই, "ঐ সিদেনহায়! ঐ সিদেনহায়!"

নুপীন নোম্দুন হৌদোরক্ই। ●

# সামু ফাব

মঙ্লৈমন ৱারী মখা চত্থরক্ই

— অন্তপুব লৈবাক্কী নিংথৌন ৱারক্লিবসি মতম্ কুইরে। অঙাওব সামু অসিগী হাক্তক্ত মহাক্ পোত্থাফম্ খঙ্দ্রবনি। সামু অসি কিবদগী মাগী প্রজা পুন্নমক্ লাপ্ন চত্থোক্লদরে। সু-নোম্মগ নোংমগী চরা তাণ্ডব কয়া সুরম্ চৎলম্ খঙ্দরে। চত্থোক্প তারবসু খুৎ লিংদ্রবদি ঙম্নদরে। চাব ফংদদুন ৱানরে হায়বগী ৱাকৎন কোনুংদ পরেং লেংদুন লৈরে। হায়রিব সামু অসি অন্তরাজাগী মবুধৌন য়োক্লম্বনি। মমৈদ লাক্ল ফানব ঙম্দবদগী জঙ্গন্দ লৈখিবনি। সামু অসিন তোঙান্ তোঙান্ব মফম্দগী সামুসিংবু খোম্জিন্দুন সারুপ্ ময়াম্ সেম্খরে। অদুগ মান লুচিংদুন অন্তপুর লৈবাক্ অসিদ অৱাব পীরিবনি। অন্তরাজান সামু অসি করম্ন ফাসিগে খল্লক্প কুইরবনি। লুরিবদি সামু অসি মথন্দ ফাব য়ারোই। অতৈ ময়াম্ অদুসু লোয়নমক্ তেহন্ব তাবনি। অদুবু লৈবাক্কী অঙম্ অথৌসিংগী মোৎ মতুংইন্নদি লুচিংব অদুদং ফারগ অতৈদি লোয়নমক্ তেথখিনি হায়বসিনি। সামু লুচিংব অদুন তৌরিবমখৈ অতৈ অদুসু মতৌ তম্মি হায়রি। মরম্ অদুন অন্তপুর লৈবাক্কী নিংথৌন অঙম্, অথৌ ৱা

তান্নরম্ই। মদুগী মহে ওইন লৈবাক সীন্ন সগোল্ পাউ চেল্হন্নে,

– "লৈবাক অসিদ লৈব অকল্ অথৌ পুন্নমক্ পুক্নিং চঙ্ন তাবিয়ু। অন্তরাজাগী সনা য়াথংনি। লৈবাক্ অসিদ লৈব অঙাওব সামু অসি ফাব ঙম্ব নুপা অদু মনা চাওন পীগনি। নিংথৌগী অঙম্ব ওইহন্গনি। ইনিংথৌগী সনা য়াথংনি। তাউ-তাউ তাউ"

অন্তরাজাগী সনা য়াথং অদু লৈবাক্ সীন্ব থুংন তারম্ই। কাচিন কোয়া থুংন সন্দোরক্লুন সিংলব সামু অদুগী মনাকোং য়ৌখরে। সামু অসিন খল্লিঃ "হৌজিক্পু ঐবু ফাবা ঙম্ব তাইবংমী লৈরম্খিদ্র! ঐবু উবদ চেন্ব মখোয়ন ঐবু করম্ন ফাগদৌরিব! ঐন কিব পোৎ অমতনি মলেম্সিদ লৈব! মসি খঙ্ব মী য়াওরম্গদ্রা!" মাঙোন্দ সীঙ্নব অম লাক্পসিদ মপাঙ্গল ময়েং তাদনব অনৌ অনৌব উমং বামংদ চঙ্দুন অফ অফব চীঞ্জাক্ চাব হৌরকই। মাগী মতুং ইন্বসিং অদুসু মান তৌরিমখে ইন্নম্ই। চৎলিমখে চৎলি। অদুন সামু ময়াম্ অদুগী মরক্তগী লুচিংব অদু খন্দোক্প খর লুন থোক্লম্ই।

অন্তপুর লৈবাক অসিদ তাইবংঙম্ব কৌব নুপা অম লৈরম্ই। মহাক্ অসি মতম্ অমদ কন্বদ মমিং চৎলম্ই। মী খোন্ব হে। মীন য়াব মীনি। সামু ফাবগী পাউ অসি তাবদ মাগী পাঙ্গল্দু চাং য়েংনিংলম্ই। মনা মথুম্গী খন্দে। মান পাম্জবদি মীয়াম্গী অবাব কোক্হন্ব অমসুং মাগী মিংচৎ লৈহৌব অসিনি। মহাক্ অসি য়াম্ন হে সিংই। অদুন অঙাওব সামু অদু মহাক্ লাইবক্ চাং য়েংজগে খন্দুন নিংথৌদ চিথি অমা ইরে।

ইনিংথৌ ইবুংঙো,

লৈবাক্ অসিদ অবাব পীরিব অঙাওব সামু অসিবু ফানব পাউজেল্ তাজরে। ননাই ঐ লাইবক্ য়েংজগে। সামু ফানব হোৎনবদ চঙ্ব খরসতং পুথোক্পিয়ু।

নখুয়া খাগী
**তাইবংঙম্ব**

চিথি মরোল্ অসি তাবদ অঙাওব সামুগী বাদুন লৈরিব নিংথৌ অদু নুংঙাইবগী ঙম্খে লৈরম্দে। মরম্ অদুন লৈবাক্ প্রজা খঙ্হন্নব সগোল্ পাউ চেল্হন্নে,– "লৈবাক্ মীয়াম্ পুন্নমক্ তাবিয়ু, অন্তপুর লৈবাক্কী নিংথৌগী পাউজেল্নি– অঙাওব সামু অসি ফারগনি। প্রজা পুন্নমক্ বাবিরগনু"।

অন্তরাজা অমসুং তাইবংগুম্ব অনি পাউ চৎনদুন সামু ফানব থৌরাং তৌব হৌরম্ই। থৌরাং অদুদ চঙ্গদব সেন্ থুম্দ নত্তন দরকার ওইব মী ফাওব নিংথৌন পীগনি হায়ন য়ানরে।

সামু লচিংব অসি উমং অমদগী অমদ, লোক্ অমদগী অমদ কোয়চৎ চত্তুন অতোপ্প সামুসিং অদুগ লৈ। মখোয় অয়াম্বদি মচিঙাক্ লৈরবদি চখোক্তে। চানব লৈত্রবদি লুচিংব অদগী মতুং ইন্দুন কোয়চৎ চৎলি। মখোয়গী সাজৎ লিচৎ অসি তাইবংগুম্বন মুন্ন খঙ্দোক্লে। মতুংদ মীয়াম্ খোম্দুন সামু লুচিংব অদুগ অতৈ ময়াম্ অদুগ খাইদোক্লব হোৎনরম্ই। মান তাঙ্গা ঙাইরিবসি লুচিংব অদুন সহর মনাক্ নক্সিল্লকপনি। অহান্বদ সারুপ্ সারুপ্ লৈব উমংসিংদ মখোয়গী চিঙাক্ ঝাত্তনব হোৎনৈ। অদুম্ তৌরবদি সামুসিংদু চখোক্তে। অসুন্ন হোৎনরক্পন মমৈদদি লুচিংব সামু অদু অতৈ ময়াম্ অদুদগী তোঙান্ন লৈহন্ব ঙম্লম্ই। মথন্দ লৈরিব উমং অদু লৈবাক্ অদুগী সহরগসু নক্লব ওইবন য়ান্ন খুদোং চারম্ই। হৌজিক্ মফম্ অদু সম্বল্ খাজিন্নব সেম্ সাব লোইরে।

অন্তরাজান সামু ফাবগী নুমিৎ লাওথোক্লম্ই।

* * *

সামু অঙাওব ফাবগী পাউন অন্তপুর লৈবাক্ অদু পুম্নিল্ নিল্লম্ই। মী পুন্নমক্ হরাওবগী ঙম্খৈ লৈরম্দে। নুংঙাইবগী মপান্ নাইরম্দে। সামু ফাব অদু হক্থেংনন য়েংঙ্লুব মীসিংন ঙাংনৈ, য়াম্না লায়ন ফায়। কিথুম্ পুব মান্বদো। লাইবা তীনবা পুবরা। অহান্বদ হায়ফেৎত লাক্ল ফানবগুম্ তেখি। মনাতোন্দ তাপ্ পায়খি। অদুদগী সামুদু অদুম্ তেথখি। মনা-মথুমসু লৌখিদে হায। ফম্সু লৌরোই হায়। অসিগুম্ব মসাগী ওইজথিদব অকন্ব মীন লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহন্দৌনি।"

তাইবংগুম্বগী মমিং লৈবাক্ সীন্ব থুংখরে। মাগী মতিক্ মগুন্ মথৌনান লৈবাক্ অদুগী ঝারী ওইখরে। লৈবাক্ প্রজা নুংঙাইব ঝাবী নত্তে সামু অঙাওব থেংনবগী ঝা পুন্নমক্ পুন্নমক্ কাউনখ্রে। হৌজিক্তি সামু অদু সহর মনাক্কী উমং অমদ কোম্ তৌরগ পুন্দুন থম্খরে।

অন্তপুর লৈবাক্ অসিন সান্তি লৈন মরা চেৎন পাল্লক্প মতম্ অসিদ অঝা ঝাখন্ন পোত্থাফম্ খঙহন্দব মীসক্ অম লৈ। মহাক্সি মসাগীদ খন্ব, মীগী তৌবিমল্ খঙ্দব নুপানি। মহাক্ অসি অতৈ কনাসু নত্তে। অন্তপুর লৈবাক্কী নিংথৌ অসিনি। পোক্মিন্নব মচিন্ মনাওসিংবু নম্থরগ লৈবাক্ অসিগী নিংথৌ ওইখিবনি। মঙোন্দগী

হেন্ব মী মাগী লৈবাক্ত থম্নিংদে। হন্দক্সু লৈবাক্ অসিন ইংনে পান্নক্লব মতম্সিদ কদোম্দগী অরান্ব বাখল্লো অমন মাবু হোইদুন পুরি। মহাক্ক খল্লক্ই, –"হৌজিক্ তাইবংঙম্বন নিংথৌ ওইগে হায়বদি করিসু লৈতে। সামু ফাবদ লৈবাক্ মীয়াম্ন মাবু থাগৎনখি। য়াম্ন সোন্নখি। মহাক্ক নিথৌ ওইগে হায়রবদি প্রজাসিংসু মাগী মায়গৈদ সোয়দন লেপখিনি। মহাক্সি ফাজিন্দব য়াদ্রে।"

অরুব বা তান্নব য়াব কোনুংগী অঙম্বসিংগ বা তান্নরে। অঙম্বসিং অদুদি নিংথৌগী মোৎ অদুদ য়ানিংলমদে। অদবু অন্তরাজাদি মান নিংলিবদু অচুম্বনি হায়ন চপ্ চান লেপ্খরে। অঙম্বসিং অদু উপাই লৈরম্দে। মীচেং চারুবন পাঙ্গল্ সোম্বহল্লে। মমৈথংদ মী থাদুন তাইবংঙম্ববু ফারুরে। লোয়নন নিংথৌ খুভম্, সিন্গে হোৎনরম্লে হায়দুন লৈবাক্ সীন্ন সন্দোক্লম্ই।

অন্তবাজাগী চুম্দব থবক্ অদুদ প্রজা পুন্নমক্ সাওবগী ঙম্খৈ লৈতরে। লৈবাক্কী খুদোং থীরব মতম্দ অৱা কোক্পিখিব মী অমবু মরম্ চাদন ফাজিন্ব অদু মখোয়ন য়ানিংলম্দে। মরম্ অদুন মায়গৈ কযাদগী মী খোম্দুন লৈবাক্ অসিগী সহব অসিদ মীয়াম্গী খোঙচৎ চৎলরে। খোঙ্চৎ অদুদ মখোয়ন লাওবি

– "তাইবংঙম্ববু ফাজিন্ব যাবোই। মাবু অৱাব পীবসু য়ারোই। ঐখোয়গী অৱাব কোক্পিব অকন্বনি। অকন্ববু ইকাই খুন্নসি . ..."।

খোল্লাও অসি তাবদ তাইবংঙম্ববু মাঙহন্বসু লৈবাক্ মীয়াম্ কিব্ন ঙমদে। অদুন মীয়াম্গী অপাম্ব মতুংইন্ন নুমিৎ অম লেপ্লগ মীযাম্ মমাংদ বিচাব তৌব তারে।

* * *

বিচাব নুমিৎনি। অঙম্ অথৌ ঙম্ন তিল্লে। সহর অদু মীন চীক্ল চায়নব ঙম্লম্দে। লৈবাক্কী ৱারব মতাংদ মসাগী থৱায পাম্মুব লৈতন মীয়াম্গী য়াইফন্ববনি খন্দুন থবক্ তৌখিব মী অমন করম্ন অরান্ব তৌরম্গদৌরিব! মসি খঙনিংবদগী মী পুন্নমক্ কোনুংদ পৈবরে। তাইবংঙম্ববু মরাল্ লৈরে হায়ইবসি মীয়াম্ন থাজব ঙম্নম্দে। অদবু ঙসিদি খঙ্লনি খন্দুন খৌবাংন বিচার হৌব ঙাইরি।

ইকুই কুইদন তাইবংঙম্বদু মীয়াম্ মমাংদ পুথোরক্ই। মহাক্ হেক্ পুথোরক্পগ নিংথৌন বিচাব হৌরকই,

– তাইবংঙম্ব, নঙ্ন হন্দক্ অঙাওব সামু ফাদুন লৈবাক্ প্রজাগী অৱাব কোক্পিরে। মদুগীদমক্ নঙ্বু থাগৎলি। মীয়াম্নসু নঙ্বু য়াম্ন থাগৎনখরে।

নঙ্গী মিংচৎ লৈবাক্ সীন্ব থুংখরে। অদুগুম্ব মীয়াম্ন চান্বীব অদুগী খুদোংচাব লৌদুন মী খোল্লগ খুৎ লিংদুন ইফম্ সিন্নব হোৎনৈ হায়বসিদ নসা কন্জনব করি উপাই লৈরি?

– ইনিংথৌ! ননাইদি মঙ্-হাগুম্ থোক্লরে। ঐন সামু ফাজবদি লৈবাক্কী ৱারব প্রজাসিংগী অৱাব কোক্লব ফাজবনি। ননাইন ঙম্জব সেবা তৌজবনি। নিংথৌ খুভম্গী ৱাখলি ননাইবু করম্ন?

– নঙ্ ওইদব হাযনু। লৈবাক্সিগী প্রজা অমতন তৌব ঙম্দ্রব থবক্ অম নঙ্ন পাঙ্থোকএ। অদুগ মদুগী মনা মথুম্সু লৌদে। ফম্থোন্ থিন্দোক্পসু লৌদে। মদু– ইফম্ সিন্নব নত্তন করি মরম্গীনো?

– ননাইন ঙমজব থবক্ অমতং ইবৈবাক্কী অমদি ইনিংথৌগী মতেং পাংজবনি। ননাইবু লান্ন লৌবিগনু।

– অঙম্বা কনা কনা লৈ? নুপাসি মরোল্ চুম্হল্লু। (অঙম্ব খর চঙ্দুন তাইবংঙম্ববু ফুই) "সেংন হায়য়ু, সেংন হায়য়ু?"

মতম্ অসিদ অকোয়বদ লৈরিব মীয়াম্ন লাওসিল্লক্ই– "তাইবংঙম্ববু ফুব য়ারোই। মান ঐখোয়বু কন্বীবনি। ঐখোয়গী অকন্বনি মাদি। মাবু থাদোক্উ। থাদোক্উ।"

খোল্লাওদু তাবদ অন্তরাজান ফুবদু লেপ্হল্লগ হায়রকই,

– অদুদি হায়য়ু নুপা। সামু অঙাওবদু নঙ্ন করম্ন ফাবনো?

– ননাই ঐ অচুম্ব পাম্জব লায়রব মীনি। লৈবাক্কী উমং অয়াম্বদ লুপ্পি লেঞ্জরক্ই অদুন সামুগী মরম্দ খরদং খঙ্জে।

– মদুন অঙাওব সামু ফাব ঙম্বগী মরম্ চাদে।

– অদু ওইরবদি ননাই সামুদু অমুক্ থাদোক্চরুগে।

তাঞ্জা অসিদ মীয়াম্ অদুগী মপাল্লোম্দগী ৱা ৱা লাংনরক্ই। অমগ অমগ চখোক্ চৎসিন্দ খোইরেন্ মসা খল্লগুম্ই। অরাংব মরক্ অদুদ অসুম্ন তায়– "

"অঙাওব সামুদু মীনিল্ তাবদ ইথক্ থকৎলে। কোম্নুংদ চেন্ থদৎলে। কাখৎনব হোৎনরক্লে।" সহর অদুদ লাক্প মীসিংন কক্চেং মহম্ থুগায়বগুম্ পুং নোম্ নোম্খরে। মীয়াম্ মরক্তগী অমুক্ লাওরক্ই,–"তাইবংঙম্ববু থাদোক্উ? মাবু ফাব য়ারোই ...।"

– ইনিংথৌ, সামু ময়াম্ অদু মতম্ খরগী ওইন চখোকহন্দবনি। লুচিংবসি নাম্তোক্খ্রবদি অমুক্ লোয়ন পুম্নরগনি। অব্রাব অমুক্ তাগনি।

অম্তরাজা মীয়াম্গী খোল্লাও তাবদ সাওরক্ই। প্রজা পুম্নমক্ তাইবং-ঙম্বগী মায়গৈদ লেপ্খ্রবরা চিংনরক্ই। অদুন অঙম্বসিং অদুদ মরোল্ চুম্দ্রবদি পুম্নগ পুসিন্খিনব ইঙ্গিৎ তৌই। অঙম্বসিংন ফু ফুদুন পুন্সিল্লি। তাইবংঙম্বন লাওরকই,

– লৈবাকম। পুম্নমক্ ঐন সামু ফাবদি ময়াম্গীদমক্ ফাবনি। ইনিংথৌন ঐবু চুম্দন ইরাল্ সীবিরে। চুম্দন বিচার তৌবিরে। লৈবাক্ মীয়াম্ন অচুম অরাল্ থিবিয়ু। (নিংথৌদ ওন্সিন্দুন) ইনিংথৌ! ননাইদি পাঙ্জদ্দবনি। সামু ফাব ইতিক্ নচদে। ঐন সামু পাবদি পঙ্থয়াইন ফাজবনি। অচুম্বদু হায়জরি। নত্রবদি! ........ ।

তাইবংঙম্বগী ৰাদু তাবদ মীযাম্ অদুন হান্নগুম্ লাওনরক্ই, – "মাবু থাদোকউ। মাবু ফাব য়ারোই। ঐখোয়গী থরায় কন্বীবনি। সামু ফাব তুবদ কোনুং অসি তুম্গনি।" থরায় মাঙনবগী মসক্ ওইবব নুংদুম্ লৈতুম্ন নোং চুবগুম্ মায়গৈ খঙ্দন লংসিল্লক্ই। নিংথৌ অমসুং অঙম্ অথৌসিংদু ফম্ফম্ মখাদ চঙ্দুন লোৎখি।

মঙলৈমগী ৱারী লোইসিন্খি। ●



## রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলনা ফোঙলবা লাইরিক ঃ

১। **চহী কয়াগী মমাঙদগী** ( শৈরেং ) ১৯৯৬
*চীংগুবা শামু*

২। **কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল** ( শেরেং ) ১৯৯৭
*খাইদেম তোম্বা*

৩। **সুরগী লৈবাক্তা নোংমা** ( বারী মচা ) ১৯৯৭
*কুঞ্জো নিংভোম্বা*

৪। **এরিষ্টোটলগী পোযটিকস** ( শৈরেং, কালা ) ১৯৯৭
*বি এস রাজকুমার*

৫। **নোং নওস্নু চুবখো** ( শৈরেং ) ১৯৯৮
*ধজমনি খোইনাইজম*

৬। **হনুবীদি হিংহৌবি** ( বারী মচা ) ১৯৯৮
*ইরোম্পিসক নোংথোম্ব*

৭ **অনৌবা মঙাল অমগীদমক** ( বারী মচা ) ১৯৯৮
*সালাম শান্তিবালা*